# ৱাহৈ অমসুং সুর

(খোম্‌জিন্‌ব ৱারেং)

দিলিপ্‌ ময়েংবম্‌



ৱাইতরস্‌ ফোরম্‌, ইম্ফাল্‌

**WAHEI AMASUNG SUR**
a collection of ESSAYS in Manipuri
***by Dilip Mayengbam***, Imphal, 2001

অহানব ফোঙ্‌ব ঃ ২০০১

ফোঙ্‌ব ঃ বাইতবস্‌ ফোবম্‌, ইম্‌ফাল্‌গিদমক্‌ উমা ময়েংবম্‌
নাউবেম্‌থোং খুমনথেম্‌ লৈকাইদ লৈবন ফোঙ্‌ব

মখুম্‌ ঃ এম্‌ কুমাব

নম্‌ফম্‌ ঃ পদ্‌মা প্রিন্‌তবস্‌, ইম্‌ফাল্‌

মমল্‌ ঃ মখুম্‌ অপাব লূপা ৬০/-
মখুম্‌ অথাব লূপা ৯০/-

ফোঙ্‌খ্রবসিং ঃ

---

১। ***পৃথিবী নঙ্‌গী নরাইবক্‌*** ( সৈবেং, ১৯৯১)
২। ***কিরাল্‌ অমসুং উফুল্‌*** (সৈবেং, ১৯৯৫)

# হায়জনীংব খরদং

অয়িবসিংগি লূপ্— রাইতরস্ ফোরমূন লাইরীক্ থাগৎলক্ও হায়দুন কন্‌ন তক্‌সিল্‌লক্‌প, ঐঙোন্দন সাগৎপ য়াব লাইরীক্ অতৈ লৈতব, মতম্‌দুদ থাগৎখিবনী চেফোঙ্ কযাদ চোইন ফোঙ্‌ব্রব, সেমিনারদ পাখ্রব ব্বরেং খরসী খোম্‌জিল্‌লগ লাইবীক্ অম সাগৎতুন। ফোরমূন য়াবীরব তুংদফোঙ্‌নব থৌরাং তৌজে। অদুবু মনিপুবদ সিজ্ ফায়রগি ঈরাং কন্‌ন লৈখিবদগি গারী চেন্‌খিদে, চে ফংখিদে। অদুন ইম্ফাল্দ কম্‌পোজ্ তৌরগ ঐগি পোস্তিং মফম্ সিল্‌চরদ নম্‌লগে খন্দুন কম্‌পোজ্ তৌহল্লুবদ মদুনমুক্ অব্বাব ওইখি। প্রুফ্ লৌব লোইব ঙমদদুন সিল্‌চরদগি অমুক্ থারক্, ইম্ফাল্‌দগি অমুক্ থারক্ তৌবদ মতম্‌দী অদুম্ হৌজিন্‌খি। অগাস্ত থাদ হৌবনী, ওক্‌তোবর চঙ্‌লক্‌লফাওব লোইসিন্‌ব ঙম্‌খিদে। প্রুফ লৌবদ মতেং পাংবীখিব ঈয়াম্ব য়ুম্‌লেম্‌বম্ ইবোম্‌চা অমদী দাঃ ব্বারীবম্ রঘুমনি থাগৎচদব ঙম্‌দে।

ঐন ইজরিব বনান্‌গি মতাংদ হায়জনীংবদী মসীন খর হেন্‌ন চুম্‌লে খল্‌লগ ইজবনী। মসীন মবোইরে হায়বদী নত্তে। খ্বাইদগি অচুম্‌বদু থিবগি খোঙ্‌চৎত, হেন্‌ন চুম্ব অম থিবক্‌পনী। মসীগি য়ুম্‌ফম্ ওইরিবদী—

অহান্‌বদ ঃ মনিপুর সরকারন লেপ্‌প অবুম্-অয়াংগি বনান্।

অনীসুবদ ঃ মনিপুর সরকারন লেপ্‌প মীতৈ ময়েক্।

অহুম্‌সুবদ ঃ ঙাঙ্‌নরিব খোন্‌থোক্‌ক চানহন্‌ব।

সরকারগি বনান্ কাঙ্‌লোন্দ অবুম্ অয়াং খায়বগি মওঙ্ খুদম্ ওইন অয়াংবদ 'ই' কার, 'উ' কার অদুগ অবুম্‌বদ 'ঈ' কার, 'ঊ' কার সীজিন্‌নব হায়বসী ইন্‌ন ই।

| অয়াংব | অবুম্ব |
|---|---|
| লিব—নৌদব | লীব— লীদুন থম্ব |
| পুব— পোৎ পুব | পূব—সেল্ পূব |

অদুগ ভাবল্‌গি মতুংদ 'ং' হাপ্‌লগ য়াংন, 'ঙ' হাপ্‌লগন লূম্‌ন পাব ঃ

| অয়াংব | অবুম্ব |
|---|---|
| কাংব— কুম্ কাংব | কাঙ্‌ব— খূনীং কাঙ্‌ব |
| য়াংব— লূম্‌দব | য়াঙ্‌ব— লম্‌জেল্ য়াঙ্‌ব |

অসী কায়হন্দন ই। তৌবগিদী 'ং' নত্রগ 'ঙ' ন লেপ্‌প নত্তে। খোন্‌থোক্ অসী ভাবলন

পুবনী, খুদম্—

অযাংব অরুম্ব

কোন্ব- মী অমবু কোন্ব কোন্ব- চুম্দব, খোয়ব

বাহৈ অনীসী বনান্ চপ্ মান্নৈ। খোন্থোক্তী তোঙাল্লী। মসিদ, 'ও'কার অসী য়াংনে পারগ অরথ অম, লূম্ন পারগ অরথ অম থোক্ঈ। অদুবু চৎনরিব কন্ভেন্সন্ অদু কায়হন্দন ইজৈ। অদুগ 'ই' হাপ্লগ য়াংন, 'য়' হাপ্লগ লূম্ন পাব হায়রিব অসীসু কায়হন্দন থম্মী। খুদম্—

পাইব—উচেক্ পাইব পায়ব—পোৎ অম খুৎন পায়ব

হায়রিব বনান্ কাঙলোন্ অসী ইন্জরগ, মসীবু সীঙ্নদুন লৈরিব, কন্ত্রাদীক্সন্ ময়াম্ অদু চুম্থোক্লগ চুমন থম্জৈ। খুদম্—

মাগী ⇨ মাগি, করিগী ⇨ করিগি

ইমা ⇨ ঈমা, অসি ⇨ অসী

অদু ⇨ অদূ, নুপা ⇨ নূপা

হায়বিবসিংসী অবূম্- অযাংগি মতুং ইন্ন ইজৈ। বনান্ কাঙ্লোন্ অসী ১৯২৫ দ লেপ্লগ, ১৯৬৯ দ অমুক্ খর সেম্দোক্-সেম্জিন্ তৌরগ চৎনবক্পনী। ১৯৭৫ দ অমুক্ খব হাপ্তোক্-হাপ্চিন্ তৌখি। অদুন অহান্ব সেম্ব মতম্দ বাংলাগি ইথিল্ খর চঙ্খিদব নত্তে। মসী ঐখোয়ন বাংলা ময়েক্ সীজিন্নবুব অমদী অহান্ব সেম্বীরমব ওজাসিংনে বাংলা লোন্দ লাইরীক্ লাইসূ তম্লক্খিব অদুন ওইগনী। মীতৈলোন্দন তোন্ অনী লৈব, বাংলা, ইংবাজিদন তোন্ লৈতব, বাংলা ময়েক্ ঐখোয়ন লৌরুবসূ খোন্থোক্তী লৌবম্দব কয়া অসীন চয়েৎনব খব থোক্পনী। বাংলাদ স্বোর খর সাংনে হায়দোক্প খোন্থোক্ত 'ঈ' কার অমদী 'উ' কার, তেন্ন হায়দোক্প খোন্থোক্তন 'ই' কার অমদী 'উ' কাব সীজিন্নৈ। ঐখোযন অবূম্-অয়াংদ সীজিন্নরি। অদুন মখোয়ন 'পূজা' হায়বিবসী ঐখোয়দ 'পুজা' হায়ন ইরগ খোন্থোক্ত চানন থোক্ঈ। ঐখোয়ন পোৎ পুবদ ইরিব 'পুব' অসী মখোয়ন ইব তারবদী 'পূবা' হায়ন ইগনী। আকার অমসূ তপ্সীল্লক্কনী। মরম্দী ঐখোয়দ লৈবিব অকাব নত্রগ 'অ' খোন্থোক্ অসী মখোয়দ লৈতে। বাহৈগি অরোইবদ Voice ন লোইরবদী 'ও' খোন্থোক্ন লৌইগনী মখোয়দদী। মীতৈলোন্গ চানদে। হিন্দীগদী Sound System দ ঐখোয়গ অয়ামব্ মান্নৈ। বাংলাদ 'অ' খোন্থোক্ন লোম্ব বাহৈ লৈতবনীন, মীতৈলোন্গি বাহৈ পাব য়ানব মখোয়ন আকার অম হাপ্চিল্লী।

'অম' হায়বসিদ 'অমা' হায়ন ই। মরম্‌দী আকার অসী য়াওভ্রগদী 'অ' গ নক্নন হায়ব ঙম্‌দে। অদূন ঐগি মিংদ "ময়েংবম্" হায়ন ইদূন পীথ্রবসু মখোয়ন "মায়েংবাম্" হায়ন ইরক্কনী। অদূন অহানব লেপ্‌প মতম্‌দুদ বাংলাগি ইথিল্‌দগি মথৌ তাদবদ ৱাহৈগি অরোইবদ হাপ্‌চিল্লিব আকার অসী লৌথোক্চে। ৱাফম্ অসী পন্দিত্ অচৌব মোইরাংথেম্ চন্দ্রসিংহ, জি. সি. তোংব্রা, এম. কে. বিনোদিনী, ব্রজবিহারী সরমনচিংব মীওইসিংন খঙ্‌ন ইখি। আকার মসান য়াওজব ৱাহৈ লৈজে। লা, না, কা, পা, ঙা, থা, য়া অসীনচিংব। মসিদদী আকার মসান য়াওফম্ থোক্লে। অদু নত্তদুন— 'লা লাতোন্ অম' হায়বসিদ 'লা লাতোন্ অমা' হায়ন ইরগ 'লা' দ য়াওরিব আকারন খোন্থোক্ত য়াওগনী, 'অমা' দ য়াওরিব আকারন খোন্থোক্ত য়াওরোই হায়রগদী য়ুমফম্ য়াওদবনী। নিয়োম্ অদু মসান মসাবু সীংনব, Self Contradictory ওইরে। অদূন চুম্‌দবদূদী ৱাই চিন্নবনী, হাপ্লোইদবনী। ঐগিদ হাপ্‌চদে। মসীন অচুম্‌ব ফিরেপ্ ওইগনী।

মথংদ, সরকারন চৎনহল্লব মীতৈ ময়েক্ত ণ, ছ, শ্, ষ, ড়, ঢ়, ট, ঠ, ঞ, ঢ, ড, ক্ষ হায়রিব ময়েক্সিংসী য়াওদে। ঐখোয়গি খোন্থোক্তসু মসী লৈতে। অরিব লাইরীক্ত পুয়ানসু মসীগি প্রমান্ ওইরি। অদূন ময়েক্সিংসী ইবদ সীজিন্নজদ্রে। ঐন বাংলা হিন্দী ফন হৈন ঙাঙ্লবসু "আশা" হায়ব থোক্তে "আসা" তাবগ তোক্ঈ। নেতিব্ সিস্পকরসিংন চুম্‌দ্রে হেক্ত হায়। মসী ঐখোয়গি জেনরেল ওইব করেক্তরনী। বাংলা ময়েক্ সুন সীজিন্ননবগিদমক্ ঐগি খোন্থোক্ সেম্‌দোক্কদব নত্তে। ঐগি খোন্থোক্ক চানব অদুত সীজিন্নগদবনী হায়বসিদ থাজজে। লোয়নন মীতৈ ময়েক্ অমদী খোন্থোক্ক চান্ন ইবন হেন্ন চুম্মী হায়ন লৌবি। অদুগ, য়ারিমখৈ তপ্‌সিন্নব ময়েক্সিং খাইদোক্লগ ইজরি। উকার হাপ্‌পদ মসক্ মওঙ্ হোংন থোক্‌প গু, শু, রু, নচিংব ময়েক্সিং অসীসু হাপ্‌চদ্রে। মরম্‌দী 'ক' দ ' ু ' হাপ্লগ কু ওই, 'গ' দ ' ু ' হাপ্লগ 'গু' ওই হায়ন তম্বীরব অঙাং অমদ গু হায়ব তোঙানব ময়েক্ অম তম্বীব হায়বসী কান্নদে। ইনব হোৎনবসু কান্নদে। লাইরীক্ অসিদ য়াওরিব মনিপুরি অয়িবসিংগি বনান্দী মসা মসান ইবদু কায়হন্দন থম্লি।

অরোইবদ, ফোঙ্ননব তেঙ্‌বাং পীবীরক্‌প রাইতরস্ ফোরম্ অমদী নম্নব হোৎনবদ ৱাবীখিব প্রেস্কি ঈচিন্ ঈনাউসিংবু থাগৎচরি।

ঈম্ফাল্

ওক্তোবর ২৮, ২০০১ দিলিপ্ ময়েংবম্

# সেক্রেটরীগী বারোল

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল ঙসিদি লিংখৎখিবা চহী তরাহুমদোই হেল্লক্রে। সেপ্তেম্বর ৩, ১৯৮৮ দা বাখল মান্নবা অইবা খরনা পুন্দুনা শেমখিবনি। অহানবা মীফমদি কলচরেল ফোরম মনিপুরগী ওফিসতা অয়ুক পূং ৯ তাবদা পাঙথোকখি। য়াম্না পুক্নিং নুংশিনিংঙাই ওইবা দৃশ্যনি। শেহুমগী ফীবম ফত্তবনা অমুক্তদা লাইরিক ফোঙননবা শেল চোম্লপ পুথোকপা ঙমদবদগী অইবসিংনা ফোঙনিং-ফোঙনিংনা লাইরিক ওইনা ফোঙবা অমদি পুথোকপা ঙমদে। লাইরিক ফোঙবীনবা পব্লিসরসু লৈতে। সমস্যা অসিদা মতেং পাংনবগীদমক্তা 'অইবশিংগী মরূপ' (Writers' forum) হায়বা সংস্থান অমা খুদক্কী থবক হৌননবা লেপ্লখিবনি। নুমীৎসিগী অনীশুবা বারেপ্তা হায়খিঃ "সাহিত্য, সংস্কৃতি, ধর্ম্ম, কলা অমসুং মসিগা মরী লৈনবা অফবা মখলগী লাইরিক ফোঙদুনা পুথোকপা, অইবশিংদা লাইরিক ফোঙনবা শেলগী মতেং পীবা, অইবসিংগী পুক্নিং থৌগৎনবা থবক কয়া পায়খৎপা হায়বা পান্দম অসিনা মরূপ অসিগী মপুং ওইবা পান্দম ওইবা হায়না লেপ্লবে।" অসুম্না হৌখি, 'ফোবম,' লাইরিক্তি ইরগা ফোঙদোকপদা অবাবা মাযোক্লবিবা অইবা কযানা। মসিদা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী ওইনা শেন্দোং তানবগী বাফমদি লৈত্রে।

মসিগী মথক্তা মতম মতমগী ওইনা প্রোজেক্ত কযা, বার্কশোপ কয়া, মণিপুরীদগী ট্রান্সলেসন তৌবা অমদি লাইরিক কয়া পুথোকচরি। অমুকসু দোক্যুমেন্তেসন্দা য়ুম্ফম ওইবা থা অহুমগী চেফোঙ" সাহিত্যগী পাউ" চাং নাইনা পুথোক্লবা হোৎনজরি অমসুং পুথোক্লি।

হন্দক ফোঙলিবা শ্রীদিলিপ্ ময়েংবম্গী বাহৈ অমসুং সুর হায়বসিনা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী ৫৯ শুবা লাইরিকনি। শ্রীদিলিপ্ হান্নানা শৈরেংগী লাইরিক অনী পুথোকখ্রে। হন্দক্কী নৈনবগী বারেংশিংগী লাইরিক অসি মণিপুরগী সাহিত্যগীদমক্তা খুদোল খরদি তন্নগনি হায়বসিদা করিসু চিংননীংঙাই লৈতে খঞ্জে। লাইরিক অসি মীয়ামদা শিন্নজরি।

বি এস রাজকুমার
সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল
২৭ ওক্তোবর ২০০১

## য়াওরিবসিং

# ফ্রেন্চ্ সিম্বোলিস্ত কবিসিং

**ৱাহৌদোক্ঃ**

কুন্সুব চহীচাগি সৈরেংসিংদ ফ্রেন্চ্ সিম্বোলিস্তসিংগি মমি য়াম্ন ময়েক্ সেংন তাই। মখোয়গি সিম্বোলিজম্গি ঈহৌ সাথীন সাফ্ কন্বন কুন্সুব চহীচাগি অবংব থৱানমিচাক্ ওইরিব এজরা পাউন্দ. তি. এস. এলিয়ত্, দব্লিউ. বি. য়িতস্নচিংব কবিসিংদ ফাওব অকন্ব মমি তাখি। ফ্রেন্চ্ সিম্বোলিজম্গি ঈহৌ অসী কবি চারল্স্ বৌদ্লেয়বন লুচিংব ওইন হৌরগ পোল্ ভরলেইন্, স্তেফেন্ মল্লারমে অমদী অরথর রিমবাউদ্ন মখা চৎথরক্নী অদুগ পোল ভেলরিন সৈখোম্ব ওইন লোইসিল্লী। কবি অমমম্গি মরম্দ ইব লাইরীক্তন মসীং ফন য়াম্মী; অদুন মখোয় খুদীংমক্কি মরম্দ মরীক্ চুম্ন নৈনব ৱারেং মচাসিদ ওইথোক্তে। মবম্ অদুন বৌদ্লেয়র অমদী মল্লারমেদ খর হেন্ন মায় ওন্সিন্জরগ কবিসিং

অসীন সৈবেংদ থম্‌লম্‌ব পান্‌দম্‌ অমদী কযাম্‌ সাথীন চেক্‌সিন্‌ন হোৎনদুন ফজব সৈরেং পুথোক্‌নব খোঙ্‌জঙ্‌দ কদাইফাওব কৎথোক্‌তুন চঙ্‌সিন্‌খিব হায়বদু সম্‌লপ্‌ন পাউদম্‌নব হোৎনজবনী।

## চারল্‌স্‌ বৌদ্‌লেয়র (১৮২১-১৮৬৭)

পুনসীঃ হিংলিঙৈ মপুন্‌সী চূপ্‌পদ ঈথা থাগৎপিখিদ্রব হৌজীক্‌ন ফ্রেন্‌চ্‌ সাহিত্যদ অবংব থরানিম্মিচাক্‌ অম ওইবিব কবিনী। অনৌব সৈবেংগি ঈহৌদ অকন্‌ব ইথিল্‌ পীখিব ১৯সুব চহীচাগি অথোইব কবিসিংগী মনুংদ মহাক্‌স্‌ অমনী হায়বসী খ্বাই পূম্‌নমক্‌ন য়ানরব লাফম্‌নী। মাগি সাহিত্য, ঈসৈ অমদী লাইয়েক্‌প কলাগি গ্যান্‌, অদুগ ক্রিতিক্‌ অম ওইবগি মগুন্‌বু হৌজীক্‌কি মীরোল্‌ন অবাংব থাক্‌ত খাংগৎতুন সীংথানবে।

১৮২১ গি এপ্রিল্‌ ৯ দ পেরিস্‌ত পোক্‌খি। নুংঙাই য়াইফব ঈমুংদনী। মপাদু মতম্‌দুদ চহী ৬০ সুবে মমান ২৬। ১৮২৭ ত মপা কায়নখি। নহা ওইরিবী মমান ১৮২৮দ কবনেল্‌ ওপিক্‌ক লুহোংখি। অস্বাইদগি হৌন বৌদ্‌লেয়রবগি পুনসীদ নুংঙাইতব হৌরে। বৌদ্‌লেযব মমাবু য়াম্‌ন নীংজব মীসক্‌ অমনী। অদুবু স্কুল্‌ তম্‌লিঙৈদ বোবদিংদ লৈহল্‌লী, পোক্‌তব মপান মহাক্‌পু মমাদগি লাপ্‌থোকহন্‌নব হোৎনৈ খন্‌বদগি নুংঙাইতে। যাম্‌ন নৌন অযিব অম ওইগে হায়র্বগি ৱারেপ্‌ লৌখি। অঙাং ওইবিঙৈদগি হৌন ইংলিস্‌ সাহিত্যবু পাম্‌জন পাবক্‌ঈ। ১৮৩৯ দ দীগ্রী লৌরব মতুংদ চহী অনী কবিমত তৌদন লৈবদগি ১৮৪১ দ মহাক্‌পু ললোন্‌ব য়াওনব ভারত্ত থায়। অযিব ওইনিংবগি অপাম্‌বদু ওপিক্‌ন কান্‌নদবনী খল্‌লী। অদুবু মহাক্‌ ভারত্‌ য়ৌদ্রিঙৈদ মাউরিসস্‌ত লৈহৌরগ পেরিস্‌ত অমুক্‌ হল্‌লক্‌খি। সমুদ্রগি অসাংব খোঙচৎ অমগি মহাউদী খঙ্‌হৌঈ। পেরিস্‌ত হল্‌লক্‌লব মতম্‌সিদ মহাক্‌ চহী ২১ সুরে। অদুন মাগি ফংফম্‌ থোক্‌প লন্‌-থুম্‌ লৌরগ মসাগি ফীভম্‌ সেম্‌জব হৌরে। অদুবু জেনরেল্‌ ওপিক্‌ন মচীৎ মচীৎ পীরক্‌পন অচৌব থবক্‌ অমত্ত পায়খৎপ ঙম্‌খিদে। ১৮৪৫ দগি হৌন সাহিত্যগি তাইবঙ্‌ন মাগি মরম্‌দ ঙাঙ্‌নব হৌরক্‌খি ময়াম্‌গ মান্‌নদব ৱাখল্‌গিদমক্‌। অদুবু সেল্‌-থুম্‌গি ফীভম্‌ ফৎচিল্‌লক্‌তবন রিভিউ অমদী ট্রান্‌স্লেসন্‌ তৌদুন পুক্‌চাক্‌ তান্‌নব হোৎলখি। পাম্‌ন চঙ্‌সিন্‌বদী নত্তে, হিংনবগিনী। ১৮৪৬ সী মাগি পুন্‌সীদ মরু ওইব অমনী, চহীসিদনী

মহাক্ন এদ্গার এলেন্ পোগি লাইরীক্সিং, মাগি ৱাখল্লোন্সিং থেংনবুবদগি তুংদ অফাওব কবি ওইরক্কদৌৱিব বৌদ্লেয়রগি ৱাখল্গি মণ্ডলান্ ফুরা মওঙ্ তান সাগৎপ হৌখিব। ১৮৬৫ ফাওব পোগি লাইরীক্সিং হন্দোক্পদ থবক্ কন্ন চিন্খি। মখোয়দু ১৮৫২, ১৮৫৭ অমদী ১৮৬৫ দ ফোঙ্খি। ঙসি ফাওবদ খ্বাইদগি সীংথানব য়ারব হন্দোক্প লাইরীক্সিংগি মনুংদ মহাক্ন পোগি ফ্রেন্চ্ত হন্দোক্লিবসিংসী অমনি। ১৮৪৮ গি ফ্রান্সকি লাল্হৌদ য়াওখি। অদুবু কুইন য়াওখিবদী নত্তে। ধরমদ থাজব অম ওইন কেথোলিক্ত লাইমীং লৌখি। মাগি পুন্সীদ নূপী কয়াগ মরী লৈনখি। মাগি নূপী ওইন লৈমিন্নখিব জ্যানি দুবেল্ সৈরেংগি ঈফূত্ অম ওইখি।

১৮৫৭ ত মাগি অহান্ব খোম্জিন্ব সৈরেং লাইবীক্ **'ফত্তবগি লৈরাংসিং'** (Les Fleurs du mal) ফোঙ্খি। মহাক্ন ফাওখিবসী মবু ওইন লাইবীক্ অসিদগিনী। যাম্ন খূত্ চঙ্ন চেক্সিন্ন অমদী কলাগি পোৎথোক্ ওইহন্নব কন্ন হোৎনদুন ইখিব সৈবেংসিংনী। অদূন মীযামগি ওইবদী ঙম্খিদে, মহাউ খঙ্ব মীওই খবগি ওইব নত্তন। লাইবীকসিদ যাওবিব সৈবেংসিংদ পোগি মমি তাব যাওববসু বৌদ্লেযবন যাম্ন থাক্ বাংনে পুথোবক্প সবুক মবাঙ্ কাযন যাওরি। মীগি সেন্সসিংবু অঙক্প মওঙ্দ পূন্সিল্লগ নুংঙাইহন্বনী অদুগ মীওইবগি পেসন্বু মিস্তিক্কি মীৎয়েংদগি করিনো তাক্নব হোৎনবনী। অদূন মাগি সৈরেংগি তোপ্ তোপ্প খোন্জেল্ অম লৈজে। মযাম্গ মান্নদব ৱাফম্সিং পুথোক্নব হোৎনবুবন মাগি লাইরীকতু কুইন মবাইবক্ থীদূন লৈখি, নৈনবীখিদে। মাগি কা হেন্ন মনুং হুন্জিন্ন উব ঙম্ব, লাক্ন ফানব ঙম্দব অমদী অযৌব মুদ্সিং, মিস্তিসিজম্দ ঙাওব কযাসিন মাগি লাইবীক্সী অঙম্ অথৌসিংদ অসুক্কি মতীক্ সোক্হনব্ পোৎ অম ওইখি মদূদী বৌদ্লেয়ব অমদী মাগি পব্লিসব অনীবু ৱাযেল্সঙ্দ পুথোক্তুন মীয়াম্গি মোবেল্ সোকহল্লী হায়বগি মবাল্ সীখি। লাইরীক্ অসী ফাইন তৌবগ লোযনন মদুদ যাওব সৈবেং ৬ খক্ বেন্ তৌবম্মী। অদূন সৈবেং ৬ তূ লৌথোক্ত্রবদী ফোঙ্লিব লাইরীক্তূ যোন্ব য়ারম্দে। লাইরীক্তূদ পুন্ন সৈরেং ১০০ য়াওরম্মী, মদুবু কাঙ্লূপ ৫ থোক্ন খায়দোক্লম্মী। ১৮৬১ দ সৈরেং ৬ তূ য়াওহন্দন অনীসুব খুৎনম্ পুথোক্খি। অদুগ মহাক্ লৈখিদ্রব তুংদ পুথোক্প অহুমসুব খুৎনম্দদী সৈরেং ৬ তূ অমুক্

য়াওহল্লে। ১৮৬৪ দ মাগি লৈজব সেল্-থুম্ লোইখিদুন ব্রাসেলস্ত চৎলগ লেক্চর পীদুন সেল্ তাল্লম্মী। চহী অনী অদুম্ন লৈরম্লগ পেরালাইসিস্ন নাবদগি ১৮৬৬ ত পেরিস্ত পুরক্খি। থা ১৫ রা ঙাঙ্বফাওব থোক্তন য়ামন্ নুংঙাইতব ফীভম্দ লৈরম্লগ ১৮৬৭ কি আগস্ত ৩১দ তাইবংপাল্ থাদোক্খি। মহাক্ নৈনব রারেং (সাহিত্য অমসুং কলা) গি লম্দস্ কন্ন খুত্ থারম্মী। রারেংগি মওঙ্দ ইব সৈরেং অমদী উপন্যাস্ মচাসু ইরম্মী।

Francis Scarfe কি মোত্ মতুং ইন্ন বৌদ্লেয়রগি পুন্সীবু অফাওব মীওই কয়ান সৈথাবীরিবসী লান্ন লৌনিঙাই ওই। য়াম্ন নীংব কায়ন মায়থীরব পুন্সীনী হায়ন লৌনৈ, অদুবু সাথীন মায়পাক্প অমদী ওইখি মরম্দী মদুগি পুন্সীদু চঙ্খি অখন্নব মখল্গি পোৎথোক্ পুথোক্নবগিদমক্ হিংলিব মীওই অদুগি খাঙ্ব ঙম্বগি রাংমদ লৈব পুন্সী মরেল্ অমনী, মদুন অরোইবদ থৌনাফব অমদী অরাংব রাখল্ চেন্ব অমগি থাক্ত পুরক্খি, মাগি মতম্গি কনামতন ফংব ঙম্দ্রিব মফম্ অম। ১৮৫৯ দগি হৌন ইরক্প সৈরেংসিংন মসীবু উৎলদুন তাক্ঈ। সাবত্রেগি মোত্ত বৌদ্লেয়রগি পুন্সীসী মায়থীবত নত্তন তৌগে খল্লগ ওইহল্লব মায়থীবনী। মাগি পীথোরক্ইব গুন্সিংদুন পীব পুন্সী অদুবু মহাক্ন লৌসিনখিদে, মদুদ হিংব ঙম্খিদে। সারত্রেন মাগি মোত্সিং অসী অপাবগি রাখল্দ সাউন থনুংদ হনজিন্ হন্জিন য়ৈহন্ব মওঙ্দ সেম্লম্মীঃ ***"বৌদ্লেয়র মসান থৌওইন নাঙ্গৈতোম্ তাজবনী।", "বৌদ্লেয়র হায়রিব মীসকসী মসান মসাবু য়েংজব পাম্মী মহাক্ মসাসী অতোপ্প মী অমদৌন; মাগি পুন্সীসী মদুদ মায়থীবদুগি রারীনী।", "পাপ্তবু খল্লুবন মসানসু মরাল্ লৈরে লৌজব পাম্লম্মী।"*** সারত্রেগি এনালাইসিস্কি য়ুম্ফম্ ওইরিব existential philosophy সী নওঝদ, মাগি পুন্সীবু অসুম্ন লৌগ্নিবসীমক্ বৌদ্লেয়রগি মফম্দ উৎপ ঈকাইখুম্নবনী হায়ন Francis Scrafe ন লৌরি। বৌদ্লেয়রগি অরাবসিংসী মাগি পোক্তব মপা জেনরেল্ ওপিক্কি মঙক্ কন্ব, মমাগি কল্পনা য়াওদব রাখল্, মাগি নুপী জ্যানি দুবেল্গি হুৎ ফেত্ তৌব লম্চৎ, মাগি মতম্গি মীওইসিংন থাগৎনব রাহে অম ফাওব লৈজদব, মাগি ওজা Gautier ন সরকারগি পাউচে অমগি ক্রিতিক্ ওইজরবসু মাগি মরম্দ রাহে পরেং অম ফাওব ইবীদব, ময়াম্সীন মাগি য়াম্ন নাঙ্গৈতোম্ তারক্প, হৈনিংব পোক্লক্তব পুন্সী অদু ওইহললক্নবগি মচাক্ ওইখি। মহাক্ন মাগি ফত্তব

মরাইবক্‌কিদমক্ মপুন্‌সী চুপ্‌প নুংঙাইতব ফোঙ্‌দোক্‌খি; মাগি পোৎথোক্‌সিংবু লুন তৌজব পৱিসরসিংন পৈসা পায়দব, সেল্ পায়বসিংন ফোঙ্‌বীদব মরম্ কয়াসীন নৈনব ৱারেং ইব অমদী হন্‌দোক্‌পগি থবক্ তৌদুন সেল্ ঈফং ফংদন ৱান হিংব পুন্‌সীদু লৌসিন্‌ব তাখি। অদুন মহাক্‌ন সমাজগি মায়োক্‌ত, য়ানিংদবগি মহুম্ চাউন সাগৎখি। মতম্‌গ চুনদব মী ওইন মসান লৌজবত নত্তন **'ফত্তবগি লৈরাংসিং'** হায়ন মিংথোন্‌ব লাইরীক্ ইনব ৱারেপ্ লৌখি। ভেলরিনদী মহাক্‌পু ফত্তবগি কবি অম ওইবত নত্তন মহাক্ পেরিস্‌কি অমদী য়ুরোপ্ অপুম্‌বগি কবি অম ওইনিংলম্‌মী মদুদগি হেল্‌লদুন য়ুনিভরসেল্ পোইত্ ফাওব ওইনীংলম্‌মী হায়ন সীংথাই। অদুন সারত্রেগি পাউখুম্ ওইন Francis ন হায়নীংলিবদী মায়থীজবগে হায়ন হোৎনরব ফাওবদ মাযথীখ্রব মীসক্ অমনী বৌদ্‌লেয়রদী। মাগি মমাঙ্‌গি ফ্রেন্‌চ্ কবিসিংদগি অহেন্‌ব, অথোইব কবিনি মহাক্‌তী।

## সৈরেংগি ৱাখল্‌লোন্ ঃ

মীওইববু পাপ্‌কি খন্‌ব, লৈখা তারব জিব, স্পিরিচুয়েল্ পেরাদাইস্‌তগি য়াম্‌ন হন্‌থব মেতরিয়েল্‌গি তাইবঙ্‌ন ফাজিন্‌দুন থম্‌লব অমদী মাগি মঙ্‌লান্‌বু তম্‌থীন নৈহৎপিরব অমনী হায়ন কবিন লৌৱি। বৌদ্‌লেয়রন এদ্‌গার এলেন্ পোগি সাহিত্য অমদী মাগি ৱাখল্‌লোন্‌বু থেংনবুবদ মাগ য়াম্‌ন চানরুব, পাম্‌জব ওইন থোক্‌খি। পোগি ৱাখল্‌লোন্‌দ নক্‌সিন্‌নীংবগি অকন্‌ব পূক্‌নীং ইথিল্ অম ফাওখি। নৌন ফংবগি পূক্‌নীং মরাঙ্ হৌন নুংঙাইবগ লোয়নন পোগি অসেংব সৈরেং (Pure Poetry) গি ৱাফম্‌বু পাম্‌ন লৌসিন্‌খি। পোগি মোত্‌ত কবি হায়বসী অচুম্‌ব নত্রগ অফবগ করিসু তৌনিঙাই লৈতে, ফজবতগ মরী লৈনগদবনী, মাগি পান্‌দম্‌দী থক্‌ত লৈবিব অথোইব ফজবদু ফংনব হোৎনবনী, ম.লেম্‌দ লৈরিবসীদী মদুগি থক্‌তোরক্‌প মমিনী। মরম্ অসীন পোবু "কলাগিদমক্‌ত কলা" হায়ব কাঙ্‌লুপ্‌ত থম্‌মী। অদুবু ফ্রেন্‌চ্ সিম্‌বোলিস্তসিংগি ঈহৌদ অকন্‌ব ইথিল পীখিবদী মসীগি ৱাখল্‌লোন্ অসীনী।

পোন সৈবেংদ য়েংব মীৎয়েং তোঙাল্‌লী, তেক্‌নিকেল্ অমদী প্রোফেসনেল ওই। কবিবু ক্রাফ্‌স্‌মেন্ অম ওইন মাগি হৈসিংববু মপুং ফান সীজিন্‌নব ৱেম্‌ব অমদী ঈংন তপ্‌ন ৱাহৈ সীন্‌দোক্ সীন্‌জিন্ তৌদুন ফজব লৈচল্ থিনব তুংদ সাহিত্যগি

কয়াৎ অমদ সাগৎপ ঙমব ওইগদবনী হায়ন লৌরি। সৈরেং অমগি আরকিতেক্চর অম লৈগনি, অদূন ফজব সৈরেংগি অৱাংব স্ত্রক্চর অম সাগৎপ নত্রগ সাগৎতব হায়বসী কবিগি হৈসিংব নত্রগ হৈসিংব ৱাত্পগি মখা পোল্লী। মসীগি মওঙ্ মতৌ অসী সোয়বদগি নত্রগ পূক্নীংদ ফাওরক্পদগি থোক্উ থোকউব য়েক্-সিল্হৌরগ লেপ্পদ্ নত্তে। অংক অম হোৎপদ চপ্চান অমদী অকক্নব মওঙ্দ ফোল্ তানব চৎথরক্পগুম্ ফজব সৈরেংদস্ নীংথিন সেম্গৎ সাগৎপগি মসক্ অম লৈগদবনী। লাইয়েক্প অমন মচুগি চাসিন্নব অমদী ব্রস্কি হৈসিংব খূৎথান নীংথিরব লাই য়েক্পগুম্ কবিনস্ মাগি সৈরেংদ অৱাংব কলাগি মগুন্ চেল্হন্নব হোৎনব তাই। পোগি ৱাফম্সিং অসী বৌদ্লেয়র অমদী মাগি মতুংদ লাক্প ফ্রেন্চ্ সিম্বোলিস্ত কবিসিংদ য়াম্ন য়ানিংব অমদী পাম্ব ওইন থোক্খি। অদূন বৌদ্লেযবনা ফজব থিবগি খোঙ্চৎত চাংয়েং কয়া তৌখি অদূগ মীওইবগি সেন্সসিংদ অমুক্ত ফাওখিদ্রিব, মমিং থোনদ্রিব ফিলিং কয়াবু মাগি সৈরেংদ হাপ্নব হোৎনবন মপূং ওইন লৌখি। ৱাখল্গি মীৎযেং পাক্থোক্ চাউথোক্হন্ব, সেন্সসিংগি ঙম্খে চাউথোক্হন্দূন অমুক্ত থেংনদ্রিব অনৌব ইকস্প্যারিয়েন্স ফংনব য়ু, গন্জা কানি সীজিন্নদূন য়েংখি। মখোযগি মফম্স্ মাগি সৈরেং কয়াদ পীরি। মাগি নূপীন সৈরেংগি ঈফূৎ ওইখিব, নূপী কয়াগ মরী লৈনখিবন মাগি সৈরেংসিংগি তংখাই অমরোম্দী নূপীগ মরী লৈনব ঙাক্তনী। অদূবু রোমান্তিসিজম্ য়াদব অম ওইবন খূৎফোঙ্দোক্তী তোঙাল্লী। ইরোতিক্ ওইবরোম্দ চঙ্সিন্বগি মহুৎত অথোইব ফজবদূ ফংনবগি খোঙ্জঙ্লোম্দ চঙ্সিল্লী, অরুব লৈখা হেক্ ফংলরোইদব মরেপ্ অমদ লুন লূপ্থৈ ঈংনে তপ্ন অদূগ, মকা লাম্লব ৱাখল্ন উচেক্ অমগুম্ন মপান্ নাইদ্রব অতিয়া অমদ পেন্ব নাইদন পাইহন্নব হোৎনৈ। মাগি ফজবদী খূৎফোঙ্দোক্তনী। ফজব বাহে, ঈসৈগি ইপোম্ য়াওব; মচু, খোন্জেল্ অমদী মনম্বু অরুব চাং অমদ পূন্সিনদূন তোপ্ তোপ্প অনৌব মখল্গি সেন্সেসন্ পোক্হন্ব ঙম্ব কলাগি খূৎসেম্ অম থিবনী। অদূন মসাগি ওইব সৈরেংগি থীঅরি সাগৎলী; পোগি থীঅরিন ইথিল্ পীখ্রবসু মসাগি ওইবম তোঙান্ন পুথোক্তুন লেপ্চৈ। অদূন চঙ্সিল্লকঈ অসেংব সৈরেং (পিওর পোইত্রি) গি খোঙ্জঙ্দ মায় পাক্ন। পোন লম্য়ান্ব ওইরগ, বৌদ্লেয়রন হেন্ন মপূং ফাহন্খি। তুংদ মল্লারমে অমদী ভেলরিন হেন্ন লূপ্থন চৎথহৌই।

১৯৩৭ ফাওবদ পোগি ফজবগি থীঅরি অসী পো মসামক্কি লৈবাক্ আমেরিকাদ খঙ্নদ্রি। পোগি থীঅরিসী কোলেরিজ্দগি লৌবগ সাগৎপ ওইরম্ব য়াই হায়ন ক্রিতিক্ খরন থাজে। কোলেরিজ্ন অমুক্ জরমনদগি ফংলম্ব য়াই, মরম্দী কান্তকি ফিলোসোফিগি মমি নীংথীন তাই হায়ন এলিজাবেথ্ রাব্ন মোত্ পী। কান্তন কলা অমদী সৈরেংবু কলাগি ওইব ফজব পোৎ ওইহন্গদবনী হায়ন কন্ন মোত্ পী। অদুন কোলেরিজ্ন থাজরিবদী, *"সৈরেংগি মওঙ্দ লৈব ফজবন অচুম্বদগি তোঙানগদবনী, সৈরেং হায়বসী করম্ব মখল্গি মফোঙ্দোক্নো হায়বদ মসীন বিগ্যান্গি থবক্সিংগি মায়োক্ত লৈরগ অনক্প পান্দম্ নুংঙাইবদ মরু ওইব পী, অচুম্বদ নত্তে।"* ব্রাফমসীমক্ চপ্ মান্নন পোন মাগি ১৮৩১ দ ফোঙব সৈবেং লাইরীক্কি ব্রাহৌদোক্ত ই। অদুবু কোলেরিজদগি পুবনী হায়বদুদী ফোঙ্দোকতে। সৈরেংগি মমল্দী ফিলিংসিংদুদ নুংঙাইব ফাওহন্বনী হাযন পোন লৌৱি, মসীবু মহাক্ন পোইএতিক্ সেন্তিমেন্ত হায়ন মিংথোল্লী। অদুগ অচুম্ব অফব লীচৎ অমদী পেসনন পীব অপেন্বদুদগি মসীবু তোঙান্ন থম্মী। পোন অসেংব সৈবেং গি মসক্ অম লাক্সিন্ব শুম্খি, মসিদদী পেসন্ ফোঙ্দোকপসী তোক্কদবনী, মসীন থৱাযবু মকা লাম্হন্বগি মন্তু মগন হন্থহল্লী; মদুগি ৬নন-তৈনবদ নুং সিব হাযবসীন খ্বাইদগি সেংব অমদী খ্বাইদগি চুমব সৈবেংগি থিমনি গাযন লৌৱি। পোইএতিক্ সেন্তিমেন্ত হাযবিবসী অথোইব ফজবদু ফংনব ঙানবগি হোংনজমল্দুব থৌগৎলিব ফিলিং অদুনী, অথোইব ফজবসীদী ঐখোযন কলা অমদী পুন্সীদ ফংনব মঙ্ মঙজবতনী। মসীন ঐখোযদ ন্যুমিদাংগ মৈরানবীন থৱান্মিচাক্কি মনাক্ যৌন চৎনিংবঙুম্ খৌরাংবন থল্হল্লী, অদুগ মনাক্ যৌব ঙম্দবগি লাংতক্নবদুন ঐখোযবু হুমদুন পুবগ নুং থীৎন পি সীন্থহল্লী। মসিদ সিন্থবিব পি অসীন অয়ৌব চৈনা অম পী হাযন পোন মোত্ পী। পোইএতিক্ সেন্তিমেন্ত হায়ন মহাক্ন হায়রিবসী মসীগি ঈখৌ লাংবসীবু মচেৎ ওইন অপেন্ব পোক্হন্বদুনী। অদুগ মসীগি ঈখৌলাংবসী ফোঙদোক্পন সৈবেংগি খ্বাইদগি সেংব থিম্ ফংব ঙম্মী হায়ন থাজে। মসীবু থাগৎগ ঙম্ন চুপ্সিল্লগ ফ্রেন্চ্ সিম্বোলিস্ত কবিসিংন অনৌব সৈরেংগি ঈহৌ অম সাগৎনব সর্কৃতি ফংখি।

১৮৪৬ ত বৌদ্লেয়বন মাগি অহান্ব ফজবগি অচৌব থীঅরি অম সাগৎপগি খোঙ্জঙ্দ চঙ্সিনখি। মহাক্ন ফজববু মখল্ অনী থোক্ন খাযদোক্ঈঃ অমন

ফজব পোৎথোক্ নত্রগ পোৎ খুদীংমক্ত য়াওব অসেংব ভেল্যু; অতোপ্প অমন সেংদব ভেল্যু— রিলেতিব্ বিউতি মী— মীদুদ ফাওব অমদী হোংব নাইব ফজবগি মসক্; তৌবগিদী ফজব পোৎথোক্ নত্রগ পোৎ লৈবদ তঙাইফদন চঙ্ব। অদুবু থীঅরিসীন ফংফম্ থোক্প পুক্নীং চিংসিন্বদুদী ফংব ঙম্খিদে। মরম্দী বৌদ্লেয়রন ফজবদ য়াওরিব অসেংব মচল্দুবু চুম্নগি ৱাখল্ন সাগৎপ মমি (Abstraction) ওইন থম্মী অদুগ অকক্নব মওঙ্ অম লেপ্থোক্পসু ঙম্দে। মাগিসী অসুম্ন সাগৎপ য়াইঃ কলাকার অমন অহান্বদ য়েক্কদব ফজবগি হোংব নাইব রিলেতিব্ এলিমেন্ত অসী পুন্সীন পী, মীওইবগি সাজৎ য়াওন তোঙান্ তোঙান্ব মওঙ্ কয়ান পীব অদুগ ফজবগি হোংব নাইদব এব্সোলুত্ এলিমেন্ত অসীন কলাকারদুগি মীৎয়েং অমদী পোৎথোক্ত পুন্সীবু আইদিয়েলাইজ্ তৌবন পীব ঙম্মী। রিলেতিব্ বিউতিদ পেসন্গি মসেক্ খর লোয়নৈ। মসীবু expressive ওইহন্নব হোৎনবগি মওঙ্ অদুবু আইদিয়েলাইজেসন্ ওইন লৌরগ অসেংব ফজবগি মচল্ ওইহল্লী। হৌজীক্কি মীওইবগি পুন্সীবু বৌদ্লেয়রন ইমোতিব্ আইদিয়া অম ফোঙ্দোক্পনী হায়ন লৌৱি। মীৎযেং অসোম্দগি য়েংলগ ফজবগি এব্সোলুত্ এলিমেন্ত ওইবিব এব্স্ত্রেক্সন্বু কলাকার অদুন হীরম্ অদুবু পুথোক্নব খুৎসেম্দ য়াওরক্প লোৎতুন লৈরিব অচুম্বগি মওঙ্ অম ওইন লৌব য়াই। অতোপ্প মীৎয়েং অমদগি য়েংলগ কলাকারদুন ইমোতিব্ আইদিয়া ফোঙ্দোক্নব হোৎনবদ সেম্গৎখিব চানন লৈব মওঙ্ (harmony) অদুবু অসেংব ফজবগি মচল্ ওইবিব এব্স্ত্রেক্সন্ ওইন লৌব য়াই। বৌদ্লেয়রন expressive harmony বু মৱু ওইন লৌরিবসী রোমান্তিসিজম্ন চঙ্সিল্লক্পদগি ঙাক্থোক্নব পাম্বৈ অমনী। রোমান্তিসিজম্দ ফজবগ, লনাই ওইন ফাওবগি মহাউগ য়ান্সিন্নৈ। অসেংব ফজববু ফংনব হোৎনবদ মহাক্ন রিলেতিব্ বিউতিবু তঙাইফদন চঙ্ব পাম্বৈ ওইন সীজিন্নরগ অদুগুম্ব অৱাংব কলাগি পোৎথোক্ পুথোক্কদবনী হায়বসী ইংগিত্ন ফোঙ্দোক্লম্মী। কলাকাব অমন হীরম্ খন্ব মতম্দ মান ঙম্জবমখৈ উৎপ ঙম্নব মাগি নুংদ অকন্ব সাফু পীব ঙম্ব মখল্গি হীরম্ খন্গদবনী। থীঅরি ওইনদী কলাগি ফজব পোৎথোক্ অমগি ভেল্যু অসী রিলেতিব্ বিউতিগি মপাল্ তাংদে। অদুবু থবক্ ওইন পাঙ্থোরক্পদদী কলাকার অমগি হৈসিংবগি গুন্ অসী মাগি পুক্নীংগি ফীবম্ (temperament) গি মখা পোললী। অদুন মহাক্ন পাম্জব

রিলেতিব্ বিউতিগি হীরম্ অম খল্লগ অদুদগি আইদিয়েল্ ওইব মওঙ্ অম সাগৎপন অসেংব ফজবগি মচল্ ওইরিব expressive harmony অসী পুরক্প ঙম্গনী। সমন হায়রবদ কনাগুম্ব অমগি অকক্নব পূক্নীংগি ফীবম্দ সাগৎলগ মাগি মতম্গি মীয়াম্গ চাননব জেনরেলাইজ্ তৌথোক্পনী।

ঐখোয়ন পোগি unpassionate অমদী passionate emotion অনীগি খেন্নবগ বৌদ্লেয়রগি absolute অমদী relative beauty অনীগি খেন্নবগ চাংদম্নব তারবদী মখোয় অনীগি ৱাখল্লোন্ মান্নদে। বৌদ্লেয়রন পোগি মায়োক্ত লৈরক্ঈ। বৌদ্লেরন কলাগি ভেল্যু (এব্সোলুত্ বিউতি) বু ইমোতিব্ ভেল্যু (রিলেতিব্ বিউতি) দগি তোঙান্ন থম্মী। অদুগ পোন ইমোতিব্ ভেল্যুবু মখল্ অনী থোক্ন খায়দোক্পনী। পোন হায়রিবন কবি অদুন passionate emotion ফোঙ্দোক্পগি মহুত্ত unpassionate emotion ফোঙ্দোক্কদবনী নত্রগ passion অদু নম্থদুন (সব্দিউদ্) ফোঙ্দোক্প ঙম্লবদী unpassionate emotion ফোঙ্দোক্পগ মান্নরে। অদুন ফজব সৈরেংগি মচল্নি হায়ন মহাক্ন লৌরিব ইমোতিব্ ভেল্যু য়াওহন্ব ঙম্মী অসীনী। পোগি ফজব সৈরেংগি মচল্সী বৌদ্লেয়রদদী রিলেতিব্ বিউতিগি এলিমেন্ত ওইন থোক্লরে। মখোয় অনীগি মান্নব হায়ববু অসেংব কলাগি নত্রগ সৈরেংগি ভেল্যুগ অফব অমদী অচুম্বগি দিদক্তিব্ ভেল্যুগ খেন্নৈ হায়বসী মান্নৈ।

পোগি মোত্ত করিগুম্ব ঐখোয়ন মতম্গি ৱাখল্লোন্সিং অমদী পোৎসিংগি মবক্ত multiform combination অম সেম্ব ঙম্লবদী অথোইব ফজবসীগি মচেৎ খরদং ওইরবসু ফংব ঙম্মী। পোগি multiform combination সীগ মওঙ্দ হাইফেৎ মান্নব অম অদুগ হেন্নদী খুমাঙ্ চাওসীল্লব বৌদ্লেয়রগি মীয়াম্ন য়াম্ন সোন্নরব system of correspondence ত উব ফংঙী। বৌদ্লেয়রন ৱাফম্সী মাগি সৈরেং *'correspondances'* হায়বসিদ ময়েক্ সেংন উৎলী। পোগি য়াম্ন মরু ওইব ৱাফম্ অমন সৈরেং হায়বসী তুম্দন মঙ্ব মঙ্দ ৱাখল্সী পুম্নূপ লূপ্সিন্খিবদগি থেংনব সাফ্ কন্ব ফিলিং অদু পীব ঙম্গদবনী অদুগ ঈসৈদ য়াওব সুরগি তান্থাগুম্ন পূক্নীং ইহুল্সিংবু সাত্কায়হন্দুন নুংঙাইরব মঙ্লান্গি তাইবঙ্ অমদ তাউদুন লৈহন্ব ঙম্ব মচল্সিং য়াওহন্গদবনী হায়বসীনী। অসুম্ন সৈরেংবু মঙ্ অমদী ঈসৈগ চাংদম্নবসীন ফ্রেন্চ্ সিম্বোলিস্তসিংগি ৱাখল্দ

হেন্ন চঙ্সিন্নবগি লম্জিং অমসু পীখি। বৌদ্লেয়রদ মসীগি মমি তাব থেংনৈ অদুবু হেন্ন কন্ন হোৎনখিবগি মমিদী ভরলেইন্ অমদী মল্লারমেগি সৈরেংসিংদময়েক্ সেংন উব ফংঙী।

সৈরেং ঃ বৌদ্লেয়রগি সৈরেংসিংদ ওন্ন তৈনব মীওইবগি পুন্সীগি মসক্সিংবু পূন্ন পূন্ন থম্দুন তেন্সন্ সাগৎলী। মীওইবগি লোইব নাইদন কায়থরক্লিব মসক্ অমদী মাগি আসা, অনীংব অমগ লোয়নন তান্সিন্ব লন্-থুম্ অমদী ওইজব পূম্ব থাদোক্পগি নুংঙাইব, মঙ্লৈবাক্ত চৎপাগি নুংঙাইরব খোঙ্চত্ অমদী অব্বাবগি কোম্দ চোংথবগি মতৌ অসীনচিংবসিংসী মাগি সৈরেংদ মরাং কায়ন উব ফংঙী। অদুবু মীওইবগি চয়েৎনব মরাইবক্ অসীবু নীঙাইদন য়াথোক্পগি মহুত্ত ফজবগি খূৎথাঙ্দ উৎথোক্নব হোৎনৈ। ফত্তবগি কোমদগি লৌখৎলগ মঙাল্ লৈব ফজব লৈ সাৎহন্নব হোৎনবন মাগি পান্দম্নী।

ফজরব তাইবঙ্ অম ফংনিংবগি ঈখৌ লাংব অমদী তন্থরক্প, মঙম্ সান্দব ব্বাখল্ন চিংথরক্প অনীগি মরক্ত মহাক্ হাইদুন লৈ। মাগি কলাগি পাম্বৈন বৌদ্লেয়রন অথোইব ফজবদু ফংব মীৎকূপ্ত তু-চুংন নুংঙাইব ফাওবগুম্ন অকন্ব পূক্নীং ইথিল্ অম সাগৎনীংঙী অমদী মদুবু কায়হন্দন থম্নীংঙী। মাগি সৈরেংন ইন্দ্রিয়গি খঙ্ব ঙম্বগি কয়াৎসিংবু থৌব হেন্গৎহল্লী; অমগ অমগগি মরক্ত মরী সাগৎলী মসীন চুম্নগি খঙ্ব উবগি ব্বাংমদ অপাবব্ পুব ঙম্মী। ঈচেল্ কায়দন পূক্নীংবু ব্বাখল্গি ঈপাক্ অমদ কোয়পাই পাইহন্নব ঈন্সিললী। মাগি অপাম্বদী পোৎসিংবু সৈথাবদ চপ্চাব মপান্গি মসক্ মওঙ্ অদু য়েক্তুন তাক্প নত্তে; কয়া য়াম্ন কম্প্লেক্স ওইব সেন্সেসন্ অম ফাওহন্বগে হায়বদু য়েক্পনী, অমদী তোঙান্ তোঙান্ব ব্বাহনথোক্সিংন অপাবগি থমোয়দ য়াকাইহল্লক্পদুনী। কলাগি পান্দম্দী মপান্গি তাইবঙ্বু কোপী তৌবদু নত্তে, ইংগিত্ ওইন ফোঙ্দোক্-পদুনী হায়ন মহাক্ন থাজে। মল্লারমে, ভরলেইন্, রিম্বাউদ্ মখোয় অহুম্ন মপান্গি অউবসী থাদোক্লগ নুংগি ওইব half obscure ওইব কলা অম সাগৎপদ চঙ্সীনখি। বৌদ্লেয়রগিদী 'মহৌসা' অসী দিক্স্নারী মখল্ অমনী। লোন্গি যাদুগর অম ওইন পোৎকি তোঙান্ তোঙান্ব মসক্কি ব্বাংমদ কবিন চৎলী অদুগ মখোয়দু coherrent design অমদ পুন্দুন থম্লিবদু ইংগিত্ন তাক্ঈ। কল্পনাগি অব্বাংব কলাকার অম ওইন মখোয়গি মরক্ত লৈরিব অঙক্প মরী অদুবু খঙ্দোক্লগ

ইমেজ্‌দ ফাজিনদুন থম্‌মী মদুন ঈনৌ নৌব তাইবঙ্‌ অমগি মসক্‌ উহন্‌ব থোঙ্‌ অদু হাংদোক্‌নব সো পায়হল্‌লী।

তাইবঙ্‌সীগি ৱাংমদ হেন্‌ন ফজব মফম্‌ অম লৈরি হায়ন থাজব কবিগি ৱাখল্‌সী সৈরেং কয়ামবুম্‌দ ফোঙ্‌দোক্‌ঈ। **'পন্‌দোন্‌ লোম্‌ন কাখৎপ'** হায়ব সৈরেংদ কবিন মাগি ৱাখল্‌বু পুখ্রি মচাসিং, তম্‌পাক্‌সিংগি মথক্‌ত, চীংজাউসিং, উমংসিং, নোংগি মপৈসিং অমদী নুমীৎকি ৱাংমদ, ইথরন সন্‌দোক্‌লিবদুগি ৱাংমদ থৱান্‌মিচাক্‌সিংন লৈরিব ঙম্‌খৈদুগিসু ৱাংমদ চৎলো হায়রি। পৃথিবীবু পাৎ অমগ চাংদম্‌নরগ সিনিঙাই ওইরব পাৎয়াসিদগি চৎখিনব কৌবিন হায়রিঃ

**লাপ্‌ন পাইখ্রো সিনিঙাই ওইরব পাৎয়াসিদগি**
**চৎলু, সেংদোক্‌চৌ নসাবু মথক্‌ থংব নুংসীৎন**
**অদুগ থক্‌উ করিমত য়ান্‌সিন্‌দন অমৃতদো লাইসিংগি**

মাগি য়াম্‌ন মমীং চৎলব সৈরেং **'অমগ অমগ লৈনরিব মরী'** (correspondances) হায়বসিদ মহৌসাবু লাইসঙ্‌ অমনী হায়ন কবিন লৌরি, মসীগি মখোঙ্‌ন অহিংব উপাল্‌সিংন ওইরি। নুংসীৎন মসীগি সিম্‌বল্‌গি উমংসী ফাওদুন হুম্‌লক্‌পদ মরোল্‌ লৌফম্‌ খঙ্‌দব ৱাহৈসিং তত্তন ঙাঙ্‌ব থেংনৈ। কবিদী ৱাহৈসিংসীগি অরথ খঙ্‌ন অমগ অমগ লৈনব মরীবু তোঙান্‌ তোঙান্‌ব মওঙ্‌দ সাগৎলী। কবিন থাজে, মচু, খোন্‌জেল্‌ অমদী মনম্‌গি মরক্‌ত থানব য়াদব মরী লৈনৈঃ

**মথং মথং লাক্‌প খোন্‌থাঙ্‌ন লাপন্‌ লৈরিব চীংমায়দ**
**তিন্‌সিন্‌খিবগুম্‌ অমত্ত ওইন লুন লুপ্‌থরদুন**
**অমম্‌বগুম্‌ন পাক্‌ চাউরদুন মঙাল্‌গুম্‌ন লাপ্‌ন সন্‌দোক্‌লদুন**
**নুংসিরব লৈনম্‌সিং, খোন্‌জেল্‌সিং অমদী মচুসিংন অমন অমদ পাউখুম্‌ পীনরি।**

অয়াম্‌ব সৈরেংসিংদ ৱাফম্‌সী তত্তন পল্‌লী, মীৎ, নাকোঙ্‌ অমদী নাতোন্‌ থোঙ্‌ অহুমসিদ চঙ্‌লক্‌প মহৌসাগি পোৎ অমগ সাগোন্‌নব মগুন্‌সিংন অঙক্‌প মওঙ্‌দ তিন্‌সিন্‌নখ্রগ খঙ্‌ন লৌসিল্‌লিব ৱাখল্‌গি পুক্‌কৈদ অমুক্ত থেংনদ্রিব ঈনৌ নৌব মহাউ অম পীদুন পুক্‌নীং মকা লামন নুংঙাইহন্‌ব ঙম্‌ব, অথোইব ফজবদু ফংনব পাম্‌বৈ অম ওইন কবিন লৌরি। **'পুম্‌থরক্‌লিব অসিব হক্‌চাং'** হায়ব সৈরেংদ পুম্‌থরক্‌লিব নম্‌থীব মনম্‌ সন্‌দোরক্‌লিব অসিববু ফজব পোৎ

অমগুম্ন উৎলী। মখোঙ্ন থরাক্ থরাক্ য়ান্থরক্প উরগ ওক্তবী নুপী নীংসিংঙী। নুমীৎন মথক্ত ঙান্ববু পুম্লব সদোংদু মৈদ লৌথোক্লগ মচল্ চাম ওন্দুন মহৌসাদ তিন্খিনব থৌরাঙ্ ওইন উই। লাক্পসু মহৌসাদগি পুন্সিল্লগ লাক্খিবনী। মথক্ত লৈরিব অতিয়ান অসিবদুবু সাৎকাইরক্লিব লৈ অমগুম্ন য়েংলি, নম্থীরব মনম্দুন নুংসিরব লৈনম্ ওইন লৌরদুন। অসিবগি মবুক্ত হয়িং ময়াম্ন খোইগুম্ন ওম্লীব, হন্ ময়াম্ন নোম্হৌ নোম্হৌ চৎলিবদুবু ঈথক-ইপোম্ হৌবগুম্ উরি। অথীববু ফজব ওইন পুথোক্পসী কবিগি অপাম্বনী। অদুন সৈতান্বু কবিন অফব, খ্বাইদগি থঙ্ব, খ্বাইদগি ফজব লাই ওইন লৌরি। মরাইবক্ন মীনম্বীরব, থাগৎপিদ্রব, অরান্ব মরাল্ কয়া সীবীদুন তান্থোক্পিরব নিংথৌমচাগুম্ মায়থীরগ হেন্ন খোঙ্ফম্ চেৎন লেপ্লিব সৈতান্বু কবিগি অৱাবদ মিনুংসি পোক্পীনব হায়জবি 'সৈতান্বু খুৱুমজব' হায়ব সৈরেংদ। হু চেন্বদগি কিনিঙাই ওইব তম্থিব জিব অমনী লৌনরিব লিন্বু বৌদ্লেয়রন ফজবগি সিম্বল্ ওইন লৌৱি। য়েংবদ অমেঙ্ব মঙালগি ঈথক্ হৌব ফিজেৎকুম্ন নীক্ নীক্ লাউন লংলিব লিন্গি উন্সাবু উরগ ৱাহৈন ফোঙ্দোক্প ঙম্দ্রব ফজবম কবিদ ফাওরি; হীগোক্ অমদী ৱাউথাং-নব মচুগি ইপোম্সিংন সমুদ্রগি ঈমাযদ সান্নবদু নীংসিংলকঈ, অযুক্কি নুংসীৎন হুম্বদ পাক্লব ঈপাক্কি হিনাউন য়াকায়রক্পগুম মঙ্ মঙ্লিব কবিগি থৱায়ন লাপ্ন লৈথ্রব স্বরগগি মায়কৈদ খোঙ্সান্ব হৌবক্ঈ। লিন্গি মমীত্ত ফত্তব অমত্তসু উদে, অঙাংগি চম্জব মতৌগ লিন্গি মকোক্কি মতৌগ চাংদম্নরি, সামু মচাগি নোম্ নোম্ব খোঙ্চৎক লিন্গি নাক্ য়েত্ হাইদুন চৎপ মওঙ্গ চাংদম্নবি। ঈরাউখোল্গ লোয়নন চেন্থরক্প গ্লেসিয়রন সৌদোরক্পদ তুরেল্ ঈমায় ৱাংখৎলক্পগুম্ লিন্গি মতিল্ন য়াতোন্দ থেংবদ সাথীন ময়াক্ কন্ব অমদী হেক্ত পান্ব য়ু অম তপ্ন চিংবগুম্ন কবিগি থমোয়দ নুংঙাইব ফাওরি, মহী চেল্লব অতিয়া অমদ অরংব থৱান্মিচাক্ন লৈতেংলদুন থোরক্পগুম মালেম্গি নত্তব তাইবঙ্ অমদ খোঙ্দাব হৌরক্ঈ। অসুম্ন হৌদোংগি ফজব সৈথাবদ কবিগি মখুৎন নুংসিন হৌদোংগি মোল্লব মসাবু নান্বিবদ ইলেক্ত্রিক্ করেন্তন থেংবগুম্ উন্সান ফ্রীং ফ্রীং কাপ্লক্প অমদী তরাউ তরাউব মমীৎন য়েংলক্প উরগ মাগি চাননবীবু নীংসিংদুন নুংঙাইব ফাওবদু য়েক্লক্ঈ। বৌদ্লেয়রন সোক্লম্দব সৈরেংগি হীরম্ ঈরৈ লৈতে হায়ব য়াই। মাগি মনুং হুন্জিন্ন উসিন্ব ঙম্ব অমদী মপান্থোঙ্গি ফজবদগি সাগৎলক্প

নুংগি ওইব অথোইব ফজববু থিবগি খোঙ্‌চৎত চঙ্‌সিন্‌খিবগি অৱাংব খুৎফোঙ্‌দোক্ অসীন মাগি সৈরেং খুদীংমক্ নুংঙাইহল্লী, ৱাখল্ খল্‌হল্লী অমদী পূক্নীং তুজুংনে ফাওব ফজবগি মহাউ অম পী। নূপীগি নীংথিজব সম্ উবদ কবিন মাগি নূপীবু নীংসিংলক্‌ঈ, হৌখিব কয়াগি মঙ্‌লান্ অমদ তাউদুন লৈ। অমুব সম্‌গি তূমীন্ লৈব মতৌন নূপী ওইবীগি ঙম্‌জদব মতৌবু ইংগিত্‌ন ফোঙ্‌দোক্‌ঈ, অদুগ জুম্ জুম্ লাউন মরাং কায়ন হাইথরক্‌লিব সম্‌লাংন হক্‌চাংগি নোয়-পেন্‌ব, চুং-ফীরাল্ চাবগ লোয়নন মপাল্ ফরিব পূক্নীংগি পাংগল্‌বুসু ইংগিত্‌ন খঙ্‌হল্লী। সম্ অমদী নূপী মসান কবিদ ফাওহন্‌বগুম্‌ন সাগৎলিব ইমেজ্‌সিংন ইফেক্‌সিংদু ফাওহল্লী। অসাব লম্‌গি উপাল্ ৱাপাল্‌ন মরাং কায়ন হৌরিব অসূকপ উমংসিং উরক্‌ঈ অমুব সম্‌বু য়েংলগ। অদুদগি চঙ্ চঙ্ লাউন নেসা কান হিংলিব পুন্‌সীগ অমত্ত ওইন পুন্‌সিন্‌নখি। কবিগি ৱাখল্‌গ সম্‌গি ফজবগ হারমোনাইজ্ তৌখিদুন পূক্নীং ইথিল্‌সিংবু পেল্‌হল্লী অদুগ ঈখৌলাংব কয়া নৌহৌন পোক্‌হল্লী। বৌদ্‌লেয়রগি 'সম্' হায়রিব সৈরেংসী পিওর পোইত্রিগি খূদম্ ওইন ক্রিতিক্ অয়াম্বন তোয়ন পন্‌ব সৈরেংনী। পিওর পোইত্রি ওইহন্‌গে হায়ন থৌওইন ইখিবদী নত্তব, মসীগি মনুংদী চন্‌ব সৈরেং ১৫ রোম্ বৌদলেয়রন ইরম্মী। পিওর পোইত্রিসী মঙোন্‌দ, ফজব সৈরেং মখল্‌সিংগি মনুংদ অমনী। অসী নত্তব মখল্ ফয়ামরুম অমসু কবিন ইবম্মী। **'লায়রবগি মীসি'** হায়ব সৈরেংদ, অসিববু কবিন পুন্‌সীগি পান্‌দম্ অমদী আসা ওইন লৌৱ। অসিবন মীওইবথু থেম্‌জিল্লী, সিদহীদাক্‌কুম্‌ন ময়াই কাহল্লী, থৌনা পীরদুন নুমিদাংৱাইরম্ ফাওব লৈহল্লিব নেসাগি ঈফূৎ ওইন লৌরি। লায়রব মফি ফাওব সেৎপ ফংদ্রবসিংগি ফমুং সেমলিব; তূম্‌নব অমদী নুংঙাইরব মঙ্ কয়া মঙ্‌বগি খুদোল্‌পোৎ পায়রিব য়োৎচাবীগি মখূৎ পান্‌ব লাইগি দুত্ অম ওইন লৌরি অসিববু। অরোইবদ হায়রি মসীদী খঙ্‌ব ঙম্‌দ্রব পূক্‌কৈন্নী, লায়রবগি সেঙ্‌গাউনী, ঐতিহাসিক্ ওইরব মমা লৈবাক্নী, মসক্ খঙ্‌দ্রিব অতিয়াগ ফাওনব সনখোঙ্‌নী। কবিন মহৌসাগি অঙকপ মরীসিং অসীবু খঙ্‌নব লেপ্‌তন চঙ্‌সিল্লুই অদুবু পোলোইদদী মীওইবগি লীচৎতবু খঙ্‌লগ তোক্‌লে হায়ন নীঙম্‌দন সোল্লী। অদুন কবিন হায়— *"নহাক্ন মীওইববু নুংসিগদবনী হায়ন ঈন্‌সিললবদী.. মহাক্ন মীওইববু তুকচ্চরক্‌পগি লাইবক্‌ত তারব সোয়দ্রে...।"* ইন্দস্ত্রিয়েলাইজেসন্‌ন মাঙ্‌হল্লক্‌লিব কয়া উৱুরগ বৌদ্‌লেয়রন ১৯ সুব চহীচাদ য়াম্‌ন মরু ওইন লৌখিব

লিবরেলিজম্বু য়াখিদে। মসী মহাক্ন সমাজগ য়ানদবদগি ওন্থোক্প পুন্সী মরেল্ অমদ লেন্খিব অদুন খরমখৈ ওইরম্বস্ য়াই। অদুন বৌদ্লেয়রগি সৈরেংদী extreme ওইব ঙাক্তন নম্মী, নুংতিগি থেংনরিব চুম্নগি experience অসিদগি তোঙানব অম থি। মসীবু ফংনব মহাক্ন দ্রগ, সেতানিজম্, সেক্স্, তন্থরক্পগি অয়ৌবী, লম্ চৎপ অসীনচিংব কয়া পুসিল্লক্ঈ। দ্রগ্নে সেন্সিবিলিতিবু বাংখৎহল্লী, হেন্ন লৌসিন্ব ঙমহল্লী অমদী নুংতিগি থেংনরিবসিং অসীগি ৱাংমদ লৈশ্রব অনৌব experience কি লম্দম্দ পুসিল্লী হায়ন মহাক্ন থাজে। মহাক্ন থৱায় তাখিব দ্রগ অনীদী য়ু অমসুং গন্জানি। অদুন য়ুগি মতাংদ ইব সৈরেং কয়া থেংনৈ। মাগি পুন্সীন লোইরম্দাইদ ইরক্প সৈরেংসিংদদী নুংদ লুথন য়েংবগি মমি তারে। নীংব কায়রক্পগি সাথীন নাঈতোম্ তারক্পদুনী মাগি **'অহাঙ্ববু ঈখৌ লাংব'** হায়ব সৈরেংদ ফোঙ্দোক্লিবসী। অহৌবদ কবিন হায—

**আসা য়াওদ্রব ৱাখল্, মতম্ অমদ লান্থেংনবদ হৱাউজরম্ব**
**আসা, মাগি ময়াইন নঙ্গি হৈনীংবদ ঈনোৎ হাপ্লম্ব**
**লৈনীংদরে অমুক্ হৌজিক্তি নঙোন্দ! ঈকাই খঙ্দন হুন্দোক্পীরে নহাক্পু,**
**হনুরব সগোল্নী খোঙ্ফম খূদীংগি খুদি থীহল্লব মখোঙ্নী।**

মাগি থমোয়বু পোথারো করিমত য়াওৱুরনু হায়ন থেম্জিল্লি। অমুক্সু পাউমেনজেঃ
**কায়নরোদন খোয়দান তারম্ব বাঁসি খোন্জেল্**
**পাম্লগনু হৱাউ তয়াম্ব চোক্থরব অৱাববু কোন্সিল্লিব থমোয়।**
**মাঙ্খ্রে য়েনীংথাগি লাৎচনীংব লৈনম্ পূম্ব।**

কবিগি ৱাখল্ন, অৱাংবদগি পৃথিবীগি মতৃম তাব মতৌবু য়েংলি, অদুবু লৈনব খাংপোক্ অমগিদি নত্তে। থমোয সোক্ন হংলি— *হে কীন্থরকলিব চীংমায়/ ঐবুস্ পুবিগদ্র নঙন তারকপদ?* বৌদ্লেয়রগি **'খোঙচৎ'** হায়রিব সৈরেংসী সাংঙি অদুবু পরেং খুদিংগি ৱাখল্ খলহন্ব ৱাহৈ অমদী খৃৎলান্থোক্কি ফজবত নত্তন ৱাহন্থোক্সু সাথীন ফজব বৌদ্লেযরগি অপুন্ব মসক্ তাক্প ফজরব সৈরেং অমনী হায়বদ হাযমন্ব থোক্লোই নীংঙী। অহৌবদ কবিন ফোঙ্দোক্লি মেপ্ অমদী সাপা নম্ব পোৎক নুংসিনরিব অঙাংগিদী তাইবঙ্পাল্ অসীন মাগি পাক্ চাউরব ঈখৌ লাংবদুগ চানজে। থাউমৈগি মঙাল্দদী তাইবঙ্ অসে কয়া চাউন

উরিব, অদূগ মাগি নীংসিংবগি মীৎন য়েংবদদী কয়াদ পীক্ন উরিব। খোঙ্চৎ অদু হৌরক্পদ লৈরম্ব মাগি লাক্ওম্ ফাওম্দ্রব ৱাখল্বু অসুম্ন সৈথারি —

**অয়ুক্ অমদ খোঙ্সাল্লক্খিবনী, পূক্নীংদ মৈ চুরদূন,**

**য়ানীংদব অমদী সাথীব থৌদোক্পু পাম্জবন পোক্থায়রক্খি থমোয়দ**

**অদুদগি ঈথক্-ইপোম্গি তান্থাগ চানন মাঙ্দ চৎখৎখি ঐখোয়**

**ওম্খৈ নাইব সমুদ্রদ ঐখোয়গি ওম্খৈ নাইদবসীন ঈংন সন্দোক্লদূন।**

খোঙচৎ অদূদ য়াওব খরদী কা হেন্ন নুংঙাইখি মরৌ চাউব মরম্দম্ অম থাদোকপদ, খরমন মখোয়গি পীক্লিঙৈগি কিনিঙাই ওইরব পুন্সীবু তুংওইনন থম্লম্বনী। অদূবু নুংঙাইব মরক্ত অকিব অমসূ ফাওরক্লিঃ

**সা ওন্খিবদগি থিংহৌনব মখোয়ন হীদাক থাজে**

**মফম্ অমদী মঙাল্গি অদূগ পাক্লব অতিয়াগি;**

**উন্গি চীক্ চীক্ লাউব মমূ, মদূবু চাক্থেক্তূন**

**সেন্জেং ওন্থোক্লিব নুমীৎসিংন চূপ্পগি মমিসিংদূ তপ্ন তপ্ন তক্থোক্খি।**

খোঙ্চৎসিদগি খোম্জিল্লক্প গ্যানসিংন হৈনদব হেন্গৎলক্ই, ঙসি, ঙরাং, হয়েং পূম্নমক্ত তাইবঙ্সীন মীওইবগি মমিতবু উৎথোরক্ঈ। অদূন কবিন হাযরি কংফালসী লৈব ওক্লে, হনুরব হিরোই হোল্লু সমুদ্রদ অমদী অতিয়াদ, স্বরগ ওইসনু নোরোক্ ওইসনু খঙ্দ্রিব মরেপ্নুংদ হোন্জিল্লো অনৌব অম থিরুনব। **'তাইবঙ্সীগি ৱাংমদ কদাইদনো অমদ'** হায়ব সৈরেংদ কবিন মাগি থবায়গ ৱারী সানবদূ য়েক্লি। কবিন পুন্সীবু হোস্পিতল অম ওইন লৌরি। মসিদ অনাবসিংন ফমুং হোংদোক্ হোংজিনগি ৱানরি; মৈফূ মনাক্ত নত্রগ থোঙ্নাউ ময়াদ তাবগি, ফরক্খিনি খন্নরদূন। কবিন মাগি থৱায়দ হংঙি লিসবোন্দ লৈসীর-খুমদে, হংঙি হোলেন্দ চৎসীর-খুমদে, অসুম্ন কয়ারক্ হংঙি খুম্লক্তে। অরোইবদ কবিগি থৱায়ন ঈহৌরক্তূন কপ্থোরকঈঃ ***'কদাইদনোম হেক্ত, তাইবঙ্সীগি ৱাংমদবু ওইরিমখৈদী।'*** তাইবঙ্গি লীচৎসিদ পেন্দ্রব, খম্থেংন হৈনরক্তবগি সাফু কন্ব খুৎফোঙ্দোক্নী।

অতৈদগি তোঙানব তেক্নিক্ খর বৌদ্লেয়রন মাগি সৈরেংদ, মরু ওইন পিওর পোইত্রিগি মনুং চন্ব সৈরেংসিংদ সীজিন্নৈ। মরু ওইব অনীখক্ পন্ব তারবদী

মাগি এব্স্ট্রেক্সন্ তেক্নিক্ অসী অহান্বদ লাক্ঈ। মসীন পিওর পোইম্ অমদ য়াওরিব মচল্সিংদ্ নুংতিগি থেংনরিব থৌদোক্সিং নত্রগ ফীবম্সিংদগি লাপ্ন লৈহল্লী। অনীসুবদ, মাগি অতৈদগি তোঙানব সব্জেক্তিব্ অমদী ওব্জেক্তিব্ এলিমেন্ত অনীগি ফিউজন্ অসীনী। মসীন সৈরেং অমগি মনুংদ য়াওরিব ৱাহৈ-সিংগি মরক্ত লৈনরিব মরীদুন মহৌসাগ মান্নদব মওঙ্দ অরথ ময়াম্ অম থোক্হল্লী। করিগিনো হায়ববু সীজিন্নরিব ৱাহৈসিংদ্ অরথ মচীন্ লোঙ্ব ৱাহৈন নম্বন ৱাহৈসিংদ্ পুন্ন লৈরব মতম্দ, অমমম্গি অরথদুদগি য়াম্ন হেন্ন ফোঙ্দোক্প ওম্মী। অসুম্ন বৌদ্লেয়রন ফজব সৈরেংগি ৱাখল্লোন্ সাগৎপগ লোযনন থবক্ ওইনসু পাঙ্থোক্তুন মতম্ কুইন হিংদুন লৈহৌরগদব সাহিত্যগি পোৎথোক্সিং পুথোক্পিবম্মী। অচৌব খূদোল্ অম তম্বীরম্মী। মথক্ত পন্জখ্রিব মাগি সৈরেং মতেক্ শরসী ইংলিস্ত ৱারেং ওইন হন্দোকপদগি লৌথোক্চরগ মাগি ফ্রেন্চ্ ওবিজিনেল্গি স্ত্রক্চর য়েংলগ সেম্জবনী। চপ্চান হন্দোক্পনী হায়ন লৌবীগনু।

## পোল্ ভরলেইন্ (১৮৪৪-১৮৯৬)

ফ্রেন্চ্ লোল্দ খ্বাইদগি ফজব সৈরেং ইব কবিসিংগি মনুংদ অমনী, ঈসৈগি সুর খ্বাইদগি য়াওন ইব কবি অমসূনী। সম্বোলিজম্গি ঈহৌদ বৌদ্লেয়রগি মতুংদ লাক্প লমজিংব অমনী। ফ্রান্সকি মেজ হায়ব মফম্দ পোক্লগ মহৈ-মসিংন পেরিস্ত তম্খি। মতম্দুদ লান্মীগি ওফিসার ওইরিব মপান, মচান লাইরক্ ত থৱায় য়াওদবদু উবদ কেরানি ওইন হোতেল্ অমদ চঙ্হন্খি। ১৮৬৭ ত Mithilde Maute কৌবী অমগ থেংনদুন নুংসিনখি, ১৮৭০ দ মখোয় অনী লুহোংখি। অদুবু মাগি য়ু কা হেন্ন থক্পগি হৈনবীন মখোয় অনীগি মরক্ত নুংঙাইনদব হৌরক্খি। ১৮৭১ অঙাং ওইরিব কবি অরথর রিম্বাউদ্ক উনবদগিদী মাগি পুন্সীদ অচৌব অহোংব অম লাক্খি। রিমবাউদ্কি সৈরেং অমদী মাগি পীথোরক্প গুন্সিংন ভরলেইনবু ঙাওহন্খি। পোরিস্ত লাক্নব বারতোন্ তৌদুন কৌবদগি রিম্বাউদ্ক উনরব মতুংদ অঙাং ওইরিব কবিসিদ অসুক্কি মতীক্ ঙাওখিদুন ভরলেইনন মাগি নূপীগ কায়নখি। ময়ুম্ অমদী থবক্ থাদোক্তুন রিম্বাউদ্ক লোয়নন য়ুরোপ্কি মফম্ কয়া কোয়চৎ চৎখি। ব্রাসেল্স্ত লৈরিঙৈদ মখোয় অনী খৎনব অমদ

রিম্বাউদ্‌কি মথুদাংদ ভরলেইন্‌ন নোংমৈ কাপ্‌সিল্লুবগি ফাসোক্লে তাখি। মসীনা অহোংব অম পুরক্তুন ধরমরোম্‌দ মায় ওন্‌সিল্লক্‌খি, রোমান্ কেথোলিক্ ওইখি। জেইল্‌দগি থোরক্লগ চহী অনীরোম্ স্কুল্‌দ ওজা ওইবম্‌মী অদুদগি ইংলন্দ চৎলুবগ ১৮৮৮ দ পেরিস্‌ত হল্লক্‌খি।

মাগি অহান্‌ব সৈরেং লাইবিক Poems saturniens (ময়েক্ সেংদব সৈরেংসিং, ১৮৬৬) অসিদ বৌদ্‌লেয়রবগি মফম্‌দ উৎপ ঈকাইখুম্‌নবদু উব ফংঙী। মীৎয়েংদ ওব্‌জেক্তিব্ ওইরগসু কবিন থরায় যাওবিব হীরম্‌সিংদুদী অনৌব ওইদে। মাগি অনীসুব লাইবীক্ Fetes Galantes (নীংথিবব থৌদোক্‌সিং, ১৮৬৯) অসিদদী ১৮ সুব চহী চাদ চাওখৎলম্‌ব লাইযেক্‌প কলাগি অঙক্‌প ফংন ফজবসিংদু নীংথিন সীংথাবদুন পুথোবক্‌ঈ। ১৮৯০ দ ফোঙ্‌ব La Bonne chanson (নুংঙাইব ঈসৈ) হাযবসিদদী নুংসিব সুব চেন্‌ব ৱাহৈসিং যাম্‌ন যাওবে অদুগ পবনাসিয়ান্‌গি ওইব ওব্‌জেক্তিভিতিদগি লাপ্‌থোবক্লগ মাগ লুহোংগদৌববী নুপীগি মবম্‌দ সৈথাই। ১৮৭৪ দ ফোঙ্‌ব Romances Sans Paroles (ৱাহৈন হাযদন নুংসিনব), হাযবসিদদী মাগি খুৎইদ অহোংব অম লাক্‌লে। সৈবেংগি ৱাহন্‌থোক্তু ৱাহৈন পীবগি মহুত্ত পবেংসিংদুদগি থোবক্‌প ঈসৈগি সুবন পীননব হোৎনবক্‌ঈ। অবথবুদি ৱাহৈদুদ লোযনবিব ঈসৈগি সন্‌দদুন হেন্‌ন মবুওইব পীব ভবলেইন্‌গি খুৎইসী মপুং ওইন মসিদগি হৌবে হাযব যাই। ক্রিতিক্ খবন সৈবেংসিং অসী যু ঙাওবগি খৎনবন মখোযগি খোঙ্‌কাপ্ সেম্মী হাযব ফাওব যাওরি। বিম্বাউদ্‌ক মখোয অনী চঙ্‌ন সাগৎলক্‌প বাখল্লোন্ অদু অস্বাইদদী ময়েক্ সেংলে। 'ঈসৈন পৃম্‌নমক্কি মথক্‌ত লৈ' হাযবসী মখোযগি খোলাউ ওই। ফ্রেন্‌চ্ কবি অমত্তন মাগুম্‌ন ঈসৈগি মচল্ ময়ামদু খোম্‌জিল্লগ লৈচল্ চান লেংদুন পুথোক্‌খিদ্রি হাযন পি ক্রম্ অমদী জি চেস্তবস্ অনীন মোত্ পী। ১৮৮১ দ ফোঙ্‌ব, মহাক্‌ন জেইল্‌দ লৈবিঙৈদ ইখিব লাইবীক্ Sagesse (লৌসিংগি তুংনফম্) হাযবসিদ মহাক্‌ন লান্‌থিবসিং অদু পুক্‌চেল্ সেংন ফোঙ্‌দোক্‌ঈ। কল্‌পনাগি মঙ্‌লান্‌দ সাগৎপ মুবতিসিং, মহৌসাগি ফজববু ঈংন সৈথাব, মেতাফোব অমদী সিমবল্‌সিংবু জাক্‌স্তা পোজিসন্‌দ থম্‌দুন অনৌব খুত্‌ফোঙ্‌দোক্ কযা থিবক্‌ঈ। হেন্‌ন লুথব স্পিরিচুযেল্ দাইমেন্‌সন অম সীজিন্‌নদুন মপান্‌থোঙ্‌দ ইচম্ চম্‌ন উব নুংদন খঙ্‌ব ঙমদবগি চযেৎনব, মসান মসাবু থাজব

ঙম্‌দব অমদী মসান মসাদগি নান্‌থোক্‌নীংলক্‌প বাফম্‌ কয়াবু পুথোরক্‌তুন অনীব ঈনাক্‌খুন্‌ব পূক্‌কৈ অমদ পুসিল্‌লী। মাগি অরোইব সৈরেং লাইরীক্‌তি Jadis et Naguere (মতম্‌ অমদ পংকুইদি কুইত্রিব) হায়ব ১৮৮৪ দ ফোঙ্‌খিব অসীনী। বারেংগি লাইরীক্‌ অনীখক্‌স্‌ ১৮৯৩ অমদী ১৮৯৫ ফোঙ্‌খি। ঈসৈগুম্‌ন সৈরেংবু নুংঙাইহন্‌ব অমদী মগুন্‌ লৈহন্‌নব হোৎনবদ অফংব পাম্‌বৈ খুদীংমক্‌ নীংথিন সীজিন্‌নখিব অদুগ ঈসৈগি সন্‌দ য়াওব খন্‌দোক্‌পদ তাননব অথোইব নাকোঙ্‌ পান্‌খিব কবি অমনী ভরলেইন্‌। ফ্রেন্‌চ্‌ লোল্‌গি খুদোংচাব অমন ঈসৈগি সন্‌দ মরাং কায়ন য়াওব অদুগ চপ্‌চানস্‌ হায়ব ঙম্‌ব অসীনী। ভরলেইন্‌গি মসক্‌ তাক্‌প য়াব সৈরেং অম লৌখৎচরিঃ

পিরাং সিন্‌থরি ঐগি থমোয়নুংদ
নোংন চুথরক্‌পগুম্‌ন সহ্‌রদঃ
করম্‌ব মতম্‌দ হৌখিব অসোন্‌বসীন
মপূ ঙইরদূন ঐগি থমোয় পূম্‌বগি?

হে নুংসিন চুরিব নোং
লৈমায়থক্‌ত অমদী য়ুম্‌থক্‌সিংদ
চৈনা খাঙ্‌লিব থমোয়নুংদন
নোংগি ঈসৈন নিল্‌লিব!

পিরাং সিন্‌থরি মরম্‌ সূক্‌লৈ লৈতন
ঐগি নীঙম্‌দ্রব থমোয়দঃ
করি! য়ানীংদব অমত্ত লৈতে?
অবাবসীগি মরম্‌ অমত্ত লৈতে।

নত্তে হেন্‌ন নাঙ্গতোম্‌ তাবনী,
মরম্‌দী করিগিনো ঐ খঙ্‌দে
(নুর্ংসবগিস্‌ নত্তে হৈনদবগিস্‌ নত্তে)
ঐগি থমোয়সী ঈহাঙ্‌ হাঙ্‌ঙি।

সৈরেং অসী ভরলেইন্গি 'পিরাং সিন্থরি ঐগি থমোয়নুন্দ' হায়রিব সৈরেং অদুনী। মসিদ ভরলেইনন মহৌসাগি ফীবম্গ মাগি পোইএতিক্ মুদ্ক মওঙ্ অমদ য়ান্সিন্নদুন অমন অমদগি তোঙান্ন খাইদোক্প য়াদন থম্মী। পূক্নীংগি অকক্নব মসক্ অমদী তাক্তে, ৱাহং হংঙি পাউখুম্ পীরম্দে, খঙ্হৌদন ফাওরক্প ইথিল্সিংন রেস্পোন্স পীরগ মখাদী চৎথদে, নুংনাংব অদুগি ভিক্তিম্ ওইরগ তুমীন্ন লৈথোক্ঈ! মসাগি সীন্থরিব পিগি দায়ি ফাওব লৌজদে। অদুবু চম্ন সৈথাব অমদী পূক্নীংদ ফাওরক্পদগি সাগৎলগ অৱুব সাইকোলোজি অমদ লুপ্সিন্খি। পান্গি থৌদোক্ক নুংগি ফীবম্গ য়ান্সিন্নব, অচম্বদগি অৱুবদ চঙ্সিন্ব মওঙ্ অসী ভরলেইন্গি হৈনজব তোক্নিক্ অমনী ।

## অরথর রিম্বাউদ্ (১৮৫৪-১৮৯১)

মসাগি চহী ১৬ সুরক্পদগি হৌন ফ্রেন্চ্ সাহিত্যদ মমীং লৈন খোঙ্দারক্খিব কবি অমনী। পোকখায়রক্লিব মৈগি চীংগুম্ন থিংব ঙম্দন হান্নগি লৈরম্লিব কনভেন্সন্ পূম্নমক্কি মায়োক্ত অকন্ব ঈহৌ সাগৎখিব, হায়নীংবদ মনীং তম্ন হাযব ঙম্ব লাক্ন ফানব বাব কবি নহা অম ওইন সাহিত্যগি কেরিযর হৌবক্খি।নহা ওইবিব কবি অসীগি তোম্থিন্ ওইব প্রতিভাদনী ভরলেইনন ঙাওখিবসু । মাগি পামজবদী তাইবঙ্সিদগি তোঙান্ন নাঈতোম্ তান লনাইগি ওইব কল্পনাগি তাইবঙ্ অমদ তাউদুন লৈবদুনী। বৌদ্লেয়রগি ৱাখল্লোন্দ থাজব কবি অসীন মেতরিয়েল্গি তাইবঙ্বু পূক্নীংগি নুংঙাইব মাঙ্হন্ব ওইন লৌৱি। চুম্মী নত্রগ লাল্লী হায়ন লেপ্লিব ৱাখল্গি ফিরেপ্ অসীবু মহাক্ন থাজদে, কান্নদবনী হায়ন লৌৱি, মসিদগি হেন্ন লুথব অনীসুব মসা (Self) অম লৈ হায়ন কবিন থাজে। মসীন সৈরেংগ হক্থেংনন মরী লৈনৈ হায়ন লৌৱি। অদুগ খঙ্ব ঙম্দ্রিব তাইবঙ্-পাল্ অসীগি সৱুক্তগি লাক্প, পূক্নীংদ য়েরব ইথিল্সিংবু হায়রিব অনীসুব মসা অসীন লৌসিন্ব ঙম্মী হায়ন কবিন থাজে। মসী ফংনব হোৎনবদ রিম্বাউদ্ন মসাগি লৌসিন্ব ঙম্বগি সক্তি অমদী হক্চাং মাঙ্হন্ব ফাওবদ নীংহন্নখিদে। ময়াম্ন থাজনরিব রেসনেল্ ওইব তাইবংসিদগি নান্থোক্তুন খুৎসেম্গি অচুম্-অরান্ পূম্নমক্কি ৱাংমদ চৎলগ পোৎ খুদীংমক্কি মসাগি অসেংব মসক্ অদু খঙ্ব ঙম্নব য়ু থক্খি, গন্জা থক্খি, কানি চাখি মদুদ মসা সোক্চিল্লক্পগিদমক্ করিমত

নুংনাংখিদে। কোন্‌সস্ ভ্তেত্‌তগি মাগি ৱাখলবু সব্‌-কোন্‌সস্ ভ্তেত্‌ত লৈহল্লগ, মাগি ওইব তাইবং অমদ লূপ্‌তুন, নুংদ লোৎতুন লৈরিব ফজবগি মায়থোংসিংবু মমীৎ পেন্‌ন য়েংলগ সৈরেং ওইন ওন্‌থোক্‌পনী মহাক্‌ন পাম্‌লিবসী। লম্ অসিদ মহাক্‌ন অঙক্‌প ফংন চায়েং তৌথি। ৱারেং মওঙ্‌দ ইব মাগি অহান্‌ব সৈরেং লাইরীক্ — 'নোরোক্‌ত কুম্ অম' হায়বসী ১৮৭৩ দ ফোঙ্‌খি। মসী মাগি সাইকোলোজিকেল্ ওতোবাইওগ্রাফিনী হায়ন ক্রিতিক্‌সিংন পল্‌লী। বৌদ্‌লেয়রগুম্‌ন মচু, মনম্ অমদী খোন্‌জেল্‌ন চুম্‌নগি লোল্‌ন পীব ঙম্‌ব অরথগি ৱাংমদ লৈব সুপবনেচরেল্ ওইব অম পীব ঙম্‌মী হায়ন রিম্‌বাউদ্‌ন থাজে। ১৮৮৬ ত ভরলেইন্‌ন রিম্‌বাউদকি সৈরেং অমদী ৱারেংগি মওঙ্‌দ ইব সৈরেংসিংগি লাইরীক্ 'ইলুমিনেসন্স' হায়ন মিংথোন্‌দুন ফোঙ্‌খি। তসেংবদী ভরলেইন্‌ন রিম্‌বাউদ্ সিখ্রে হায়ন লান্‌ন লৌরুবদগি তৌখিবনী। মসিদ য়াওব 'নেসান ভাওরব হি' হায়ব ১৮৭১ দ ইব সৈরেং অসী থেংনরুবদগি রিম্‌বাউদ্‌পু খোয়দাজব হৌখিবনী। সৈরেংসিদ হি অমবু ঙমখৈ পূম্‌নমক্‌কি ৱাংমদ হোন্‌দুন চৎহল্লী। অদুগ চিংনিঙাই অমত্ত লৈত্রব ঈচেল্‌সিং অমদী ঈথক্‌সিং, মচু অমদী মওঙ্‌সিং উবদ ঈনৌ নৌন ফাওব লম্‌দম্‌সিংদ লেপ্‌প লৈতন হোন্‌জিলহল্লী। 'ভাৱল্‌সিং' হায়ব সৈরেংদন য়াম্‌ন তাঙ্‌ন থেংনব কল্‌পনাগি মচু কয়াগি মরম্‌দ য়েক্‌ঈ, পুক্‌নীং ইথিল্‌সিংবু য়াকাইহল্লী। অদুগ মরম্ পীদুন মহাক্‌ন য়ানীংদবসু ফোঙ্‌দোক্‌ঈ। ফাজিন পুন্‌সিন্‌ববু কবিন য়ানীংদে। তোঙান্ তোঙান্‌ব সেন্সসিংগি মান্‌নব পুথোক্‌ঈঃ মনমগ মচুগ, খোন্‌জেল্‌গ মচুগ, মচুগ পুক্‌নীংদ ফাওবগ, অস্বাইদনী বৌদ্‌লেয়রগি সৈরেং Correspondance ক মান্‌নবিবসী। ময়াম্‌ন অহাঙ্‌ব করিসু য়াওদবনী হায়ন লৌনব সিম্‌বলসিংবু মদুগি মৱুম্‌দ অকন্‌ব সেন্সকি অমদী কল্‌পনাগি ওইব পোৎ কয়া লৈ হায়ন মহাক্‌ন লৌৱি। A, E, I, O, U ভাৱল্ মঙাসীগ সেন্স-সিংগ মরী লৈনহন্‌দুন ঈনৌ নৌব খূৎফোঙ্‌দোক্ অম পুথোরক্‌ঈ। মচুসিংগ য়ানসিন্‌নদুন মসান সেম্‌জব ৱাহে কয়া সীজিন্‌নৈ, পুক্‌নীংদ অঙক্‌প ইথিল্ কয়া ফাওহল্লী। অসেংব সেংদব, চরাঙ্‌নব ঈং তপ্‌প, অহৌব খোনজেল্ অচীক্‌প অসীনচিংব মান্‌নদব ময়াম্‌বু ওন্ ওন্‌দুন সীজিন্‌নব, চুম্‌ন পুক্‌নীংদ ফাওবদগি নুংগি অৱাংব ৱাখল্‌লোম্‌দ চঙসিন্‌ব, অপীক্‌পদগি মপান্ নাইদন চাউবরোম্‌দ পুসিন্‌ব, তেকনিক্ কয়া সীজিন্‌নদুন সেন্সসিংগি হৌরক্‌ফম্ অমদী মখোয়গি মথৌবু উৎননব হোৎনৈ।

রিম্বাউদ্কি ইবগি স্তাইল্ অসী অককনব অমদ লৈতে। মখল্ অমদ চাংয়েং তৌরম্বদগি মায় হেক্ পাক্পগ অতোপ্প অমদ হেক্ত হোংখি। মসী মাগি লৈজরিব ইমেজরিগি পূক্কৈ অমদী পূক্নীং ইথিল্সিং অদুবু ময়াম্ন ফাজিন পুন্সিন্দুন থম্ব য়াদবগি ওথোরক্নব মচীন্ থিরক্পনী। মাগি সৈরেংদ মচীন্ তুম্ব ঈসৈগি সিংলী অম য়াওরি। স্তেত্মেন্ত পীব ময়ীবু নম্থিব মনম্গুমন্ হৈনেদন ঈন্থোক্ঈ, লান্ব চুম্বগি মরম্ পীববু অঙাওবগুম্ন লৌরি। মাগি খুৎইসিংদ য়াওরিব সন্দ, মচুগি সৈথাব অমদী ঈচম্ চম্বগ, মঙ্গুম্বগি থৌদোক্ক অঙক্প মওঙ্দ য়ানসিন্নব অসী সীংথানিঙাইনী। মহাক্ন ব্বাহেবু ময়াম্গ মান্নদব মওঙ্দ সীজিন্নরগ নুংঙাইজে। অদুন অনৌব ব্বাহে ময়াম অম মাগি সৈরেংদ হাপ্চিল্লী। ক্রিতিক্ খরন মাবু সররিয়েলিস্ত ঈহৌগি লম্য়ানব্ অমনী হায়নফাওব সৈথাই।

## স্তেফেন্ মললারমে (১৮৪২-১৮৯৮)

পেরিস্ত পোক্ঈ। মসাগি চহী ২০ সুরক্পদ ইংলন্দ চৎলগ চহী অনীরোম্ ফ্রেনচ্ তম্বীদুন লৈখি। লৈরিঙৈদুদ ইংলিস্ তম্লক্খি। ১৮৬৩ দ মহাক্ন লন্দন্দ লৈবিঙৈদ জরমন্ নীঙোল্ অমগ লুহোংখি। ইংলন্দগি হল্লক্লগ ইংলিসকি ওজা ওইন ১৮৯৩ ফাওব থবক্ তৌখি। থবক্ তৌরিঙৈ অমদি পোথারব মতুংদস্ সৈরেং ইবদ মপুন্সা কৎথোক্খি। অতেন্ব সৈরেং অমদী সোনেত্ পুন্ন ৬০ রোম্ ইবম্মী।

স্তেফেন্ মললাবমে ফ্রেন্চ্ সিম্বোলিস্ত কবিসিংগি মনুংদ তোম্থিন ওইব কবি অমনী। সৈরেং অমদী কলাবু মহাক্ন অসুক্কি মতীক্ সেংন লৌজে, মসীবু মহাক্ন ধরমগি ওইব থৌরম্ পাঙ্থোক্পদৌন সেংন, লুন, চেক্সিন্ন হোৎনজে। এদ্গার এলেন্ পোগি লাইরীক্সিং নৈনব্ববদদী পোগি সৈরেংগি ব্বাখল্লোন্সিং অদু মঙোন্দ পাম্ন থোক্খি। সৈরেং হাযবসী অংক হোৎপদ মথং মথং চৎথরক্লগ চপ্চান পন্থুংফম্ য়ৌবগুম্ চেক্সিন্ন হোৎনগদবনী, পংই ইসিন্বন য়ারোই হায়ব ব্বাফম্সিদ মহাকস্ থাজে। লৈপাক্পোক্প খূদীংগি পাঙ্থোক্প সৈবেং নৈনবগি থৌরম্ সীংথানিঙাইনী। ফ্রান্সকি কবি, অয়িব অমদী ক্রিতিক্সিংত নত্তন মীঁবেবাক্তগি অয়িব অমদী কবি কয়া মাগি থৌরম্সী য়াওব লাক্খি। ইংরাজি সাহিত্যগি ওস্কাব ব্বাইল্দ্, অরথর সাইমন্স, জোরজ্ মুর অমদী দব্লিউ. বি. য়িত্স্নচিংব কবিসিং য়াওরখি।

সৈরেংদী ইংগিত্ন খজিক্তদ য়াম্ন খঙ্হন্গদবনি মরীক্ চুম্ন সৈথারুব নত্রগ

হায়রবুগদব নত্তে হায়বসিদ মহাক্‌সু অতৈ সিম্‌বোলিস্ত কবিসিংগুম্‌না থাজে। পোং অমবু মমিং পন্‌বসীন ৱাখল্‌ন খল্‌লগ থিরক্‌পদ তপ্‌ন তপ্‌ন ফংলক্‌পগি নুংঙাই-বদুগি সরুক্‌ মরী থোক্‌পগি অহম্‌দী মাঙহল্‌লী, ইংগিত্‌ন তাক্‌পীসীদী সেংন খঙ্‌হন্‌দবনীন মসীগি নুংঙাইবসী অপাবদ পীব ঙম্‌মী হায়ন মহাক্‌ন হায়। মরম্‌ অসীন মাগি সৈরেং [illegible] অদুবু অপাবন খঙ্‌লক্‌প মতম্‌দদী মসামক্‌ন নৌন পুথোক্‌চবদৌন নুংঙাইহল্‌লী। সৈরেংদ সীজিন্‌নগদব ৱাহৈসিংবু মল্‌লাবমেন য়াম্‌ন মবু ওইন লৌবি। কুইন খল্‌লগ চানব অপাম্‌ব ৱাহৈসিং পুথোক্‌কঈ। অদুগি তুংদ অমুক্‌ পরেং সেম্‌লক্‌পদন ৱাহৈসিং অদু মনীং মমাঙ্‌ ওন্‌থোক্‌তুন, মথক্‌ মখা ওন্‌নদুন কয়ারক হন্‌ন মফম্‌ হোংদোক্‌ হোংজিন্‌ তৌদুন যেংঙী। খ্বাইদগি চানরে হায়ন খন্‌ব মওঙ্‌দুদ থম্‌মী। করিগুম্‌বদন Voib থওইন লৌথোক্‌পসু য়াওরি। অদুন মল্‌লারমেন মাগি সৈরেংদ সীজিন্‌নরিব ৱাহৈসিং অসী চুম্‌ন মসাগি লৈজরিব অরথদুদগি হেন্‌ন হায়ব ঙম্‌মী, লুম্‌ব হেল্‌লী। ৱাহৈ অমমম্‌ন ময়াম্‌ অমগি মহুৎ সিন্‌বদৌন মাগি তোঙান্‌ব ভোল্যুম্‌ অমদী দেন্‌সীতী লৈ। ঐখোয়ন তাইবঙ্‌পাল্‌ অসীগি মরম্‌দ লোইন অমদী লায়ন খঙ্‌ব ঙম্‌দবদৌন সৈবেংসিং অসীসু খঙ্‌বদ ৱাব, অপীক্‌প তাইবঙ্‌ অমমম্‌ ওইহন্‌গদবনী, তৌবতবু মাবু খঙবন তাইবঙ্‌বু খঙ্‌বদগিদী খর লায়ন থোক্‌প মওঙ্‌ ওইগদবনী হায়বসী মল্‌লারমেগি থাজবনী। সৈরেং হায়বসী মীওইবগি লোলন মসাগি য়াওফম্‌ থোক্‌প সন্‌দ য়াওহল্‌লগ হিংদুন লৈরিবসীগি খঙ্‌ব ঙম্‌দ্রিব তোঙান্‌ তোঙান্‌ব সক্‌লোন্‌সিংদু হায়নব হোৎনবনী। মসিদ ঐখোয়গি খোঙ্‌চৎসীগি ৱাফম্‌ মযেক্‌ সেংন যাওরি অদুগ নুংগি ৱাখল্‌গি থৌদাংসু উৎলী হায়ন মহাক্‌ন লৌবি। পিওর পোইত্রিগিদমক্‌ কৎথোক্‌লব কবি অমনী মল্‌লারমে। মসীমক্‌ননী মহাক্‌ন মাগি চহী ৫৬ কি পুন্‌সীদ সৈরেং ৬০ রোম্‌দমক্‌ ইরম্‌লিব। ফজবদসু অথোইব ফজববু ফংনব হোৎনবনী। বৌদ্‌লেয়রন হৌদোক্‌লম্‌ব ঈহৌ অসী মল্‌লারমেগি মতম্‌দ ক্লাইমেক্স্‌ য়ৌখি, অদুগ থাক্‌ ৱাংন চঙ্‌সিন্‌বসু হেন্‌খি। মাগি মতম্‌গি কবি ভরলেইন্‌ অমদী রিম্‌বাউদ্‌কি ইথিল্‌ খর চঙ্‌দে হায়বদী য়াদে অদুবু মল্‌লারমেন পুথোরক্‌পদন হেন্‌ন মগুন্‌ ৱাংন পুথোরকঈ। বৌদ্‌লেয়রগি ইথিল্‌ য়াম্‌ন চঙ্‌খি হায়বসীমদী মাগি সৈরেং কয়াদগি খঙ্‌ব ঙম্‌মী। তুংগি মীরোল্‌ন পাম্‌জন থোক্‌প কবিনী স্তেফেন্‌ মল্‌লারমে।

'বসন্তগি ইথিল্' হায়রিব সৈরেংসী কবিগি অহান্ব সৈরেংনী, মসাগি চহী ১৮ সুরক্পদ ইথিবনী। সৈরেংগি অহৌব স্তেন্জাদ মসা ঙম্দ্রব বসন্তন নুংঙাইতন তান্থোক্খি তবু তবুব, অঙৈংব কলাগি রিতু নিংথম্ থাবু। কবি মসাগি হকচাংদন নুংঙাইফম্ খঙ্দ্রব ঈন পোথাব ফংদ্রি, ঙম্জদ্রবন মসাবু তিংথোক্লকঙৈ তীংলী-য়াঙ্লীবগি হকাম্ চল্লক্প মতম্ লৈরম্দুনা। কবিনা নিংথম্ থাবু অচীক্প অনীগি সিম্বল্ ওইন সীজিন্নৈ। অমন ৱাহৈন ফোঙদোক্প ঙম্দদূন থোক্হন্ব অচীক্প অদুগ অতোপ্প অমন স্পিরিচুয়েল্ সাইলেন্স পুম্নমক্তগি অথোইব অচীক্প, মদুবু ইংগিত্ন ফোঙ্দোক্নব ৱাহৈন হোৎনব। অনীসুব স্তেন্জাদ য়াওরিব ঃ **ঙৌহল্লব মঙাল্ মসেক্ন য়ান্থদূন থম্লি লুম্বু লুম্বুব মৈসাবু ঐগি কোক্কি তুম্বা মনুংদ/স্তিল্গি খূদোপ্ অমন ফাজীল্লদূন অরীব ফূরাগি চেৎসিন্ব মওঙ্দ** পরেং অনীসিদ সীজিন্নরিব সিম্বলসিংসী য়াম্ন নীংথিজবত নস্তন যাম্ন পাক্চাউব ৱাহন্থোকস্ পী। বৌদ্লেয়রন মাগি হৌদোং সৈথাবদ সীজিন্নব পবেং — *ঐগি থোপ্ মনুংদ মহাক্ন চৎলি...'* হায়বদুগি মান্নব মওঙ্ অহান্ব পরেংসিদ উব ফংঙী। মহৌসাগি ওইব ফজবসিংদ কবিন পেন্দব স্নম লৈ, করিনো তসেংন খঙ্দব অমন মখোয়বু ফজহল্লী নুংসিহল্লী, মদু হেক্ য়াওদবদ মহৌসাগি পোৎ খূদীংমক্সী মঙোন্দ অমন্ব ফূরাদৌন উই। কবিন মসীবু থিব ঙম্নব থিবগি মঙ্ অম মঙ্লি। অহুম্সুব স্তেন্জাগি ফজবসী য়েংসী ঃ

> অদুদগি, উপাল্সিংগি লৈনম্ন চেল্লীব সিংলীদ, ৱারদূন তাসিন্থি ঐ
> ঐগি মায়ন তৌরদূন মোংফম্ অম ঐগি মঙ্গি,
> লুম্বু লুম্বু সাব লৈসাবু চীক্লদূন লৈপাক্লৈন ঈন্খৎলক্প মতম্দ।

মাগি '**খোযসাউনব**' হায়ব সৈরেংসী নাঙৈতোম্ তারক্প চোক্থরব ৱাখল্ ফোঙ্দোক্প সৈবেংনী। নম্থাক্ তৌরম্লগ চৎখিবী অমদ কবিন হাযনি —

> সাথীন মঙ্ মঙব য়াদব তূমখুল্ অম, তাল্লি ঐন নঙ্গি ফমুংদগি।
> মরাল্ লৈরে খঙ্লক্লব মীৎয়েংগি চৈনান হংগত্ হন্দা চৎলব য়াহন্দন ঃ
> নহাক্ নসানস্ উলুম্ থারগ য়েংব য়াগনি নঙ্গি লূজদব নম্থাক্তূগি তুংদ
> নহাক্তো অহাঙ্ববু হেন্ন খঙ্ডিব অসিবদগিস্ হেন্ন।

লান্জদব থমোয়নী হায়ব তাক্পদ কবিন হায় — *থমোয় অম নত্তব থৌদোক্ অমত্তগি ময়ান চীক্ত্রিব।* অসুম্ন লান্জদব, চোক্থরব, মায়থোং লাংসিল্লব কবিন

অসিবগি ৱাখল্ খল্লকঈ। মতোম্ত হীপ্লবদী সিগনি হায়বগি অকিব ফাওরক্ঈ। অদুন নুপী অমবু মনাক্ত লৈহন্নীংলক্পনি, কাম্গি অপাম্বগি নত্তে, নাঈতোম্ তারক্পদগি নান্থোক্নবনি। 'লৈ' হায়ব সৈরেংগি অহৌবদ সীজিন্নরিব ৱাহৈসিংসী অঙকপ ফংন ফজে—

**থায়নগি সংবানব অতিয়াদগি কীন্থরক্প সনাদগি**
**অদুগ থবান্মিচাক্কি মপান্ নাইব্রব উন্গি ঈপাক্তগি**
**অহান্ব নুমিত্ত নহাক্ন অচৌব য়ুগি পাত্র সক্উন্নবগি**
**পৃথিবীদী নহা ওইরি, অকন্ব চৈনা অমত্তগ খঙ্নদ্রি।**

বৌদ্লেয়রগি মচু, মনম্ অমদী খোন্জেল্গি ৱাখল্লোন্ অদু 'হেরোদিয়াদ্' হায়রিব মল্লারমেগি সৈরেংসিদ মমি তাব উই। নরস্ অমগ হেরোদিয়াদ্ক ৱারী সানবগি মওঙ্দ ইব সৈরেংসিদ মচু, মনম্, খোন্জেল্ অমদী সেন্স ওরগান্সিংবু য়াকাঈহন্ব ৱাহৈসিং মরাং কায়ন য়াওরি। এদ্গার এলেন্ পো অমদী চারল্স্ বৌদ্লেয়ববু সৈথাব সৈরেং অনীমক্ ফজব, অৱাংব থাক্কি ভাক্তনী। পোবু সৈথাব সৈরেংদ— *মাগি চহীন কিমন্খিবন মায় পাক্লিব অসিববু য়েংনবগি পাংগল্ লৈজদে* অমদী *ৱাইবতুগি লোন্দ অসেংব মিহুল্ ফাওহন্নব পীয়ু* হায়ব খুৎফোঙ্দোক্সী পন্ব য়াব ফজব পরেংসিংনী। মাগি 'কাংঙ' হায়রিব সৈরেংসী খ্বাইদগি ফজব সৈরেংসিংগি মনুংদ অমনী হায়ন সীংথানৈ। অহান্ব স্তেন্জাদ কবিন অসুম্ন সৈথাই ঃ

**অহান্ব অয়ুক্কি, তরু তরুব, ফজরব নুমীৎনি ওসি**
**থুগাইগদৌরিবর ভাওরব মসাগি সাখপ্ অমদ নাঈতোম্ তান**
**উন্খাগি লৈরোল্ন তোয়ন থুংলরিব ফম্জীল্লব পাৎসীবু**
**পাইখিদ্রব সাখপ্সিংন ওন্খিব লুরব উন্গি ঈচেল্সে?**

কবিন মাগি নুংগি মসাগি মরম্দ ফোঙ্দোক্পনী। আসান থন্ন লাক্খিব কয়াগি মায়থীফম্ ওইখ্রব ঈপাক্নী পাৎ অসী থক্ত পাইখৎকে হোৎনজব কয়ারক্ত মসীং থীওম্দন মায়থীখিবগি ইতিহাস্ সাগোন্নরি। মায়থীব কয়াদুন ফম্জিল্লগ ওন্খিব ঈচেল্ লেপ্খ্রব উন্গি ঈচেল্সিদ তরু তরুন মমি তারি পাইখিদ্রব সাখপ্সিংগি। অদুন অঙৌব কাংঙ ওইন চোংথোরক্ঈ, মসীগি অঙৌব মচুগ মসাগি অঙৌব মচুগ অমত্ত ওইন পুন্সিন্খিদুন। পান্গি অসেংবদুন মম্নিগ পুন্খ্রগ উন্ মনুংদ

ফাজিন্দুন লৈম্রি। ফাজিনখ্রব মতুংদগি ৱাংন পাইগে খল্লম্ব সাখপ্সিংদো অমত্ত মঙ্ফাওনখিদ্রে। অতিয়াদ কোয়ন পাইদুন চৎচগদব মসাসিংদু ফাজিনখ্রবনীন পৃথিবীগি লৈমায়দ, ফম্জিল্লব পাৎসিদ সান্নফম্ ময়ুম্ ওইররে।

মল্লারমেস্ বৌদ্লেয়রন সম্দ ঙাওবগুম্ ঙাওখি, নুপীগি সম্গি ফজবসী উবুরগ নুংদ চঙ্সিন্খিদুন খঙ্ব ঙম্দ্রিব লম্ অমদ য়ৌথিবনী। সম্বু মহাক্ন মৈরীগি সাখপ্ অমন ঙম্খৈদ য়ৌরক্পদ ওইব মচু ওইন য়েক্লি। বৌদ্লেয়রন অমুব সম্দ সৈথাবনী, মল্লারমেন ঙাঙ্লৈনব সমদ সৈথাবনী। মাগি সৈরেংসিংসী মসীং য়াম্দ্রবস্ অমমম্ খঙ্নব হোৎনবদ অচৌব থবক্ অমনী। য়াম্ন কুপ্ন নুং হুন্জিন্ন থিজিন্ব চ্ঙঙী। মরম্ অসীন ক্রিতিক্ খরন মাগি সৈরেংসিংসী খঙ্নব হোৎনবদ হেন্ন খঙ্লক্তে হায়ন মোত্ পী।

**ৱারোই ঃ** ফ্রেন্চ্ সিম্বোলিজম্গি ঈহৌ অসী বৌদ্লেয়রদগি হৌবগ ভেলরিদ লোইসিন্নবনী। মল্লারমেগি পিওর পোইত্রিগি খোঙ্জঙ্ অদু ভেলরিন মখা চৎথহৌবনী। অদুবু ৱারেং অসী কা হেন্ন সাংখিদর খন্বদগি ভেলরিগি মতাংসী হাপ্চদ্রে। সিম্বোলিস্ত কবিসিং অসীন ভ্তেত্মেস্ত পীবগি মহুত্ত ইংগিত্ন ফোঙ্দোক্কদবনী, সৈরেং হায়বসী পুক্নীংদ ফাওবক্প খব পঙ্ই ইসিন্বদু নত্তে, যাম্ন চেক্সিন্ন হোৎনদুন কৎথোক্পগ লোয়নন ফজব সৈরেং ইগদবনী হায়বসিদ থাজে অমদী থবক্ ওইনস্ পাঙ্থোক্ঈ।

## তানখিব লাইরীক্সিং ঃ


1. The oxford companion of French Literature, Paul Harvey, J.E. Helestine, 1986
2. An Anthology of Modern French Poetry, Peter Broome & Graham Chesters, Cambridge, 1984
3. Pure Poetry: Studies in French Poetics, Theory and Practice 1746 to 1945, D. J. Mossop, Oxford, 1971.

4. Baudelaire, Francis Scarfe, Penguin books, 1967.

5. A research in Stephane Mallarme, K.D. Sethna, Sri Aurobindo International centre of Edn., Pondhicherry, 1987.

6. French Literature and its background , John Cruickshank, Oxford, 1984.

7. Essentials of World Literature, Vol-2, Vincent F. Hopper an Bernard D.N Grabanier, Barron's Educational Series, New York 1952

8. Thinkers of 20th century, Elizabeth, Michel & George, Himayan books Delhi, 1987.

9 Lit. Criticism, Wimsatt, 1957.

---

ফোঙ্খিব ঃ

অসৈনুপকি চেফোঙ্ 'সৈরেং', অহান্‌ব, আগস্ত ১৯৯২ - জানুৱারি ১৯৯৩

# চরাঙ্নরব

# হৌজীক্কি সমাজ্গি মমি ঃ সৈরেংদ

চাউব, কমল্, অঙাংহল্ন হোৎনখি, অনৌব মনিপুরি সাহিত্য অম, বাংলা অমদী সংস্কৃত্ন হারব সমাজ অমদগি মনীং তম্হন্নব। মীৎকপ্ থোক্প মতম্নী তূম্লুবদগি। অদুন য়াকাইরক্খি ইতিহাস্কি লীক্লমদ —রোমান্তিসিজম্গি পরীং অমদ, য়ুরোপ্ত অনৌব য়ুগ্কি সাহিত্যন মপাল্ ফন্ন সাৎখিদুন ভারত্কি অতৈ লৈকোল্দ লৈনম্ সন্দোরক্লবসু। অদুদগি ৪০ গি মতম্দ য়ৌরক্লে মতম্গি সৈরেং, ৱারেং মনিপুরি সাহিত্য লৈকোল্দসু।

হিজম্ ইরাবোত্, এলাংবম্ নীলকান্ত, লাইশ্রম সমরেন্দ্র, শ্রীবীরেন্ থোরক্খি অহান্ব কাঙ্লূপ্কি অকন্ব কবি ওইন। মথংগি কাঙ্লূপ্ত থোরক্খি রাজকুমার মধুবীর, থাংজম্ ইবোপিশক অমদী য়ুম্লেম্বম্ ইবোম্চা। মখোয়গি মোদরনিজম্

অসী নোংচুপ্‌লোমগি মহাউ মনমদ সাগৎলী। ইরাবোত্‌ থক্‌তদী মাগি তোঙানব হক্‌থেংনব নুংফাও অমদগি সাগৎখি। মনিপুরি সাহিত্যদ পল্‌লিব কবিসিং অসীগি মফম্‌ চাউন লৈ। মখোয়গি, ইতিহাস্‌কি ওইব খুদোংচাব অমন, পোৎথোক্‌ ১/২ থক্‌ চহী ২০ লোম্‌গি সাংলব মতম্‌দ থোরক্‌খিবদু নত্তন অতৈ থোক্‌খিদবন, হন্‌জিন্‌ হন্‌জিন্‌ লমায় খূদীং ফাক্‌তুন, পরেং খূদীং পাদুন, তোঙান্‌ তোঙানব ক্রিতিক্‌সিংন নৈনবগি খুদোংচব অমসু ফংখি। মসী মখোয়ন ফংখ্রব-খুদোংচাব অমনী।

মথংদ থোরক্‌লিব অহুম্‌সুব কাঙ্‌লুপ্‌তন কবি নহা ময়াম্‌ অমগি অচুম্‌ব চরোংনী। মখোয়গি পোৎথোক্‌সিংদী নৈনব ইহৌ হৌদ্রি হায়ব তাই। মখোয়গি পোৎথোক্‌সিং নৈনদুন, করি হায়রিব পুথোক্‌প থেঙ্‌মল্‌লবনী। চাউব কমল্‌গি মতম্‌গি সৈরেংবু পাম্‌দদুন হুন্‌দোক্‌খ্রগ অহানব অমদী অনীসুব কাঙ্‌লুপ্‌কি মোদরনিস্তসিংন অনৌব সৈরেংগি পরিং অম হৌদোরক্‌পগুম্‌ অহুম্‌সুব কবি নহা কাঙ্‌বু অসীন অহানব অমদী অনীসুব কাঙ্‌বুন তৌখিবদু পাম্‌লক্‌তদুন য়েংলুদ্রে। অদুগ হৌরক্‌লে অনৌব সৈরেংগি পরিং অম। পোস্ত মোদরনিজম্‌ থুংলব হায়বসী ইতিহাস্‌কি লীক্‌লম্‌নী। মোদরন্‌ পেরিয়দ লোইখ্রবদী মথংগি অনৌব পবীং অমমুক হৌব মসান তাবক্‌ঈ।

মসিদ চোংথোরক্‌ঈ— লন্‌চেন্‌ব, বিরেন্দ্রজিৎ, মেমচৌবী, রঘু, ইবেম্‌হল, সরত্‌চান্দ, মাখোন্‌মনি, দোনেস্বোব, কুন্‌জরানি অমদী কুন্‌জবিহারি। খরন খোঙ্‌থাং কন্‌ন, খরন তপ্‌ন। অদুগ হান্‌নগি ফিজেৎ হোংদোক্‌লব ইবোপিশক্‌, ইবোম্‌চা, নীলকান্ত, মধুবীর অমদী মথি ফোংলক্‌প শ্রীবীবেন্‌।

নোংচুপ্‌তদ য়েংদুন মখোয়গি, মোদেল্‌দ সাগৎলম্‌ব চৎনবী তোক্‌থোক্‌তুন, মসাগি অকোয়বদ লৈরিব সমাজ, ঈনাকখুল্‌লব মনাৎ, অকোয়বগি হোংলক্‌লিব ফীভম্‌বু নকন চঙ্‌সিন্‌দুন য়েংনগ খঙ্‌লক্‌পদগি মসাগি মস্‌ক তাক্‌নব নৌহৌন হোৎনরক্‌পদ অনৌব মফোঙ্‌দোক্‌ অম থিরক্‌পসী বাংলা, মলয়ালম্‌, কন্‌নর, উরিয়া, তেলেগু, অমদী তামিল্‌ সাহিত্যদসু লাক্‌খ্রে। মসী মসান মসাবু থিরক্‌পগি অনৌব খোঙ্‌জঙ্‌ অমনী। মখোয়ন হান্‌নগি স্তেরিওতাইপ্‌ ওইব হৈনদ্রব মওঙ্‌দু মতম্‌গ চুনদ্রব ফিজেৎকুম্‌ হুন্‌দোক্‌খ্রে।

হৌখ্রব অমদী হৌজীক্‌কি মনিপুরবু অনৌব কবিসিং অসীগি কল্লাদ ময়েক্‌ সেংন তাক্‌নব হোৎনবগ লোয়নন ওইরিব ফীবম্‌সীগি নুংগি থাহন্‌থোক্‌পু থিরি।

'৮০ গি মতম্‌দগি কন্‌ন মকা ফোংলক্‌লিব লাল্‌হৌব, মসাবু কন্‌জনব হোৎনবদ থোরক্‌খিব মৈরা পায়বীগি ঈহৌ, '৯০ গি মতম্‌দগি কন্‌ন থোরক্‌লিব কাঙ্‌লূপ্‌কি ঈরাং অমদী মনিপুর মচেৎ তাহন্‌নব হোৎনরক্‌লিব সাফুসিংন চরাঙ্‌নহল্‌লব মনিপুরগি নে-তাদ্রব ফীভম্‌ন কবি নহাসিং অসীদ য়ৈরুবগ থক্‌তোরক্‌প খোন্‌জেল্‌ অসী সাফু কল্‌লী। চরাঙ্‌নব মরক্‌ অসিদ মীওইবগি নীংতম্‌ব, হিংবগি হক্‌ মাঙ্‌খিবগি য়ানীংদব, মমা লৈবাক্‌কি ঈহিং-নাহিং সারব ফীভম্‌বু য়েংঙম্‌দদুন কন্‌ননব করি তৌব তাই হায়দুন পাম্‌বৈ থিরক্‌প, মীন মীবু ঈকাইখুম্‌নন, অমন অমদ নম্‌থনীংব বাখল্‌ থাদোক্‌তুন হিংমিন্‌নবন পন্‌থুংনী সিমিন্‌নব নত্তে হায়বগি অকন্‌ব খোলাউ কয়া য়াওরি। হৌন লাউবদি নত্তে, নুংগি খোলাউনী।

লনচেনবা মীতৈগি—'**মোহফম্‌সিদা**' (য়েংলু য়েংলুবদ, '৮৪), '**মনীং তম্না পাইব উচেক্‌**' (হি নঙ্‌বু হোন্দেদ, - ২১), '**খোঙ্‌লম্‌বী** ', '**থৌরী কোঙ্‌গোয়**', '**খোঙ্গুল লীবা**', '**ঐগী মনিপুর**', '**বাহং**', '**হি নঙ্‌বু হোন্দেদা**' হায়রিব সৈরেংসিং অসিদ ঈহিং-নাহিং সারব সমাজ্‌ অসীগি মস্‌ক য়েক্‌পগ লোয়নন নুংগি বাহং কয়া, বাফম্‌ কয়াবু ঈচঙ্‌ থৌন হায়রি। নম্‌থনীংবগি বাখল্‌ন মাঙ্‌ওইনদুন লৈরব কাঙ্‌বুন, অতোপ্‌পন নীংতম্‌বগি য়াকাঈরোল্‌ হেক্‌ সক্‌লুবগ অরাফম্‌দ তাহন্‌বদু '**মনীং তম্ন পাইবা উচেক্‌**' ত ফোঙ্‌দোক্‌লি । পেন্‌দবগি, লমন্‌ খুম্‌নিংবগি ওম্‌খৎলক্‌লিব মৈরীন পোক্‌খায়রক্‌পবু দাইনামাইত্‌ পোক্‌খায়বনী হায়রি '**খোঙ্‌লম্‌বী**' দ—*মায়থীবগী সিয়োমনুংদা মতম্‌ কয়া / অতুম্‌ব মৈগী চীং ওইন/নাউপুরক্‌লব/ পোক্‌খায়রক্‌লে ঙসিদি খঙ্‌হৌদন / সুক্‌ন মল্লব চীংলক্‌সিদ/মখোল হৌন।* (হি ঃ নঃ হোঃ ৪৯) ।অদুগ হায়রি অনৌব খোঙ্‌ লম্‌বীসিদ কুইন পঙ্‌থরুরবসিংন তপ্‌ন তপ্‌ন লাক্‌লি দাইনামাইত্‌ পোখায় পোখায়হল্‌লদুন। মমা লৈবাক্‌কি নীংতম্‌ব ঙাক্‌নব থবায় কৎখ্রবসিং অদু নীংসিংলুরগ মসা মতোম্‌তগি থমোয়বু সেংদোক্‌চদুন অনৌব বাসক্‌ লৌরগ হায়রক্‌লি মহাক্‌স্‌ লাকলে — *মনীংতম্‌ব পাম্‌ব নচাসিংন/নীংহম্‌দন চৎখিব লোইনাইদবা লম্‌বীদুগি/ মার খোংগুল্‌, লীরদুন।* (খোংগুল্‌ লীব, ৭৫)। '**ঐগী মনিপুর ঐগী পোক্লফম**' (লা ৮৭) দ মমা লৈবাক্‌ মনিপুরবু অসুম্‌ন সক্‌তাক্‌ঈ—*লম্‌দম্‌সিগী লৈরক খুদিং কোনথোঙ্‌ খুদিংদ/ কোইচৎ চৎতুন লৈ অশিবন শক্‌লোন্‌ কয়াদ/মখুৎত মরু থম্না হাল্লবা নোংমৈ পায়রদুনা* ...।অদুগ অকন্‌ব বাহং ঙাক্‌ত হুংলকলে মী হাৎত্রবদী লাই নীংব,

*লৈবাক্ নীংব, মসাগি সকতম্ ঙাক্প, অওন্ব পুরক্প য়াদ্রবর হায়ন 'ঋহং'* কৌব সৈরেংদ। পোলোইদ অনৌব মঙ্ পুরিব হি অদুবু অসিব থবায় মরক্ থায়দুন হোল্‌ল্ চৎলু, অহিংব থবায় য়াওরিবসিংদু পুরক্‌লগ হিংবগি অনৌব ঋহন্‌থোক্ ফংনব হন্‌জিন্ হন্‌জিন্ সিরবসিংদ সিন্‌নৌ হায়রি। অসুম্‌ন য়াম্‌ন থৌনা ফন হৌজিক্‌কি মমা লৈবাক্‌কি দৃস্যসি উরগ মঙোন্‌দ ফাওরক্‌পদু সৈরেংদ ফোঙ্‌দোক্‌লি। লোন্ চম্‌মী। খুৎফোঙ্‌দোক্ ফজে। মমি অমন মমি অমদ খন্‌জিন্‌দুন চমম্‌নহন্‌ব য়াওদে। খোঙ্‌জেল্ অমদী সাফু কল্‌লী।

লম্‌বেল্ অসিদ হন্‌ব লৈতন চঙ্‌সিল্‌লিব অমন বিরেন্দ্রজিৎ নাউরেম্‌নী। লাল্‌হৌবন বোম্ পোখায়হন্‌বদসু সেকিওরিতি কাঙ্‌বুন হন্‌দুন নোংমৈ কাপ্‌পদসু পান্‌ফম্‌দী অমত্তনী— প্রজাদনী। সৈরেং মমিংসু অরথ লৈ **'তারগেত্'** (সিবু হৌনরিব্র ইমা, ৭৪)। ফজন ফোঙ্‌দোক্‌ঈ। চরাঙ্‌নব মরক্ত নীংতম্‌ব মাঙ্‌খিবগি চৈনানী **'সিবু হৌনরিব্র ইমা'** সৈরেংদ ফোঙ্‌দোক্‌লিবন। মমা লৈবাক্‌কি নীংতম্‌বগিদমক্— *ময়াম্‌বন মনাওগি ঈখেংদ/মনাওন ময়াম্‌বগি ঈখেংদ,* অঙম্ অঙম্‌ব ঈরোইনব, নৌরিব থবাক্‌সিংদ লান্‌ঙম্ ফীরাল্ য়ুংসিন্‌নববু লাল্‌হৌবর হায়ন অকন্‌ব ঋহং হংলি **'নঙ্গি নীংতমবগিদমক্'** ত (ফাদোক্ অমগি সৈরেং, ৮)। অদুগ আসা চাউন হায়রি নীংতম্‌ব অসেংবদী লৈখোম্‌ন ফিজেৎনব, মৈরক্ত য়াওল্‌লিব লৌমী সিন্‌মীসিং, মীথান্‌নবীদ্রবসিং অসীন পুরক্‌কদবনী। মীওইবগি মমল্‌বু থাঙ্‌সাংন কক্‌থৎপ, নোংমৈন কাপ্‌খায়ব য়ারোই হায়ন লাউরি **'থুগাইয়ু কৈসুম্‌সঙ্'** দ। মচীন্‌দ মমা নীঙ্‌বগি মন্ত্র সোল্‌লগ মমাগি ঈ চূপ্‌লিবসিংসী সিফম্ থোক্‌ঈ হায়রি মমাগিদমক সিব তারবদী। অদুবু কবিদী হায়রি **'নঙ্গিদমক্ হিংজনিংই'** (ফাদোক অমগি... ৪৯)। অসৈবদী করিসু তৌব ঙম্‌দে — *অসংব নীংথাদ/ অঙ্গংব ঈখেং/ নৌরিবা লৈয়োনসিংদ/বুত্‌কি মমি* তাব মতম্‌দ, নত্রগ ঈরাউখোল্ অম থোকহন্‌নব থৌরাংসু তৌখিদ্রি। অদুন কবিন **'নোংমৈ মরু'** কৌব সৈরেংদ হায় —*হেন্না মমল লৈ/নঙ্গি সৈরেংদগিদি... মথৌনা ফঙ্গব নোংমৈ মরু অমনা* (ফাঃ অঃ ৭৫/৬)। মীখাপোন্‌ন লৈবগি, কৈসুম্‌সঙ্‌দ ফাদোক্ ওইন চৈনা খাঙ্‌বগি মতমদু লোইখ্রে, অদুন অনৌব আসাগ লোয়নন কবি বিরেন্দ্রজিৎন হায় — *থাংলক্‌লিবনি খোঙ্‌সি ঙসিদি/কুচু পাল্লবী অয়ুক্‌ন তম্‌লক্‌প/—ইমাগি ঋরী ইনব...* ('অনৌবা ঋরী অমগিদমক', ফাঃ অঃ... ৮৪)। অচম্‌ব লোন্‌দ সাফু লৈন হৌজিক্‌কি মনিপুরগি

ফীভম্বু সৈথাবগ লোয়নন মরু ওইব বাহং কয়া হংলি, মাগি নুংগি বাসু ফোঙ্‌দোক্‌লি। চরাঙ্‌নব লম্‌মৈসী লোইশ্রগ অফব অনৌব সমাজ অম লাক্‌কনি হায়বগি আসা তৌরিব কবি অসীগি কলাসু চম্‌ন ফজে।

ঙসিগি বেক্‌দ্রোপ্‌ অসিদ ১৮৯১ গি অরোইব নীংতম্‌ লান্‌দ থাবায় কৎখ্রব-সিংবু নীংসিংলগ মেমচৌবীন হায়রি—*পোকখায়রকলো নঙসু/মৈতৈ নুপীগি সিয়োমনুংদ/কুম্‌জা কয়া লোৎলক্‌লিবা/অতুমব মৈগি চীং* (আন্দ্রোগি মৈ ২)। নীংতম্‌বগি অনৌব ঈহৌ অম মরু ছন্‌নব মপাউনি। মখোঙ্‌দ ঈ থোক্‌ন খুনাম্‌ তাদ্রিব লম্‌বীদ চৎপবু মল্‌লব পুম্‌লব সমাজ্‌ অসীবু সেংদোক্‌নব তঙায়ফদন চৎলিবনী হায়রি—'পীক্‌লবা খোন্‌জেল্‌ অসিন' কৌব সৈরেংদ (অন্দ্রোগি মৈ)। বাসক্‌ অমগ লোয়নন হায়রি—*অঙাঙ্‌ব ঈখেংগি মচু অসিন... কোক্‌থোক্‌ চাম্‌থোক্কদৌরিবনিনে/অমোৎপা মপৈসে...'*। ঈচঙ্‌ থৌন চোংথোকতুন হায় মেমচৌবীন মাগি নীংতম্‌বগি লম্‌বেল্‌। লোল্‌গি থোৎ নৌব মরক্‌ত, ইতিহাস্‌পু নীংসিংলগ, খোন্‌জেল্‌ হৌন সক্‌ঈ তুজুংলব ঈসৈ।।

নুপীবু সান্‌নপোৎকুম্‌ন খন্‌ব য়াদব অঙাংসিংন বারক্‌লক্‌পদ কৈথেন্‌ সন্‌ ওলল্‌বসিংবু অকন্‌ব দন্‌দি পীনব হোৎনরক্‌ঈ অঙাংসিংদ কৈথেল্‌ ঙাক্‌পসিংন। মদুবু সৈথাদুন য়েক্‌লি বরকন্যান 'কংলাসা' দ (নীংতম্‌ব অমসুং নীংতম্‌ব -৮৮)। কাঙ্‌লুপ্‌কি ঈরাংন ধরম মান্‌নব চীংমী মসেল্‌ হাৎনরক্‌পদ নীঙম্‌দে, য়েংব ঙম্‌দে বরকন্যা। অদুন কৌথোক্‌লি বায়েল্‌লনব—'খীসুদ' (সংবানব অতিয়াগি ঈপাক্‌ত, ৮০)। লাল্‌হৌবগি ঈরাংন ইরিব ঈখেংগি বারীদী য়াওদে বরকন্যাগি সৈরেংদ। মোদরনিস্ত অমগি মাইকৈদ নম্‌ন লেপ্‌লি। নুপী কবি অনীমক্‌ চপচান পোস্ত মোদরনিজম্‌দ খোঙ্‌ থাংজিল্‌লবদী নত্রি। মেমচৌবীগি মফোঙ্‌দোক্‌ কয়াদ রোমান্‌তিক্‌ লোংগিংস্‌কি মনম্‌ কোক্‌ত্রি।

নুপীগি হক্‌কিদমক্‌ বা কন্‌ন ঙাঙ্‌লিব ইবেম্‌হল্‌গি লোল্‌ মফোঙ্‌দোক্‌ অমদী নৈনহীরম্‌ য়েংলগ পোস্তমোদরনদ চপ্‌চান লেপ্‌লবী নুপী: কবি অমনী হায়নীংঙী। নুপীবু পাংগল্‌ সোন্‌বীনী হায়বসী ইবেম্‌হল্‌ন তানীংদন লংথোকখিবত নত্তন ইতিহাস্‌পু নীংসিংলগ মীতৈ নুপীগি থৌনাবু মমল্‌ পী। থোক্‌লিব লান্‌ মরক্‌সিদ মৈরা পায়দুন ফীজিগি মনি কন্‌নব হোৎনরিব ঈমাসিংবু উরগ হায়—*নঙন খাংচেৎ মচি লাং... লংলব মৈরা পায়দুন/নচাসিংবু তুংদ থম্‌/খোঙফম চেৎন*

*লেপ্লতদ/থৌখিবনি অকনৰ নোংলৈ কয়া* ... ('খ্বাংচেৎ সেৎকথপিয়ু ইমা', লৈরোন্ চন্খ্রব থাজব- ১১)। নুংসিব সাসিন্নব, তাৎ-পাৎ, লৌনম্ নম্থাক্ন থল্লব মচাসিংবু তুক্কচ্চদুন থিরক্ঈ কোয়ন চৎতুন মমান—*মরোল্ মরোল্ খাজিন্খ্রব। লায়না চেল্লবা কাসিদ/য়াওরিব্র হায়দুন/ঐবু সেংন খঙবীব/ইচা অমতং* ... কাইন-থংদ ফংলে চপ্চান অম। লৈরোন্ চন্খ্রব থাজববু হন্দোক্তুন লৌথোক্লগ সিন্নরগে তৌরক্প মীৎকুপ্ত উরে লৈরম্ব মাস্ মোংফম অমগি সীংথক্ত মখোঙ্-মখুৎ পুন্সিন্, মৈ চুগদবগি ঙাইদুন লৈরম্ব। নীংব কায়বনী, ফংলুরব আসাগি মঙাল্ অমুক মাঙ্খিবনী **'লৈরোল্ চন্খ্রবা থাজব'** দ ফোঙ্দোক্লিবসী। ইবেম্হল্গি লোল্, ক্রাফ্ত্, তেক্নিক্ ফজে।

রঘূ লৈসাংথেম্দী ঈগি কবিনী। মাগি **'লান্বু লৈ ওইনা শাম্নরিব'** মিংথোন্ব সৈরেং লাইরীক্ অসীগি অয়াম্ব সরূক্ত ঈগি ৱা ঙাঙ্ঙী। হাৎনরিব, কাপ্নরিব ময়াম্ অসীবু উরগ *লানবু লৈ ওইন শাম্নরি* হায়রক্পনী। *হৌজিক্/ঈখেংগি জগোয় শারি/নোংমৈ মরুন লৈ ওইন চাইরদুন* হায়ব মতেক্ অসিদ ৱারী অমদী লীরে।

সরত্চান্দ **'আফ্রিকা'** গি অৱাবদ হেন্ন খন্বর? মাগি সৈরেংদ কন্ন মমি তাব থেংনদে থেংনরিব নেম্থদ্রিব লাল্ অসীগি। মফোঙ্দোক্ত মোদরনিস্তসিংগি খোঙ্গূল লীরি। অদুবু **'নীংতম্ব অমসুং নীংতম্ব'** দ য়াওব **'ঐগী থোঙ্জিন্দ'** কৌব সৈরেং (লঃ ১১৩) অসীদী সাফূ কন্ব ফজব সৈরেং অমনী। *নঙগি নীং তম্বগা নচাশিংগি অসিব হক্চাংগা/হৌনসানি দোলাই অমত্তদ তোংমিন্নবা* — হায়রিব মফোঙ্দোক্ অসী ফজব অমনী। তেন্ন, সাংলব ৱারীনী, লীরিবসী।

২ সুব কাঙ্লূপ্কি মোদরনিস্তসিংগি মরক্তগি থাংজম্ ইবোপিশক হান্নগি ইবোপিশক্তু হুন্দোক্লম্দুন অনৌব ইবোপিশক্ অম ওইন চোংথোরক্প উরে। মসী ৯০ গি মতম্সিদ ওইরক্পনী। নোংমদোন্গি অসেংব নুংসীৎত মনীং তম্ন পাইজনিংব উচেক্ মচাসিংবু পৌরোল্ থারব পোন্ মনুংদ থম্লগ হায়রি— **'মৈগী চীং নঙ পোকখায়ব য়াদে'** (নীংতম্ব অমসুং নীংতম্ব - লঃ ৫৭)। পলেম্ পন্থৌগি মমীত্ত ঙরাংতগি নৱা ওইন উরিব ফীজিগি লন্সিংন লান্ফম্সিদ মীৎকি পিগ সিন্নরম্লগ চৎখিবদ কবিন নুংঙাইতব পোক্ঈ। অদুবু লন্চেনবগি 'দাইনামাইত্' ন, মেমচৌবীগি 'মৈগি চীং' ন সিয়োম্নুংদ পোক্থায়রক্পদূ নত্তে। ইবোপিশক্কিদী *মৈগী চীং নঙ পোকখায়ব য়াদে* হায়বনী। 'মণিপুর ঐহাক্

শিনিংদে নঙ্গীদমক্', 'ঐখোয়গী ইমা' দ লাল্ অসীগি বা য়াওরি। 'মৈ' অমসুং 'হু' কৌব সৈরেং অনীসিদ কাঙ্লূপকি ঈরাংদ মীসি মীনা থোক্পবু য়ানিংদব ফোঙ্দোক্পনী, সাফু কন্‌ব ফজব সৈরেংসিংনী।

য়ুম্লেম্বম্ ইবোমচাদী চাংয়েং পাম্জব কবিনী। সুরেলিজম্গি তুংদ পোস্ত মোদরনিজম্দ অমুক লাক্লে। 'ইমাগীদমক্' ত হায়রি মচা কয়াগি অসিব হকচাং লম্বীদগি নত্রগ মোগ্তদগি খূল্লগনী। মৈগি লম্বীনী হায়ব হায়রম্দে ঈমাদ মখোয়ন চৎলিবদ্। 'নিংথৌগী মচানুপী অমুসং উচেক্ মচাসিং' দ অরংব অয়ুক্ অমগি মঙ্লান্দ খূৎলাই পায়দুন লাল্হৌরিব নহাসিংবু অঙাংব উচেক্ মচাসিংগ চাংদম্নদুন, লান্ফম্দ থবায় থাখিববু অপোম্ব লৈন লৈমায়দ কেন্‌বগুম্ পামুন সৈথাই। মখোয়ন তাল্লিব পান্দম্ অদুবু ফংগনি হায়বগি থাজবদ সিব কিদন চঙ্সিল্লিবদ্ অসুম্ন ফোঙ্দোক্লি ঃ *'উইসিল্লি ঈ থোক্লব মমীৎ মচাসিং/ অরংব অয়ুক্কি মঙ্লান্দ...*। 'মনিপুর ১৯৮০-৮৩', দসু তৌফম্ খঙ্দ্রব অমোৎপ মরক্ত লম্বী মাঙ্খ্রব অঙাংসিংন চৎনব লম্বী থিরক্ঈ ঈগি ঈরোন্নুংদ। অদুগ তাউথখি মমাগি তম্পাক্তগি থৌনা অমসুং কৎথোক্পগি ঈপাক্ত।

'কিরব নুমিৎ' তসু হায়বি ঈগি বা। হয়েং থুংলগদব 'নুমীৎ' অদু লাক্প মতম্দদী ঈগি খুনাম্ তারম্ব উররোই হায়রি। মবম্দী লূপ্লগদৌরি ঈগি ঈচেন্দ। অমগ অমগ ওন্সিন্নদুন অঙম্ অঙম্ হাৎনরিব লান্ফম্ অসিদ চীংদসু তম্দসু ঈগি তুরেল্ চেল্লি, মবাল্ লৈজদবী নুপী কয়াসু অবাব তারি। অদুন হযেং থুংলগদব নুমীৎ অদুদী মবাল্ লৈবসু লৈতবসু অনীমক্কি মসাদগি চেন্থরক্প ঈদ লূপ্লগনি। 'মঙ্লান্ অমসুং মঙ্লাক্নব' নুপীবু সান্নপোৎ তাহন্বগি, নিলম্গি বারীনী। 'অনৌব য়েন্নীং অমসুং মৈ' দ নীংতম্বগি বা হায়রি। চাউব হেন্দ্রব গম্লাগি সনা খোংনাংনী। য়েন্নীং হুন্জে। থদৎখি। অদুবু সাৎকায়হন্নীংঙী মকা ফন্ন। *অদুন সান্নমিন্নরি অঙাংসিংন অসিবগ হরাও হরাও/ হাৎপ অমসুং হাৎখিব অমত্ত ওইন* — হায়রিব পরেং অনীসীগি ফজখ্রব মফোঙ্দোক্ অসীন পাউখুম্ পীরি নীংতম্বগি অরথ লম্দম্সিদ।

এলাংবম্ নীলকান্ত মতম্গি মিংচল্ চপ্চান খঙ্ব কবিনী। অদুন হংলক্ঈ বাহং লান্ফম্ অসিদ মহাক্ করি তৌব তাই। বারেপ্ লৌব ঙম্দে, হংঙি—'মৈনুংদ চোংসিন্গদ্র নত্রগ চোংসিল্লরোইদ্র' (তীর্থ যাত্রা - ১০১)। কবি সম্মেলন্দ পাখিব

কাঙ্‌লুপ্‌কি ঈরাং অমদী ইরাবোত্‌ত কৎথোক্‌প সৈরেসিংদস্‌ য়াওরি মীওইবগি মমল্‌, নীংতম্‌ব অমদী মঙাল্‌গি বা। শ্রীবীরেন্‌নস্‌ হায়— *মীগি মমল্‌দংদি হোঙ্‌দোরক্‌লি,* অতৈ পোৎ পুম্‌নমক্‌কি মমল্‌ন বাংখৎখ্রগ— **'প্রাইস্‌ লিস্ত'** কৌব সৈরেংদ। **'মঙ্‌গি খুন্‌ অম'** দন (মপাল্‌ নাইদবসিদ ঐ-১০৬) অচুম্‌ববু লাল্‌লী হায়ব, অরানব্‌ন চুম্‌মী হায়ব, অচুম্‌বগি মফম্‌ লৈতব মরৈবাক্‌ অসিদ অরান্‌বন অচুম্‌ব সাবগি চৎনবী অসী অসুম্‌ হৈনরক্‌লে হায়ন ফোঙ্‌দোক্‌লি। থিম্‌দ ইবোপিশক্‌কি **'ভূত্‌ অমসুং মায়খুম্‌'** গ মান্‌নৈ। মফোঙ্‌দোক্‌ খেন্‌নবতনী।

মতৌ অসুম্‌ন নহারোল্‌দন কন্‌ন অদৃগ অহান্‌ব অমসুং অনীসুব মীরোল্‌গি সৈরেংদন খর বাৎন হৌজিক্‌কি চরাঙ্‌নরব মনিপুরগি মমি তাব থেংনৈ।

---

ফোঙ্‌খিব : সাহিত্যগী পাউ, সেপ্‌তেম্‌বর ১৯৯৭, এদিতর— বি এস রাজকুমার

## মনিপুরি

## ৱারী মচাদ অনৌব খূৎফোঙ্দোক্

ভারত্কি ওইন য়েংলবস্ ৱারীমচাগি মপুন্সী পংসাং সাংদ্রি। মনিপুরি ৱারীমচাগি মপুন্সীসু লাইরীক্ ওইন ফোঙ্ব হৌরক্পদগি য়েংলবদী চহী ৫০ রোম্ত মঙায়রি। অদুবু তেল্লব মতম্সিদ মফোঙ্দোক্ অমদী ময়িদ য়াম্ন হোংখ্রে। হান্ন ৱারী পরিং লীবগি মওঙ্দ হৌরক্লবসু ৱীরমচান মহারাজকুমারি বিনোদিনী য়ৌরক্পদ, ফজব ৱাহেন সান্নব কূম্মৈ অম হৌরক্খি। ৱাহৈ খঁজিকৃতন ৱা য়াম্ন ঙাঙ্ব ময়ি অম অপাবন উব ফংখি। নুংদ য়াম্ন নুংঙাইহন্ব ঙম্ব ৱারীমচা থোরক্খি। নোংথোম্বম্ কুঞ্জমোহন্ য়ৌরক্পদ ৱারীমচাসী সমাজগি লায়রব, নৈহৎপীরব, চৈনা ফংলব মীওইসিংগি ৱারী লীব ওইন অমুক্ থোরক্খি। মাগি

লম্‌জিং মখাদ '**মৈরীক্**' কৌব চেফোঙ্ অম পুথোরক্‌খি শ্রীবীরেন্, লমাবম্ বীরমনি, য়ুমলেম্‌বম্ ইবোম্‌চা, কৈসাম প্রিয়োকুমারনচিংবময়াম্ পুন্‌ন। মদুন ঈনোৎ অম হাপ্‌লব তুংদ মখোয় লোইনমক্ মসা মসাগি মফম্ কন্‌জব ঙম্‌ব ৱারীমচা অয়িব ওইন চোংথোরক্‌খি। মখোয়ন চাংয়েং কয়া চৎথরক্‌ঈ। মফোঙ্‌দোক্, লোন্ অমদী ৱারী খুৎলীদ অওন্‌ব পুরক্‌নব হোৎনখি। বীরমনিগি— '**পিক্‌নিক্ পিক্‌নিক্**', '**হুইগি**, '**রচনা**', ইবোম্‌চাগি-'**ঈসিং**' সিম্‌বোলিক্ ওইব ৱারীমচা ওইন চঙ্‌লক্‌খি। ইবোম্‌চান Plot য়াওদব, Character য়াওদব ৱারীমচা ইবগি চাংয়েং কয়া তৌখি। খরদী মায় পাক্‌খি। মখোয়গ তুংথ-মাঙ্‌থ চৎমিন্‌নরিব কৈসাম্ প্রিয়োকুমারন খুংগঙ্‌গি অৱাব য়েক্‌পদ মপা লৈতন হৈ-সিংঙী। ব্রজগোপাল্ সরমস্ অঙক্‌প থৌদোক্ কয়া পুসিল্‌লক্‌তুন লীব হৈ।

হৌজীক্ মনিপুরি ৱারীমচাগি লীক্‌লম্‌দ অনৌব খোঙ্‌গুল্ তাহল্‌লক্‌লিব খরগি মরম্‌দ থম্‌জগে। নৌন চঙ্‌লক্‌লিব লম্‌বী অসী Psychological narrative নী। উপন্যাস্‌ত পাচান চাংয়েং তৌখ্রে, মায় পাক্‌খ্রে। মতুংদ মহাজকুমারি বিনোদিনী অমদী হিজম্ গুণ য়াওসিল্‌লক্‌খি। ৱারীমচাদ Stream of Conciousness কি তেক্‌নিক্ পুসিল্‌লক্‌পসী— য়ুম্‌লেম্‌বম্ ইবোম্‌চান ঈহান্ হাল্‌লে। মাগি '**সুনিতা অমসুং মেনকা**' হায়ব ৱারীমচাসিদ তেক্‌নিক্ অসী ফজন সীজিন্‌নে। ফমুংদ মাগি মনাক্‌ত মাগি নুপী সুনিতা তুম্‌লি ঈসি সিন, মাগি ৱাখল্‌নদী মসক্-মতৌ খ্বাইদগি চঙ্‌খোনবী, চুং-ফীরাল্ চাব সাবান, কুচু পান্‌ব, চৎপগি নোম্ নোম্‌দ ঈথক্ ইপোম হৌহন্‌ব মেনকাগিত খল্‌লি। মরক্‌ত সুনিতা অমুক্ নীংসিংলক্‌ঈ, মেনকাগি মনাক্‌তমুক্ চৎলুই। অসুম্‌ন ৱাখল্‌গি মঙ্‌গ তাইবঙ্‌গ য়ান্‌সিন্‌নদুন ফজরব reality অম নীংথিজন য়েক্‌ঈ।

ইবোম্‌চগি মথংদ সমবেন্দ্র খোম্‌দ্রাম্‌ন মাগি '**তামপ্রবদ**' (নিরমল্য লৈহাও, ১৯৮৪) কৌব ৱারী মচাসিদ তেক্‌নিক্ অসী মায় পাক্‌ন ফজন সীজিন্‌নরক্‌প থেংনখি। হৌজীক্ রিক্‌সো ড্রাইবর ওইরব অমন হৌখিব পুন্‌সীদ হন্‌ন য়েংদুন, মপান্‌গি তাইবঙ্‌বু কাউথোক্‌তুন অকন্‌ব ৱাখল্‌গি ঈপাক্‌ত তাউরিঙে, রিক্‌সো মথক্‌ত ঙাথদুন উখোঙ্ অমদ মঙ্ মঙ্‌লিঙৈদ মসা নোম্‌দুন হৌদোরক্‌প মৌনহাদুগি মীকৌগ, মহাক্‌ন নীংসিংলিব ফোঙ্‌দী ফোঙ্‌দোক্‌তন নুংসিজখিব বিলাগ বজার চৎমিন্‌নবগি রিক্‌সো ফাবদ বিলাগি রিক্‌সো কৌব মীকৌগ চপ্ চানহল্‌লী।

মঙুগ তাইবঙুগ দাইলোগ্ অমত্তন ফজন সম্জিল্লী। তাইবঙ্দ হন্ন য়েংথোরক্পদ মৌ ওইগ্রব বিলাদুমক্ মাবু হৌদোক্তুন লৈরম্মী। বজার চৎপগি তেন্খ্রব খোঙ্চৎতুদ হৌখিবদু, রিক্সো দ্রাইবর ওইরব মকোই মরাং চোম্দুন মসক্ লাক্সিন্ব ৱারবদুন মরী মরী নীংসিংলি। মচীন্দ হান্নগি ৱারীদু তাইবঙ্ ফাওন সোল্লুই। মাগি নুপাগ তোংমিন্নরিবী বিলান হংলক্পদ গ্যান লাক্ঈ। অমুক্সু লেপ্তন বেরে বেরে ঙাঙ্দুন চৎলিব বিলাগি দাইলোগ্ক ৱাখল্গি মিংসেল্দ লাক্প মতম্ অমগি মখোয়ন বজার চৎমিন্নবদ ঙাঙ্নখিব দাইলোগ্ক চপ্ চানহল্লী। মতম্দুদ রিক্সো থৌনী হায়ন ফাগি তৌখিবদু ঙসিদী তসেংন ওইবব, মান রিক্সো থৌর'দী বিলান নুংতিগি তোংগনি হায়খিবদু ঙসিদী থাজদন তোংলব। মঙুগ তাইবঙুগ, হৌখিবগ হৌজিক্ক তাইসিন্নবসিদ ওন্থোক্নহৈন খুৎ থাই। মসা নান্ন নীং-থিজন ইব ৱারীমচানী। মতম্ অনীগি খেন্নব পুন্সীসু মকা ফোংদন ফজন ফোঙ্দোক্ঈ।

পরিং অসিদ ব্রজগোপাল্ন ফজরব চাংয়েং অম তৌরক্ঈ— 'মিনুংসি' হায়রিব 'য়াইরিপোক থম্বাল্নু' ভোঃ ২ মসীং ২, ১৯৯৩ চেফোঙ্দ য়াওব ৱারীমচাদ সিবগনি হায়ন চপ্যুংন লেপ্লবী নুপী অমন মচা ২ গ লোয়নন হু চারগ ৱান্থখিবনী। মহাক্ন গ্যান্ তারক্পদ ফাওরক্প ৱাখল্ অদু অয়িবন য়াম্ন মরীক্ চুম্ন ফজন য়েক্ঈ। ৱারীমচা অসীগি অহৌবদ নুপী অদুন খল্লী— মহাক্ সিরে, কু মনুংদ লৈরে অকোয়বদ ৱারী সারিবদু মাবু পোৎলোইব লাক্পসিংন ৱা ঙাঙ্নবনী হায়ন লৌৱি। কু অদু কয়াম্ চাউবনো মাদুন য়েংঙী। তাইবঙ্দন হোস্পিতল্গি ফমুং মথক্ত মখুৎতু মারক্ঈ। গ্যান্ তারক্পদ হোস্পিতল্ ওইরম্ব, মনাক্ত মাবু য়াদব মফম্দ ওঙ্খি হায়দুন ঈন্থোক্পীখিব, হন্ন যেংবিখিদ্রব মপা মমা অমদী মাগিদমক্ য়েংদুন মমা-মপা ফাওব সীংনরম্লগ মনাক্ত লাক্খিব, অথাপ্পদ পোস্তিং তাখিবদগি অতোম্বী অম লৌদুন লৈখ্রব মাগি মপুরোইব উরক্পদ নীংব কায়রক্ঈ। মচা অনীদু লৈ কৈসু তৌদে হায়দুন মখোয়ন তাৎ তৌরক্পদু উবদ নোক্নীংঙী। মচানুপা অদুদী অঙাংনীন ঙন্তান লোইখ্রবনী। মচানুপীদুন থোঙ্ হাংদোক্তুন চেন্খিগে তৌরক্পদ ফাদুন চিংথরগ মাসু লৈমায়দ তাখিবদগি লেঙ্খিদ্রবনী। হিংলিঙৈদ হন্ন য়েংঙখিদ্রবসিং অদুন সিজরগে তৌরব মাবু লাইকন্নবীরম্বদু য়ানিংদে। মখোয়ন তুম্নগ্রগ অহিংদ অমুক্ থোরক্তুন খ্বাইদগি ৱাংব মথোল্দগি

চোংথদুন সিগে তৌরিঙেদ খঙ্নরক্তুন ফারগ তুম্নব হীদাক্ কাপ্খি। হীদাক্তুগি ময়াই লোইরক্তুন গ্যান্ তারক্পদ অমুক্ মাগি ৱাখল্দ খল্লী হন্দক্তি মহাক্ সোয়দন সিরে। মোগ্ মনুংদ অমম্বদ থম্বিরে। অদুন উচিন মবুক্ত চীক্প হৌরে। গ্যান তারক্প মতাং অনীদ য়েক্লিব Sub-Concious mind গি psychological picture অসী য়াম্ন ফজে। Reality গ ৱাখল্গ য়ান্সিন্নরগ সাগৎলিব, ফোঙ্দোক্লিব মফোঙ্দোক্ অসী ওন্থোক্ন ফজে। অপাবতন মসীগি মহাউ খঙ্ব ঙম্গনী।

অতোপ্প ৱারীমচা অমন কৈসাম প্রিয়োকুমারগি **'হনুবী অমগি ঈসৈ'** হায়ব (পোক্লফম অখন্নব মসীং ১৯৯৬) ৱারীমচাদুনী। খুংগঙ্গি চম্ন হিংব পুন্সী, মখোয়গি অৱাবগ সহরগি কমপ্লেক্স্ ওইব মহিং অমদী ৱারিবগি মৱা অনীগি খেন্নবদু মমায় মমায় ওন্সিন্নহন্দুন (Juxta Position) থম্লগ চাং দম্নবনী। হনুবী অমগি থমোয়দ ফাওরিবদু অয়িবগি মহুৎ সিল্লগ নীংথিজন ফোঙ্দোক্প য়াম্ন ফজব ৱারীমচা অমনী। হনুবীদুন ঈম্ফাল্দ মচানুপাগি মনাক্ত লাক্পদ এলাং খাংপোক্পীগি কৈথেল্দগি মসুসিংগি হৈঙাল্ খর লৈবীরক্ঈ। মসুসিংদুন পাম্ন চারিঙেদ সহরগি মমৌদুন অদুগুম্ব চীন্জাক্ চাবর হায়দুন মুল্লগ লংসেক্খিবদ চৈনা ফাওরব হনুবীদুন খুংগঙ্গি মসুসিং দু উরক্ঈ, মখোয়দী মদু ফাওব চাব ফংজদবনী। স্কুল্গি য়ুনিফোম্ সেৎচিন্দুন তাই পুল্ল, খোঙ্উপ্ উপ্লগ নোং মরক্তুদ লাইরীক্ খাউ অমমম্ য়াল্লগ সাতিন্ অহন্ব অমমম্ তুপ্তুন থোক্খিবদ য়েংদুন লৈরিব মবোক্ন খুংগঙ্গি লৈখোম্ থোক্প লম্বীদ মসুসিংন খুজেং য়ৌন পুৎথদুন চৎপ, ফুরীৎ খোঙ্গ্রাওদুসু বত্তন্ খর তৎ, খর সেগায় তৌবদু উরক্ঈ। মখোয়গিদী নোং মরক্ত সাতিন্ লৈরম্মোই। মনীংদ হৌরিব হোঙু মনা অপাক্পদো থৎলগ তুপ্চরম্গনী খল্লক্ঈ। মচাগ মমৌগ তেলিফোন্ পুসিন্বগি, ফ্রিজ্ লৈবগিদমক্ সেল্ ৱাবগি ৱারী সানবদু ড্রোইং রুম্দ সোফাদ ফম্ন ফম্ন তায়। আদন লৌবুক্ত লৌ ফাৎপগি, লৌহোন্গি, ঈসিংগি, লৌ-লিংনব খুলঙ্গি, ৱানরম্গদবদু খল্লুবদ ফম্ব য়ারক্তে চৎনীংবন লোইরক্ঈ। অদু বু কান্নদবদ লৌ উবুরনু সেল্ত তিংঙগ তোক্ঈ হায়দুন মচানুপান মমৌদ হায়বদু তাবদ তুমীন্ন হৌগৎতুন চৎখিবদুন Complex situation দুদ ওম্খৎলক্ইব Psychological tension অদু খংৱাং ৱাংহল্লী। ফজব মফোঙ্দোক্ অমনী,

অপাব খুদীংন হায়গনী। নুংঙাইব, ফজব ৱারীমচানী।

নহারোল্‌গি মরক্‌ত মচীন্ তুম্‌খৎলক্‌লিব সুধীর নাউরোইবম্‌গি ৱারী মচা **'জোসেফ্‌কি মচা'** (মতম্‌গি মনিপুরি ৱারীমচা, ১৯৯৭) য়াম্‌নমক্ ফজব, ফোঙ্ ফোঙ্ সারিব ইসু অমগ মীচম্ অমদ ফাওবিব মীওইবগি মমল্‌গ থেংগাইনবকপগি চৈনাখোল্‌দু ৱাহৈ খঙ্জীক্‌তন ইংগিত্‌ন ফোঙ্‌দোক্‌প ফজব ৱারীমচানী। মমাঙ্‌দ পন্‌জখিব তেক্‌নিক্‌ত চাংয়েং তৌদে। অদুবু ওম্‌খৎলক্‌লিব Psychological pressure অদুবুদী হৈন ফজন ফোঙ্‌দোক্‌পগ লোয়নন অচৌব ৱাকৎ অম কাঙ্‌লুপ্‌কি ঈরাংদ মরাল্ লৈত্রব মচানুপাদু Victim ওইবম্‌লনী চিংনবিব মপা— জোসেফ্‌কি মচীন্‌দগি হন্‌জিন হন্‌জিন্ তৌহল্‌লী। জোসেফকি ৱাকৎতি মচানুপান মযুম্‌দ হন্‌জিললক্‌ত্রগ পুলিস্‌ন মোগ্‌ত লাক্‌উ হায়বিব কবিগিনো গায়বসীনী। মাগি নুপী মেরিনদী মোগ্‌ত চৎতুন যেংলুনব থাবক্‌পনী। অদুবু মথমোয কাযশব জোসেফ্‌ন মোগ্‌ত চৎপ কিদুন সিমিত্রিদ চৎলী। কুইন উনখিদ্রব চৌকিদাব নেপালিদুন মচাগি মবম্‌দ হংলক্‌পদ নুংদ চাক্‌লিবদু ফুম্‌লগ মাচীন্‌দ ৱাদব সাদুন হায—*ঐগি ইচান য়ুম্‌দ হন্‌জিল্লকত্রগ মোগ্‌ত করিগি থিবুনি।* খল্লী— *ওন্‌থোক্ ওন্‌থোক্‌প ঃ ...ঐগি ইচান লীৎপ ফুরিৎ অতৈন লীৎপ য়াদবর, ঐগি ইচান তোংব খোঙ্‌উপ মী অদৈদি তোংব য়াদবর ?* মযুম্‌দ খৎনখিদে। ঈচম্ চম্‌ন থোক্‌খিবদগি হল্‌লক্‌তবনী। নাগা কুকিগি ঈরাংসিদ নেপালিদু গুসিদী জোসেফ্ কনানো খঙ্‌নীং দুন হংঙী নাগাব কুকির। জোসেফ্‌ন ৱাহংদুদ ৱারৌন খুম্‌মী লম্‌দমসিদ চীংমী হাযবমগ তম্‌মী হাযবমগ লৈ। চীংমীনী। নাগানী নত্রগ কুকিনী হায়নীংদে. ফীভম্‌ন। অমখক্‌ত ঙায়বব মচা অদু কাঙ্‌লুপ্‌কি ঈরাংদ সিবম্‌লগনী হাযব খঙ্‌ন খঙ্‌ন, জোসেফ্‌ন মোগ্‌ত লৈবিব অসিব হকচাংদু মচাগি ওইহন্‌নীংদে। মপা অমগি থমোয়দ মরাল্ লৈজদব মচা অমন কবিগি সিবগি দন্‌দি ফংগদৌবিবনো হাযবগি ৱাকৎ নীংথিজন ফোঙ্‌দোক্‌প, মচা কয়াগি পুনসীবু মফম্ খঙ্‌হন্‌খিদ্রব মথমোয কায়বব মপা কয়াগি মহুৎ সিন্‌ন জোসেফ্‌ন তৌব ৱাকৎনী। ৱাখল্ খন্‌থহন্‌ব, লুবব ফীভম্ অসীবু ওইহল্‌লিবসিংদ মরাল্ লৈবে হাযবগি খুদোম্‌বী থিল্‌লিব ফজব মফোঙ্‌দোক্‌কি ৱাকৎনী।

Suppress তৌরব psycological expression সিংদু যামন্ অরথ লৈহল্‌লী। সাফু কল্‌হল্‌লী। ইন্‌নর পেইন্ মযামদু য়াম্‌ন হৈ-সিংন, ৱা খঙ্জীক্‌তন

কনাদস্ চৈদন, সাউদন, মরাল্ সীদন ওন্থোক্ন ফজন ফোঙ্দোক্প ওম্ব অনৌব মফোঙ্দোক্ অমনী। হায়রিবসিংসী তাঙ্ন থোক্প, ফজব অমদী অনৌব মফোঙ্দোক্নী হাযনীংঙী মনিপুরি বারীমচাগি তাইবঙ্দ।

---

ফোঙ্খিব ঃ অনৌবা ঈচেল, জানুবারি - মাবচ, ১৯৯৯, এদিতব— মুতুম্ বাবুসনা

# মনিপুরি

# মতম্ ঈসৈগি হৌজীক্ ওইরিব ফীভম্

ঝাহৌ ঃ হৌজীক্ ওইবিব মনিপুবি মতম্ ঈসৈগি ফীভম্ নৈনবদ ঙবাং কম্দৌবম্ব হাযবদ্ হন্ন যেংখৎপন মঙাল্ খব সোযদন পীগনী। আকাস্বানি ইম্ফাল্ (১৯৬৩) লাক্লব তুংদ মতম্ ঈসৈগি খোঙ্জেল্ যাঙ্সিল্লক্খি। আধুনিক্ ঈসৈ হাযব মিংথোল্ মখাদনী। ১৯৪০ গি মতম্দ স্তেজ প্লেগি অনৌব মযোল্ ওইন চোংখৎলক্পদুন ১৯৫০ গি মতম্দ মপূং-মবৈ ফাব হৌবক্ঈ। খৃস্ত চহী ১৯৫৭ ত আকাস্বানি গৌহাতিদ মনিপুবি থৌবম্ হৌখিব অদুনস্ ঈন্সিন্খিবনী। ১৯সুব চহীচা লোইবম্দাইদ জমিদাবসিংগি সঙ্গাইদ জগোযগ কোন্নন সক্প নত্রগ ঈসৈ ঙাক্তগি ভাবোক্ খৃজোক্ অম পেল্হন্নব নুংঙাইহন্নব থৌবম্

ওইরম্বদগি ২০ সুব চহীচা হৌগৎলকপগ অপীক্প কা থাদোক্তুন মীয়াম্ মরক্ত বাংলা আধুনিক্ সকপ হৌরক্খি। হৌগৎলকপ মতম্দ লৈবাক্নীংব অমদী লাইসোল্ ঈসৈন মপুং ওইখি। মদু মতম্দুগি সমাজগি ফীভম্ঃ ধরমদ লুপ্লিঙে অমদী নীংতম্ ঈহৌগি ইথিল্ননী হায়নীংঙী। রবীন্দ্রনাথ থাকুরগি ঈসৈসু আধুনিক্-কি মিংথোল্ মখাদ সক্প হৌরক্খি। নজরুল্ ইস্লাম্গি ঈসৈসুনী। মথংদ নোতেসন্ সেম্ব হৌরক্পগ লোয়নন রবীবাবুর গান্ হায়ন খঙনরক্ঈ। অদুদগি সুর অমদী ময়েক্কি তংতাব মফম্ অম ফংলব তুংদ রবীন্দ্রসংগিত্ হায়ন হৌজিক্ লৈরিব মওঙ অসিদ মীয়াম হুপ্ন সক্নব হৌরক্খি। নজরুলগিতিসু অদুমঙাঈ। বাংলাদ আধুনিক্ হায়রিব মমিং অসী ১৯৩৫ অদুৱাইদগি সীজিন্নব হৌরে। বাংলাগি ৱাহৈ অসী সীজিন্নদুন আসামিজ অমদী মনিপুবিদসু চঙ্লক্খি। ১৯৯০ গি অঙন্ব মতম্দ আকাস্বানি ইমফাল্দ মতমদুগি স্তেসন্ দিরেক্তর নোংমাইথেম্ পাহারিগি মতম্দ ঐখোয়গি লোল্ য়ারিমখৈ সীজিন্নব হৌসী হায়দুন অতোপ্প লোন্গি ৱাহৈ কয়া ওন্থোক্খি। ইসামক্ কন্ন প্রোপোজ তৌজখিব অমনী। ৱাখল্ মান্নব মীওই-সিংন কুপ্ন খন্নরগ 'অধিবেসন্বু থৌরমপরেং, আধুনিক ঈসৈবু মতম ঈসৈ, য়ুব বানিবু নহারোল্ খোন্জেল্ হায়ন ওন্থোক্খি। অদুদগিদী মতম্ ঈসৈ হায়ন মীয়াম্ হুপ্ন সীজিন্নব হৌখ্রে। মতম্ ঈসৈ হৌদোরক্প মতম্ অদু বাংলাগি মমি কন্ন তারি। বাংলাদসু কিরতন্, ফোক্ অমদী রাগ্ অহুম্দগি লৌরগ সুর পান্ব হৌরক্খি। অহান্ব সুরকার হায়ব য়ারব লাইশ্রম্ গৌরহরিন সুর পাল্লগ সক্খিব ঙাঙ্বম্ নিমাইগি ঈসৈসিং কিরতন্দ মপুং ওইন য়ুম্ফম্ ওইব সুরনী। বাংলাদ লাইরীক্ তম্নরম্ব, ঈসৈ সক্নরম্বন বাংলাগি ইথিল্ চঙ্ব মসান তাবনী। লাইশ্রম্ বিরেন্দ্রকুমার অমদী কৈসাম্ জামিনিকান্ত থোরক্লব তুংদ অহোংব খর লাক্খি। মতম্ ঈসৈন মসাগি ফিরেপ্ অম তোঙান্ন লেপ্চবগ লোয়নন মপুং ফারক্খিবদী নোংমাইথেম্ পাহারি, অরিবম্ স্যাম্ সরম অমদী তোম্বিস্না সরম থোরক্পদনী। স্যাম্ন সান্তিনিকেতন্দগি রবীন্দ্রসংগিত্, ভাতিয়াল, নজরুল্গিতিনচিংবগি মনম্ চেন্ব লীক্লম্দনী। পাহারিন ভাত্খান্দেগি হিন্দুস্থানি সংগিত্কি পরিংদনী। মখোয়গি নুংসিব খোন্জেল্, ফজব সুরদ ফজব ময়েক্ক লোয়নন সক্লক্প ঈসৈন ভাবোক্পু সুম্হৎখি। ঈন্খৎলক্প মতম্গি খোয়থুম্লব খোন্জেল্গি যাদুন অতাবসিংগি পুক্নীংদ মথুম্-মরাঙ্ হৌন নুংঙাইহন্খি। সৈরেংবগি লম্দসু

বি. জয়ন্তকুমার অমদী খুরাইজম্ ফুলেন্দ্রন মপাল্ ফগৎলক্পা মতম্নী। ফজব ময়েক্, সুর অমদী খোন্জেল্গি অপুন্ব মিলন্ ভাইব্রেসন্ পুম্নমক্কি চানব হারমোনি অম ফংব ঙম্খিবদুনী। অদুদগিদী সৈসক্প সৈসক্পী কয়া সৈরেংব কয়া চোং-থোরক্তুনা অকন্ব ঈচেল্ ওইন মীয়াম্বু নুংঙাইহন্‌ন চেন্থরক্লে। হৌজিক্‌ন অমুক্ য়ান্সিন্মন্খিবদগি মহাও য়াওরক্তব, ইতাউ তাউব অৱায়ব সুরন ভাবোক্কি থমোয়দ য়ৈরুব ঙম্দব, মসাগি মসক্তম্ মাঙ্সিল্লক্পগুম্ অরুব ফীভম্ অমদ লৈররে।

**ময়েক্, সুর অমদী খোন্জেল্ ঃ**

মতম্ ঈসৈদ মরু ওইব কয়াৎ অহুম্ ঃ **ফজব ময়েক্, ফজব সুর অমদী ফজব খোন্জেল্** অসী অমগ অমগ থাদোক্‌নব য়াদব কয়াৎ ঙাক্তনী ফজব, মতম্ কুইন ভাবোক্কি চীন্বাল্দ, ৱাখল্দ, থমোয়দ ঙংদুন লৈহন্ব ঈসৈ অম ওইহন্বদ। অহান্বদ ফজব ময়েক অম তঙায়ফদন চঙ্ঙী। অদুদগি মদুগ চানব ফজব সুর অম থিব তাই, ময়েক্‌ন দিমান্দ তৌরিব নুংগি মপাউ, ইমোসন্, সেন্তিমেন্ত, মুদ্ মযাম্দু চপ্চান ফোঙ্দোক্প ঙম্ব। মথংদ অফব সৈসক্প সৈসক্পী অমগি নুংসিব খোন্জেল্‌ন নীংথিজন, কাচিন্ কোয়া য়ৌবত নত্তন মসাগি হৈসিংবসু হাপ্চিন্দুন অঙক্প খৌনাউগি তম্বদ লায়ন থোক্তব তেক্নিক্ অমগ লোয়নন সক্লক্প মতম্দ ঈসৈদু সোয়দন ফজব অম ওইন চোংথোক্তুনা লৈগনী। ভারত্কি ঈসৈগি তাইবঙ্দ মরু ওইব ঈচেল্ অম ওইরিব বাংলা আধুনিক্ক মনিপুরি মতম্ ঈসৈগ মওঙ্ কয়াদ মান্নব লৈ। মবম্ অদুন নৈনবদ নুংঙাইনব বাংলাগ মতাঙ্ মতাঙ্দ চাংদম্নব সরুক্ খর হাপ্চরি। সাইগাল্, সচিন্দেব্ বরমন্, সলিল্ চৌধুরি-নচিংব মীওইসিংন সুর পান্দুন ফজব ঈসৈ কয়া পুথোক্খি। সচিন্‌ন ফোক্ত বেইজ্ তৌই, মসামক্সু ফজন সক্ঈ। সলিল্‌ন নোংপোক্-নোংচুপ্ অনীমক্কি মহাউ য়াওহল্লী। মখোয়ন হান্‌ন বাংলা আধুনিক্ত পুথোক্খ্রব ফজব ঈসৈ কয়া কোন্‌ন হিন্দী ফিল্মদ অমুক্ পুসিল্লক্তুনা লৈবাক্ সীন্ব থুংন মখোয়গি ফজব ঈসৈগি মহাউ ফংহল্লিব অসী থাগৎনিঙাইনী। সলিল্দী সুর পান্বত নত্তে সৈরেংবসুনী। সচিন্‌ন সুর পান্বত নত্তে সৈসক্পসুনী। মনিপুরি মতম্ ঈসৈগি সক্নাইব সৈসক্প সৈসক্পী অয়াম্বন মসান সুর পাল্লগ সক্পনী। বাংলা আধুনিক্তন সুর পান্বগি

মীসক্ তোঙান্‌ন লৈ। মান্‌না দে অমদী হেমন্ত মুখারজি মসান সুর পান্‌ব ঈসৈ সক্‌লবস্ মখোয়গি ঈসৈ কয়া অত্তোপ্‌পন সুর পাল্‌লী। আরতি মুখারজি, ইন্দ্রানি সেন্, অরুন্‌ধোতি হোম্ চৌধুরিদী মীন সুর পাল্‌লগ সক্‌প ঙাক্‌তনী। কিসোরকুমারগি আধুনিক্ ঈসৈদী অয়াম্‌বন মসান সুর পাল্‌লী। মনিপুরি মতম্ ঈসৈগি নোংমাইথেম পাহারি, স্যাম্ সরম, অহৈবম্ স্যাম্, সনাতোন্, জয়কুমার, তিজেন্ মসান সুর পাল্‌লগ সক্‌প ঙাক্‌তনী। গ্যানপ্রকাস্ ঘোস্‌ন ময়েক ইব্‌গ লোয়নন ক্লাসিকেল্‌দ য়ুম্‌ফম্ ওইব সুর পাল্‌লী। অসেম বিম্‌লা অমদী লাইশ্রম মেম্ম মচীন্ মনাউস্ রাগ্‌ত য়ুম্‌ফম্ ওইব সুর কয়া পান্‌দুন চাংয়েং তৌই। অদুবু রাগ্‌ত কন্‌ন য়ুম্‌ফম্ ওইব ঈসৈসিংসী বাংলাদস্ মনিপুরিদস্ মীয়াম্‌ন পাম্‌নবদী ওইদে। অদুন রাগ্ খজীক্‌তং চঙ্‌লগ স্তাইলাইজদ্ তৌদুন পুথোক্‌পন হেন্‌ন পাম্‌নৈ।

ঙল্‌লিঙে মতম্‌গি বাংলা আধুনিক্ অয়াম্‌ব কিরতন্, রবিন্দ্র সংগিত্, নজরুল্‌গিতি অমদী ভাতিয়াল্‌গি সুরন হাজিন্‌ন য়াওরি। অদুন মোদরন্ ঈরোই ওইদে। খব থেংথবক্‌প মতম্‌দ (’৭০ গি মতম) মসিদগি নান্‌থোরক্‌তুন মসাগি ফিরেপ্ অম লাক্‌প থেংনৈ। মনিপুরিদদী ঙাঙ্‌বম্ নিমাইদগি লাইশ্রম বিরেন্দ্রকুমার ফাওব চংথরম্‌লগ লোইখ্রে। অদুদগিদী মতম্‌গ চুনব চপ্‌চাব মতম ঈসৈ লাক্‌খ্রে।

ঈসৈ ময়েক্ অসী সক্‌ত্রিমখৈদী সৈরেংনী। অদুন ফজব ময়েক্ ইবসিংগি মফম্ বাংলা, আসামিজ্, তামিল্‌নচিংব চাওখৎলব লোল্‌সিংগি সাহিত্যদ ঈসৈ ইবসিংবু ঋাংন থাংগত্তুন থম্‌মী। মরম্‌দী মখোয়গি ঈসৈন মীয়াম্‌বু য়াকাঈহন্‌বদ সৈরেং ইরিব কবিসিংদগি হেন্‌ন সক্‌তি লৈব হেল্‌লী। ঈসৈন মীয়াম্‌দ পীরিব সাফু অদু সৈরেংন য়ৌব ঙম্‌দে। মরমদী মী পূম্‌নমক্‌ন সৈরেং পাদে। ঈসৈদী তায়। ঈসৈন নুংদ ফাওহল্‌লিব নুংঙাইব অদু ফংহন্‌ব ঙম্‌নব ফ্রান্সকি কবি বৌদ্‌লেয়র, মল্‌লারমে, ভেলরিনচিংবন কন্‌ন হোৎনখি। মায়স্ পাক্‌খি। মখোয়গি ইথিল্, পৃথি ফাওরিব তি. এস. এলিয়ত্, এজরা পাউন্দ অমদী দব্লিউ. বি. য়িত্‌স্‌ত চঙ্‌খি। মনিপুরি সাহিত্যগি মরাইবক্ থীবন নৈনরিব পন্‌দিত্‌সিংন কাউবনর, খঙ্‌দবনর মতম ঈসৈগি ময়েক্‌পু সাহিত্যগি মচল্ অম ওইন লাচন্‌বদ য়াওদ্রি। অদুবু মতম্ ঈসৈগি খোঙ্‌চৎত মদুন সোন্‌থহন্‌বদী নত্তে। আসামিজ সাহিত্যদ ঈসৈগি লাইরীক্ ফোঙ্‌দুন সৈরেংব অম ওইন মফম কল্‌লিব ভূপেন্ হাজারিকা অঋাং-নোংপোক্‌কি চাউথোক্‌চনিঙাই ওইরব সৈসক্‌প অমসুনী। মাগি ঈসৈ অয়াম্‌ব তোল্‌ল তারব-

সিংবু য়াকাঈহন্‌ব ঈহৌগি ঈসৈনী। ইন্‌দিয়ান্ পিপলস্ থিয়েতর এসোসিয়েসন্ (ইপ্‌তা) গ সম্‌নহৌব ওইবন নীংতম্ আন্‌দোলন্‌গি ইথিল্ কন্‌ন চঙ্‌খি। মাগি ঈসৈন আসামগি মীয়াম্‌বু য়াকাঈহল্‌লব তুংদ বাংলাদ সিব্‌দাস্ বন্‌দোপাধ্যায়ন হন্‌দোক্‌লগ গ্রামোফোন্ রেকোরদ্ ফোঙ্‌ব মতম্‌দ বেংগোল্‌গি মীয়াম্ ঙাওনখি। মবু ওইন্ কল্‌কত্তাগি মীয়াম্‌ন মাবু অৱাংব থাক্‌কি কলাকার অম ওইন লৌখি। মাগি ময়েক্‌সী মোদরন্ পোইত্রিনী। অতোপ্‌পন হেক্ সক্‌নীংব মতাগি ঈসৈ নত্তে। সক্‌কদৌরিব অমদী তাগদৌরিবসিংদগি ইন্‌তেল্‌লেক্‌চুয়েল্ দেপ্‌থ্ অমগি দিমান্দ তৌৱি। 'আমি এক জাজাবর' হায়বদুগি ময়েক্‌সী অমুকতং য়েংসী ঃ *'ঐদি কোয়্‌ন চৎপনী/পৃথিবীন ঐবু মাগি ওইহল্‌লে/কাউথ্রে ঐগি য়ুম্।/ঐন গংগাদগি মিসিসিপি ফাওদুন/ভোল্‌গাগি রূপ্ য়েংলুরে। ওতোৱাদগি ওস্ত্রিয়া ফাওদুন/ পেরিস্‌কি উফুল্‌দ চৎলুরে/ইল্‌লোরাদগি রং লৌরগ/চিকাগো সহরদ পীবুরে/মাক্ ত্বাইন্‌গি মোংফম্‌দ ফম্‌দুন/ গোরকিগি ৱা হায়বুরে/ লম্‌বীগি লীচিংদ লম্‌বীন ওইরে য়ুম্ ।/ঐগুম্‌ন লম্‌বী চৎপ ময়ুম্-মকৈ লৈজদব/লাখ্ কয়ানী লৈরিব/অতিয়া খেৎন ৱাংব দলান্‌সিংগি মরুম্‌দ/ ময়ুম্ লৈজদব নুপা নুপী কয়া উরক্‌লে। ... নুংসিব য়াওদ্রব নুংসিনবন/নুংঙাইরব য়ুম্ কয়া কায়হন্‌খ্রে।...*

মাগি ঈসৈসিংদ, আমেরিকাগি নিগ্রো সৈসক্‌প পোল্ রোব্‌সন্ (১৮৯৮-১৯৭৬), মীয়াম্‌গি সৈসক্‌প অসীগি সুরগি মমি তাই। হাজারিকাগি — গংগা নঙ্ করিগি তুমীন্‌ন চেন্‌থরি হায়ব ঈসৈসীগি সুরগ বোব্‌সন্‌গি ওল্ মেন্ রিভর হায়বসীগ য়াম্‌ন মান্‌নৈ। ঈসৈসিদ হায়রিবন তোরবান্ অনীগি মীয়াম্‌ন হাহাকাব লাউরি অদুগ গংগা নঙ্‌দী করিমত তাদবগুম্‌ন তুমীন্‌ন ৱা অমত্ত ঙাঙ্‌দন চেন্‌থরিব করিগিনো হায়ন ৱাকৎপনী। ভূপেন্ হাজারিকাগি তোপ্ তোপ্‌প অমন বিহু অমদী ভাতিয়াল্‌গি সৈহেক্ হাপ্‌চিন্‌দুন সাফূ কন্‌ব, মীয়াম্‌নসু পামন্‌ব ঈসৈ পুথোক্‌প ঙম্‌ব অসীনী। মনিপুরিদ হিজম্ ইরাবোত্‌সু অসীগুম্‌ব ঈহৌ ঈসৈ কয়া ইরম্‌মী। সরত্ অরাম্‌বম্‌গি— *নুংসিদর য়েংঙু উচান্‌গি মৈরা/কপনীংদর নঙ্‌বু উরগ তোয়্‌ন* (সুর-পাহারি, সৈসকপী-য়াংনৌ গোলমৈ); বি. জয়ন্তকুমারগি — *খোম্‌লাং লমন্ সিঙমলোই নঙ্‌গি/মীনুংসি চাউবী হে ঈমা* ... মাল্‌কোস্ রাগ্‌ত রূপক্ তাল্‌দ সাগৎখিব সুরগি স্ত্রক্‌চর অসীগ ময়েক্‌ন দিমান্দ তৌরিব ইমোসন্, ফিলিংস্ অমদী সেন্‌তিমেন্তকি এলিমেন্তসিংগ অসুক্‌কি মতীক্ চানখিবন ঈসৈ অসী ঙসি ফাওবদ

মপা লৈতন ফজরি অমদী ফসু ফজখিগনি। অমর ওইরব ঈসৈনী। ঈসৈসীগ পহারিগ সিনোনিমস্ ওইরে। অসেম বিম্‌লাগি সীংথানিঙাই ওইরব ঈসৈ — *মৈতৈ লৈমগি মপারী/ ঙসিদী য়াহৌরো ...* হায়রিব সিনাম কৃষ্ণমোহন্‌ন ইব ঈসৈসীসু মসাগি মফম্ কন্‌জদুন লৈরব ফজব ঈসৈনী। হান্‌ন সকৃতি পায়রম্‌লগ হৌজীক্‌ন মসাগি মরম্‌দম্‌দ রাজনিতিগি ৱারেপ্ অমত্ত লৌব ঙম্‌জদ্রব, মীগি য়াকাদ মীতোপ্‌কুম্‌ন হিংলিব জাতি অমগি পিদোল্‌লব পুন্‌সীবু পেন্‌দন য়েক্‌ঈ নন্‌দলাল্ রোইন— *মৈতৈ নোংসা মমিংত ঙায়রে/পাংগল্ য়াওদ্রে মিপাল্ তাংলে/চরী তৎলে খোংব ঙম্‌দরে।/উতাংবী মনা চার চারগ/তুম্‌দুন লৈরে উইরুম্ উইরুম্ ...* । মসীবু থৱায় হাপ্‌তুন মীয়াম্ পুম্‌নমক্‌কি নাকোংদ য়ৈহল্‌লক্‌ঈ সামুরাইলাত্‌পম্ সনাতোন্ সরমন মাগি নীংথিরব সুর অমদী খোন্‌জেল্‌ন। মনিপুরগি মাঙ্‌সিল্‌লক্‌লিব মহৌসাগি ফীভম্‌গ কায়থরক্‌লিব নাৎকি সকৃতম্‌গ চাংদম্‌নদুন পেন্‌দন সৈথাই সরত্ অরাম্‌বম্‌ন—*হৈবোক্ চীংসাং মমিং কাউরে/কৌব্রু চীংসু কাব তন্‌নরে/কান্‌চি লৈকোলসু লৈহাও চেন্‌দরে/লোকতাক্ ঈপাক্‌সু মসক্ নাইদরে।/মৈতৈ লৈবাক্ লৈকং ওল্‌লেনে ... মৈতৈ জগোয় খুৎথেক্ কায়রেনে।* থৱায় য়াওন পাল্‌লী সুর খুন্ জয়ন, থমোযদগি সক্‌লক্‌পদ অতাবগি থমোয়দ য়ৈহল্‌লী। নোংমাইথেম্ পাহারিন অমুক্ উৎলক্‌ই আসা, খুমন্‌থেম্ প্রকাস্‌কি ময়েক্‌ত, লোইনমক্ মাঙ্‌দ্রি কল্‌হৌব য়ারি হাযবগি — *লিরব লৈকোল্‌গি খুইরব লৈরাং/তেকখৎলো কুমগি নোংহৌ লাক্‌লে। ... মল্‌লব মন্‌দিরগি মূৎলব মৈরী/চুখৎলো আসাগি অনৌব মঙাল/তৎলব সরীক্‌কি সম্‌হৌরো মরী/খীঙ্‌হৌরো মালঙ্‌ন তান্‌থারিঙৈ।*

খুবাইজম্ ফুলেন্দ্রগি মযেক্ — *অনৌব যুগ্‌কি অনৌ আসা পুদুন/লাকলো নহারোল্ ...* । স্যাম সরমন সুব পান্‌ব ঈসৈসী মতম্ পুম্‌নমক্‌ত নৌদুনত লৈরগদব ঈসৈনী। ফজব ময়েক্‌ত ফজব সুরনী। বি. জয়ন্তকুমারগি — *'সনা লৈবাক্ মনিপুর', 'হো ঈমা পোক্‌নফম ঈমা'* (ৱুপ্ বাগ) ঈসৈ অনীসী মনিপুরি জাতিগি ঈসৈ ওইরে হায়ব য়াই। পেনাগি সৈবোল্, কবি চাউব অমদী সুরেন্দ্রজিৎকি সৈরেংগি ৱাহৈ ৱাতা খরগি মমি তাব থেংনৈ। অদূবু মদূ নীংথিব সম্‌জিদ লৈহাউ অম থেৎচিন্‌বগুম্‌বনী।

নুংসি নুংওন্‌গি থিম্‌দ ইব ময়েক্‌সিংদ বাংলাগ মনিপুরিগ খেন্‌নব ইরৈ লৈতে। অনীমক্ কন্‌জারভেতিব্ সোসাইতি ওইবনীন নাকোইনন ফোঙ্‌দোক্‌পদ ফজনৈ।

বাংলা আধুনিক্কি জগৎত খোয়থুম্লব খোন্জেল্গি নিংথৌ ওইরিব মান্না দেগি ফজব ঈসে অমতং য়েংসী খেম্তাল্দ সক্পনী। ময়েক্ পুলোক্ বন্দোপাধ্যায়, সুর রোতু মুখোপাধ্যায়— *থমোয়গি ঈসে ফার সক্নৈ মীপুম খুদীংন/থমোয় য়াওন সক্পদী কয়ানবু হৈবগে? / মীৎত কাজল্ থাবদী পুম্নমক্ন থানৈ/নঙ্গুম্ন য়েংব হৈবদী কনাবু য়াওবগে?/নীংথীরব লৈগি পরেংদ মচু কয়া কয়ানী/সম্বুল্গি লৈ পরেংদী সেম্নৈ ঙম্ন ফজন/জাতি পুস্পন সম্বুল্দ তাহল্লিব মওঙ্দো/ কনানবু অদুম্ন হৈবগেনে লৈতেংব?* পাহারিগ জযন্তগস্ হায় — *নঙ্গি মায়খোঙ্ উবুবদ/সজীব্ গুলাপ্ন ঈকাইজরি/নঙ্গি সম্লাং উবুবদ/ঈঙাগি নোংহৌন ঈকাইজরি।* মান্না দেগি ঈসৈসীগ চোংথাম কমলাগি ঈসে—*ইতা ঐদি মালিকা লৈকোল্ মাধবী লৈকোল্*'(সুরঃ স্যাম সরম) হাযবসীগ সুর অমদী তাল্দ মান্নব থেংনৈ। কৈসাম্ জামিনিকান্তগি ময়েক্ অমদী সুবদ ফুরাইলাত্পম্ ইবোযাইম সবমন সক্প—*য়েংজরগ পেন্জে থমোয়ন,* জয়ন্তকুমারগি ময়েক্ত — *নুংসিজবুব ঐন/থমোয় লাইমল্ ওইহৌরে...* ইবোযাইমগি ফজব ঈসৈসিংনী। অরিবম্ স্যাম সবম অফব সুবকার ওইবত নত্তন সৈসক্প অমসুনী। মাগি —*থাজ মাবু পাম্জবুব/ নোংইল্ মাগি মরাল্নী/নুজা মাবু নুংসিবুব/পাখঙ্ ঐগি ইরাল্নী।* (মযেক্ঃ জযন্তকুমাব), *থাজ ইপাল্ লাংলিবী*'(মযেক্ঃ মোতিলাল্), *সামু মচা অম/লৈন লৈন জগোয় সাই* (প্রকাস), *নীঙম্দ্রব ঐগি থমোয়ন/ নীংসিংগনু য়াদে অমুক্ হন্ন* (অবাম্বম সমবেন্দ্র) ফজব ঈসৈসিংনী। তোম্বীস্না সবমগি — *খাঙু থক্কি সিংগারৈ* (জয়ন্তকুমাব), *নন্দলালা* ফজব ঈসৈনী। নোংমাইথেম্ পাহাবিগ জয়ন্তকুমাবগদী থানব য়াদবগুম্ ওন্থোক্ন চানৈ। ফজব ঈসৈ পবেং ওইন পুথোরক্ঈ। *'লৈমন্ চল্লবী লৈরাংগি অবাব', 'নিঙ্সিংলি মেরাগি থাবল্', 'তাজমহল্', 'কু ক্রু কু কু ক্রু কু খোংঙি লমখুনু', 'অচম্ব মীনোক্ নত্তেনে'* সুব অমদী ময়েক্কি ফজবত নত্তন পাহারিগি খোয়থুম্লব খোন্জেল্ন সক্লক্পদ ভাবোক্ খুদীংন চীন্ফা পুনরিব কাউঙমদ্রব ঈসৈ ঙাক্তনী। *লৈমন্ চল্লবী...* অসীগি অন্তরাদ নোংদম্ থীব নুপীগি মপোক্পু সৈথাবিবসী ফজৈ—*ঙরাংত পোম্জবী ঙসিদ সাৎচবী/ হয়েংন ঙাইরিদো লৈমায়দ নঙদী/ নামিব নুংসিথকি ইপোম্দ য়াওন্বী/ মতম্গি নোংলৈন থিরিদো অসোয়ব।* বাকম্ অসী ঙসিস্ চুম্লি। নুপীবু মমল্ পীব ঙম্দ্রি। থাংজম্ কোবাগি— *নঙ্গি নাপল্গি থৌরব তিংখংন/*

*কন্থংলম্লব ঐগি থমোয়দ...* অসীস্ পহারিগি ফজব ঈসৈসিংগি মনুংদ অমনী। মথংদ অমুক্ অবাংব থাক্কি ঈসৈ ইব সরত্ অরাম্বম্ খোরক্পদ ফজব ঈসৈ মথং মথং অমুক্ নোংমাইথেম্ পাহারিন পুথোরক্‌ঈ। *'কেল্লব সমজিগি লৈরাংনি', 'ঐগি ঈসৈ সকলরোই খল্লুই য়াদে', 'নঙন লৈনি ঐন মৈনি'* ফজব ঈসৈ ঙাক্তনী। মনিপুরি মতম্ ঈসৈগি নিংথৌ নোংমাইথেম্ পাহারি খোয়থুম্লব খোন্জেল্দ ময়েক্ক চানন পূক্নীং হুব সুর পান্ব হৈবত নত্তন ময়েক্ খন্বদস্ চিল্হাউ য়াম্ন থিব, ফজব, মগুন্ লৈব ময়েক্ত খল্লগ সক্প সৈসক্পনী। অহৈবম বুধচন্দ্রগি — *'নঙগি অয়েক্প সকতম্'* ফজব ঈসৈনী।

মনিপুরি মতম্ ঈসৈদ অচৌব মফম্ অম কল্লিব সৈসক্প অমদী অহৈবম্ স্যাম্নী। গজ্জল্গি মহাউ হাপ্চিন্দুন ফজব ঈসৈ মথং মথং পুথোরক্খি। মাগি — *মচেৎ মচেৎ কয়া থোক্ন/সেগায়বীরম্লে নঙন/ঐগি ৱারীগি অরোইব সরুকতো* (থাংজম্ কোরা) অসী মাস্তরপিস্ অমনী। *ধ্রুবতারা য়েংদুন নঙ ঐ ফমিন্নখিব"* (মনি মাইরেম্বম), *নঙস্ ঐবু কাউরো/ঐস্ নঙবু কাউরগে* (জয়ন্তকুমার), *থায়নগি লৈরাং অমন্বী/মল্ল মল্ল লৈনুংসি* (সোরারেন্), *চান্নবী নঙগি নাপদ/ অৱাব পাউসে তম্নীংদে* (সবত্ অরাম্বম্), *লাপ্থোকখ্রবী নঙবু* (সরত্ অবাম্বম্), *সুমাঙ খুদিং মেরা ৱা* (সোররেন্), *ঙসিদী নঙবু উন উন/ ৱাহৈ কয়া ফোঙ-ম্দন/ হনজব তারেদো নীঙমদন।* (খাইদেম্ বোর), *লৈমন্ চন্খ্রবী লৈরাং অমগি/ লৈনম্ন ঙাওহল্লে ঙসিস্ পুন্সীবু* (নরেন্দ্র নিঙোম্ব) ফজব ঙাক্তনী। কে সি. নন্দগি ময়েক্ — *থৱায়গি পোন্থাদ ৱাসকচখিব/চৎখরে মহাকৃতি থাজব ঙমদন* . হাযবসীমদী স্যামন ওন্থোক্ন থৱায় য়াওন থমোয়দগি সক্লক্প ফজব ঈসৈনী। মনি মাইরেম্বম্গি — *তাখ্রসনু পিরাংসে/মরীক্ লীসিং লীসিংন...* হায়বসী ফজব ঈসৈ অমনী। পাম্জমন্বদগি লৌরুব হায়গদ্র, কে. সি. নন্দগি ময়েক্ *মৈরান্বীগি ৱারীবু* হায়বিব ঈসৈসীমদী গুলাম্ আলিগি গজ্জল *চুপ্কে চুপ্কে রাত্ দিন্/আঁসু বহানা য়াদ হে* হাযবদুগ সুর মান্নন স্যাম্ন সক্খি। স্যাম্ অতাঙ্ব সৈসক্পনী, সৈবান্বনী। ফজব ময়েক্ত খল্লগ সক্খি। মসাগি সৈসক্ অম তোপ্ তোপ্ন সেম্লম্মী।

ফজব ময়েক্, সুর অমদী খোন্জেল্দ ফজব ঈসৈ কয়া পুথোক্খিব অমন সামুরাইলাত্পম্ সনাতোন্ সরমনী। নন্দলাল্ রোইগ চানব পূংবা ওই। *'সুনিতা*

*পুন্সীবু ফাগিনী খন্নু', 'নোংমতংদি চমথোক্নখিসী / কায়নব তারবসু ঈবানী"* ফজব ঈসেসিংনী। *থামম্ব অহিং অমদ/সিগ্রবী কনাগি থবায়ন* (সলাম দিলিপ্), *মনীং তম্লে ঙসীদী/ ঐগি মীৎল্ পিরাংসে* (লাইশ্রম্ সান্তিবালা), *মরুভূমি নঙ্ করিগি লৈরম্লি/ঐগিপুন্সী খোঙ্চৎত* (হুইদ্রোম নোরেন্), *ঐগি থমোয় কপ্লক্লে/ বারমালে চৈনাসে খাঙ্বদ* (দেবেন্ সোরাম্), *ঙরাং সাৎচবী লৈরাংন* (সরত্ অরামবম্) হায়রিব ঈসেসিংসী সনাতোন্বু মসক তাকপ ফজব ঈসে ঙাক্তনী। সুর ফজন পাল্লী, ফজন সক্ঈ, ময়েক্ ফজে। কিসোরকুমাবগুম্ন ঈসেবু লায়ন, নুংঙাইন সক্প ঙম্ব খোনজেল্ ফব সৈসক্প অম হায়রগদী খুন্ জয়কুমারনী। জি. সি. তোংব্রাগি 'ঙবোংখাউ' দ একতর অমদী সিংগর পূন্ন ওই। *থম্না খেন্জোংন পোঙ্‌জে*... দ জয়কুমার ফাওখি। মাগি— *মংলম্ব নোং করিগি চুরক্লি* (মমি মাইরেম্বম), *নুংসিব হুনী* (ইমো মীতৈ), *লাক্খিনি লাক্খিনি হায়রম্লগ* (কে. সি. নন্দ) ফজব ঈসেসিংনী। সুর ফজে। খোন্জেল্, তাল্ ভাবোক্পু নুংঙাইহল্লী। কে. সি. নন্দগি ফজব ময়েক্ অম— *তুমহল্লো ঐবু মোংফম লৈরোল্-নুংদ*... থোঙাম্ ইবোচৌন মাগি মান্তরপিস্ ওইন পুথোরকপদ্ ফজব অমনী। সগোল্সেম তিজেন্গি— *কায়ন পিরাং অসীন/ঐগি ইরাল্ ওইরব* (সংলাক্পম্ অচৌ), *ওইহল্লু ঐবু পুন্সীগি লম্লান্ব* (কালোম তেজেস্বোর) ফজব ঈসৈনী। নহা ওইরিব সৈসক্পসিংগি মরক্ত নিঙোম্বম্ রুপচন্দ্র, ললামবুং ঈমো, থীংবাইজম্ বিপিন্চন্দ্র অমদী বি. বিদ্যাপতি সবমদগি ফজব ঈসৈগি আসা তৌব য়ারি। রুপচন্দ্রগি— *নহাক্কি পুন্সীগি তোরবান্দ/মীৎল্গি পিরাং ঈরীক্ন/নুংসিগি তরপন্ কংলগে* (রাজেন্দ্র ওক্রম্), *থমোয় নঙ্বু তুমীন্ন লৈরোগবা/ঐ ঙাইহাক্তদী পোথাজগে* (যোধচন্দ্র সনসম্), *লীরমগদরা মঙোন্দসু* (রাজেন্দ্র ওক্রম্) মসক্ নাইব ফজব ঈসে ঙাক্তনী। ইমোগি— *কুমওন্ অম লাক্পসিদ/খুদোলসিংদং তম্লগে* (যোধচন্দ্র) মান্তরপিস্ অমনী। বিপিন্গি— *তাইবংদ ঐগিনি হায়ব ঙমদ্রবী/মঙ্লান্দ লাক্উকো নুংসিরবী* (লাইস্রম্ কুমার), *বসন্ত লৈনমদ চেনখিব নুংসি পাউজেল/ কালেন্থা লোইরে হল্লক্ত্রে পাউখুম্* (সুর ঃ পহারি, ময়েক্ ঃ নোংমাইথেম্ কিরন্কুমার) ফজব মান্তরপিস্ ঙাক্তনী। বিদ্যাপতিগি— *লম্বীসিদ ঙাইজরক্লি / হাঙ্লব পুন্সীন কনা 'মসু* (খাইদেম্ লন্দন্বালা) গজ্জল্গি সৈসক্ত পুথোক্প ফজব ঈসৈনী। ঈঙ্ন মেঙ্ন ফজন সৈসক্প নেত্রজিত্কি ঈসে অয়াম্ব

*ফজে। কাউগে খনবন নীংসিংব ওইরে/নীংসিংব খুদীংদ থমোয়সে কায়রে* (অঙৌ), *থাজগি মন্তালদ মৈসা ঙ্কাওরব/থাবলদৈ লৈনমন থমোয় কায়রব* (নবিন্‌চন্দ্র), *ঙসিগি নোংলৈ নুং-সিংসিদ/ঐহাক্কি বাখল্ কদাইদনো* (যোধচন্দ্র), *য়াইফব ওইয়ুকো লাইবকফবী নঙদী* (খাইদেম বোর), *থমোয়সিদ অকনব চৈনান কয়ারক্ য়েঙ্গে* (বিলাসীনী), ফজন সুর পান্‌ব তাবদ নুংঙাইব ঈসৈসিংনী। নোংচুপ্‌কি সৈসক্ত নম্‌ন হৈনব নব সবম তোঙান্‌ব মফম অম কন্‌জে। মাগি—*উখুলদ ঐগি থবায় লৈহৌরে* (দসেন্দ্র ওইনাম্), *নোংম ঐন নঙগি নাকত কম্‌খি* (মনি মাইরেম্‌বম্), *থাসিগি অহিং অসিদ* (কিরন) সীংথাব য়াই। ত্রেদিসনেল্ ঈসৈগি সৈসক্‌তগি ঙালাইজদ্ তৌদুন পুথোরক্‌প হামোম্ নবগি—*'য়ুমগি মৌদি লাকলনি ঙসিদী'*, *'ঙাইরমগে ঐন নঙবু/মপোক্ লাংওল্ অমদ'* ফজব মথেল্ অম ওইন মতম্ ঈসৈদ হাপ্‌চিল্লক্‌ঈ।সুধ পান্‌বদ নবগি হৈ-সিংব লৈ। মোইরাংথেম্ তিকেন্, বোরমনি, অসেম্ অমবজিৎ, বংকিম্‌চন্দ্রনচিংবসু ফজব ঈসৈ খর পুথোক্‌ঈ।

নূপী সৈসক্‌পীসিংগি মনুংদ কমলা, বিম্‌লা, মেম, যমুনা মীয়াম্‌ন খঙ্‌নরব ফজব ঈসৈ কয়া মীয়ামদ তাহনখ্রব ঙাক্‌তনী। চোংথাম্ কমলা, পীথোরক্‌প থুম্‌লব খোন্‌জেল্‌ন মাবু মনিপুরি মতম ঈসৈগি কোকিল্ ওইন সীংথাব য়াই। মাগি ঈসৈ অয়াম্‌ব স্যাম্ সরম অমদী নোংমাইথেম্ পাহাবিন সুর পান্‌বনী। *সাগৈগি মৌনি খঙদবর স্যাম্* (থোইবী দেবী, সুরঃ স্যাম), *ঈসিং চাইবী মনাক্‌ত* (জয়ন্তকুমার, সুরঃসোনলিয়েন্ কিলোং), *'লৈকোলসিদ কূরাক্ অনী'*, *'পূকনীংদ মওল্ মওল্ খল্‌লে'*, *'উনারকৃত লোৎলিবী লৈরাং নঙবু সাংহৌরো'* (ফুলেন্দ্র, স্যামগ পুন্‌ন সক্‌প), *'ঈমাগি কানহাই'*, ফজব, ভাবোক্‌ন কাউঙমদব ঈসৈ ঙাক্‌তনী। অরাম্‌বম্ যমুনাগি— *বিদাই বিদাই হায়রনু* (জয়ন্তকুমার, সুর জয়ন্ত), *ঈতা পাম্‌জদ্রে অমুব জাৎসে* (জয়ন্ত, ), *ওলাংথাগি সারব নুংসাদো* (দেবেন্), *ঙাইখোবা হায়গেবা* (বিনোদিনী), *বিদাইগি কল্‌লব চৈনাসে* (সুরঃ হামোম্ নব, ময়েক্ঃ বিনোদ্‌কুমার) কাউব ঙমলরোইদব ঈসৈ ঙাক্‌তনী।

অসেম বিম্‌লাগি—*করমব য়ুগ্‌কি কাউথ্রব অহীংদ/মঙখিব মঙগি মমিনো* (বিনোদিনী), *'কনান করি বা হায়রমলিবনো'*, *নিংথম্ উলেন লাক্‌লে লায়রবগি য়ুমদ* (জয়ন্তকুমার), *পোলোইগি পিরাং ঙাইখিনি* (রামেস্বোর নিংথৌজা) *'চিতা থক্‌কি কুনদো পরেং'*, *কাউবরনে নহাক্‌পু* (সমরেন্দ্র চোংথাম), *চাক্‌লিব লাম্‌মৈ*

*অথাপ্প চীংদ* (দাঃ কমল্) মসক্ তাক্প ফজব ঈসৈসিংনী।

লাইস্রম মেম মসাগি সৈসক্ অম সাগৎচদুন মসক তাক্লিব সৈসক্পী অমনী। মাগি— ***নীঙাইদন চাক্লিব লাম্মৈও/ করিগি তম্লক্লি নঙ্গি মৈরীদুন/ পীক্লব ঐগি থমোয় তম্ন/ চিংমায় সন্ন চাক্লিবমক্তদ পেন্ত্রবর (বিমাতা), নুজা থমোয় খঙ্সিন্নদ (সামো), হায়নৈ নঙ্বু লমজানি (অঙৌ), তত্তন সিন্থরকলিব / মীৎলুই পিরাং অসে (থবলো), ঐবু অমুকত্ কৌরম্মু*** (জয়ন্তকুমার) সীংথাব য়াব ঙাক্তনী। অদুবু খুৎসেম্ হেনমন্খিবন, মহৌসা ওইদব, স্পোন্তেনিয়স্ ফ্লো অম ঈৰাৎ ৰাৎপদৌন তৌবি। মচানুপা অহল্ লৈখিদবদ কৎথোক্প এন্. সরত্ন ইব ময়েক্ — ***মৈচাক্ অমগি অবাবস্ লোইদ্রিঙৈ/ মৈরী অমগি মৈসা লাংহৌরে...*** হায়রিব ঈসৈ অসীমদী মাগি মাস্তবপিস্নী। ময়েক্ ফজৈ, সুর ফজৈ, থমোয় য়াওন সক্পগি নুংহীক্নব, তাঙ্ন ফজরব ঈসে অম তাব ফংঙী।

নৌন হৌরক্লিব সৈসক্পীসিংন সৈসক্পী মরী অসীগি মতুং ইন্ব ৰান থোক্ঈ। **দেবলা, উসারানি, প্রেমিলা, বিদ্যারানি, তপিসনা, লোকেস্বরি, হরিমতি, সুনিতা** থোরক্ঈ। অদুবু মসাগি সৈসক্ সাগৎপ ঙম্দ্রি। তপিসনাগি — ***লীরখো ৰারী তম্লগে মপাউ...*** ফজব ঈসৈনী। মথং ফজব ঈসৈ ইপু পুথোরকত্রি। নৌন থোরক্লিব অযাম্ব হিন্দী ফিল্ম ঈসৈগি সূর পূরগ সক্পদগি মসাগি ওইব অমত্ত সাগৎচব ঙম্দবনী। ফজব ময়েক্ খন্নবসু হোৎনদে। উমোনি অমদী নৌরিব সৈসক্পী পুস্পরানিদগি আসা খর তৌব য়ারি। পুস্পবানিগি ঈসৈ অয়াম্ব মাগি ওজা ৰাই. ঈবোচৌবন সুর পান্বনী। ফজব সুর, ফজব ময়েক্ত নুংসিব খোন্জেল্ন সক্লক্পনীন অঙাং ওইজরবসূ পুস্পরানিন সৈসক্পী অমগি মফম কন্ব ঙম্লে। মাগি— ***ঈরৈবাক্কিদমক্ত*** ( ইবোচৌ), ***লাংবন্ থান লাক্লবদ*** (ব্রোজেস্বোর), ***'জগোয় সারগে', 'অকংব উনাগি উসাদ তোংদুন', 'নোংদোলথকত ঙাল্লিবও"*** (সবজুবালা) ফজব ঈসৈ ঙাক্তনী। ঈবোচৌব সুব পান্বত নত্তন ফজব মযেকস্ ই। মাগি ইবৈবাক্কি দমক্ত হায়বসী সাথীন ফজৈ। মনিপুরগি মপান্দ মীতৈন কূঙ্ন খুন্দাব বরাক্ তম্পাক্তস্ ১৯৭৮ দগি আকাস্বনি সিলচরদ মা পুরি থৌরম্ সন্দোক্প হৌখিবগ লোয়নন মতম ঈসৈগি সৈসক্প-সৈসক্পী কযা থোবক্খি। ঙসিদী তাবীনিংব ঈসৈ হৌদোক্তুন মখোয়গি মরক্তগি মীয়াম্ন পাম্নব অফব সৈসক্প সৈসক্পী কয়া থোরক্লে। মখোয়গি মনুংদ এল্. রন্জিত্, অবাম্বম্

চন্দ্রমোহন্, হাওবম্ বিজেন্‌কুমার, নোমিতা রানি, অমদী রামেশ্বোরি ফজন সক্‌লিব মীওইসিংনী। মনিপুরদ সক্‌নরিব অসিদগি তাম্রব, সীংথানব য়ারবসিংনী হায়বদ থোইন লাল্‌লরোই। সৈরেংবদসু অফব য়াওরে। বিরকুমার য়ুম্‌নাম্‌গি ময়েক্ অয়াম্‌ব ফজে। অচোইবম্ কৃষ্ণমোহন্, হাওবম্ নীঙোল বাসন্‌তিগি ময়েক্‌সু চৎনব য়ান ফজে। বিরকুমারগি—*লোৎসিনখিব পিরাংসে নঙবু য়ারৌদুন/ ওইরনী নোংমদী কল্‌লব ইঙাগি নোংজু/ কঙাওনহৌরব কায়রব ঐগি থমোয়/ চৎলনি নোংমদী অহিংগি তন্‌দন্ ওইন* ... হায়রিব ময়েক্‌সী ফজদে করম্ হায়গনী।

## সুর অমসুং খোন্‌জেল্

ফজব সুর অমদী ফজব খোন্‌জেল্ অনীন পুন্‌খ্রবদী ময়েক্তু সোন্‌তক্ তারবসু ঈসৈদু তাব য়ান নুংঙাইহন্‌ব ঙম্‌মী। খুদম্ ওইন পাহারিগি—*'হো বাঁসি হো বাঁসি"* অহৈবম্ স্যামগি—*'হুম্ থেম্‌লগে লাউ'*, খুন্ জয়গি—*'ঈনে মাগি মপাউ পুরক্‌পরা'* নচিংব পন্‌ব য়াই। হিন্‌দী ফিল্মগি ঈসৈ অয়াম্‌ব ময়েক্ য়েংদন, জগোয় সাবদ নুংঙাইগদব রিদম থিরগ মদুদ চানগদব নুংঙাইব সুর থি, অদুদগি ময়েক্ অম তাব য়াবনী খঙ্‌দে য়াদবনী খঙ্‌দে অম হেক্‌ত হাপ্‌চিল্‌লী। মসীন ভারত্‌কি ঈসৈবু থুন হাৎতোরক্‌লি। লোন্ পুম্নমক্‌কি ঈসৈদ ইথিল্ চঙ্‌লি। অদুন তাননব ঈসৈ ওইরক্‌তদুন য়েংননব ঈসৈ ওইরক্‌লি। মসী লাইবক্ থীবনী। ঈসৈ হায়ব অথোইব কলা অসীবু সেল্‌থক্‌তগি য়েংদুন মাঙ্‌হন্‌নব হোৎনবনী। খুনুং ঈসৈ (লম্ লম্‌গি), সাস্‌ত্রিয় সংগিত্ অমদী নোংপোক্-নোংচুপকি ফজব মচল্‌সিং হাপ্‌চিল্‌লগ সেম্‌ব পোৎথোক্‌নী— মতম ঈসৈ। অদুন গ্যান সুন লৈব সুর পান্‌ব খর তঙায়ফদন পুথোক্‌প ফৈ, নত্রগদী তাব য়াব খোন্‌জেল্ কয়া কান্‌নদন মাঙ্‌খিব য়াই।

## যন্ত্র খোংব, য়ৈবসিং

মতম্ ঈসৈদ নোংপোক্-নোংচুপ্ অনীমক্‌কি যন্ত্র সুন তিল্‌লে। ভাইওলিন্, গিতর, ড্রম্ য়াওদব য়াদ্রে। ইলেক্‌ট্রোনিক্‌স্‌কি খুৎলাই কয়া অমসু হাপ্‌চিল্‌লক্‌লে। ওক্‌তোপেদ, সিন্‌থেসাইজর চঙ্‌দব য়াদ্রে। সেক্‌সাফোন্ হাপ্‌চিল্‌লে। হান্‌ন লৈজরম্‌ব তব্‌লা, বাঁসি, সিতার, এস্‌রাজ অদুত ন য়াদ্রে।

ঙসিদী মনিপুরগি ওরকেস্ট্রা অঙক্‌প ফংন চাওখৎলে। তমনিংব, হৈনিংব

য়াম্ন থোরক্ঈ। অদুন মপুং ফাহল্লকঈ। ঈসৈ হায়রগ ভাবোক্ন অসক্প মীদূত খঙনবগুম্ তৌবি। যন্ত্রসিংসী য়াওদ্রবদী ঈসৈ ওইগদ্র? ওইরোই। অদুন মতম ঈসৈদ য়ামন্ মরু ওইরিব যন্ত্র খোংব য়ৈবসিংগি মফম্ চাউন পীফম্ থোক্ঈ। যন্ত্রদ রুপ্-রাগ (আর আর) হায়রগদী স্তেন্দারদ্ লেপ্প মিংদৌন লৌনে। মসী লীসাং সীৎন সক্নাইব কয়াগি পাউতাক্ মথাদ সুমিন্নরক্পগি মহৈন ফংব থাক্নী। ভাইওলিন্দ—বোরেন্, গিতরদ—রাধাচরন্, সেম্সন্ বাঁসি অমদী কি-বোরদ্ত—গম্ভীর, তবলা অমদী ধুল্কিদ— কুমার মমীং চৎলব যন্ত্র পায়বসিংনী। মখোয়সী রুপ্ রাগগি খুদোল্নী। মহাভারত্ হায়বমসু থোরক্তুন নহারোল্ খুৎহৈব কয়াগি ফজব খুৎখৎ, খুৎয়ে ঐখোয়দ তাহল্লি। কসারগি ঈসৈগি বাংগালি ওজা অমন হায়খিবদু নীংসিংঙী—"ইম্ফালদী যন্ত্রদ, ঈসৈদ বোম্বেগি হেক্ মথংদ লৈরে, কল্কত্তা, গৌহাত্তিন তানব ফংদরে।" বাফম্সী ১৯৯৯ গি অহৌবদ, বাংলাদেস্কি রুনা লৈলা, ভূপেন্ হাজারিকা, আবতি মুখারজি, ইন্দ্রানি সেন্ য়াওব ঈসৈগি থৌরম অম সিলচরদ পাঙ্থোক্খিব অদুদ ঐখোয়গি গম্ভীব অমদী রাধাচরন্গি যন্ত্রদ ঙাওনখিব অদুনসু প্রমান্ তৌখি। অদুন মখোয়বু সৌগৎপিব, থৌগৎপিব য়াম্ন মরু ওই। সিলচরদসু মনিপুবি ওরকেস্ত্রা কাঙ্লূপ্ অনী লিলি ক্লব অমদী মোবনিং স্তার — চৎনব য়ান ফবে।

বারোই ঃ বাংলা অমদী আসামিজদসু মতম্-ঈসৈগি মরাই চাযথবক্প যুগ্ ওইবি। মনিপুরিদসু অদুমঙাই। মসীবু খরত ওইরবসু ফগৎহন্নব হোৎনব ঈসৈ পামজব খুদীংমক্কি থৌদাংনী। ঐখোয়গি অফব সৈসক্প/সৈসক্পী থোরক্তে হায়বগি নাকল্ অমদ সাউনিংব। অদুগ নাকল্ অমরোম্দন হিন্দী ফিল্মগি ঈসৈ, উসা উথুপ্কি, অলিসা চিনোইগি মতৌ তম্দুন সক্প ঈসৈবু সক্উ তাগেত মহায়ব। মরক্ত সমনদব অম লৈরে। *অব্বায়ব পোৎন ঐগি ওইব য়ারোই। ঈসাগি ওরিজিনেলিতি পুথোক্নব হোৎনসী, হোৎনহন্সী। চিত্রহারগি কল্চর অম সন্দোরক্লিবসী থিংহৌসী। য়াম্ন থেঙ্খিব নত্রি, মতম্ লৈরি। কায়থবক্লিব অসী থুন থিংহৌসী। অব্বায়ব ফিমল্ হুন্দোক্ম্রসী, ঐখোয়গি ঈসান সাজব সেৎলসী হায়ব বাফমসী থম্জরগ বারেং অসী লোইসিন্জরি।*

---

বারেং অসী রুপ-রাগগি চহী ৪০ সুরক্প কুম্ওন ৩১।৮।২০০০ দ পাঙ্থোক্খিব মীফম্দ পাথোক্চখিবনী।

## মতম্-ঈসৈগি

## অতিয়াদ অরংব থব্বান্‌মিচাক্ অম

ফম্বাক্ লিলাগি মচল্ অম ওইন পোক্‌লক্‌খি মনিপুরগি মতম-ঈসৈ বাংলাগি য়ুম্‌ফম্‌দ মনিপুরগি লৈহাউন চাউরক্‌খি। অদুদগি নোংপোক্ নোংচুপ্‌কি তিন্‌সিন্‌নরব ঈসিং-নুংসিত্ত সারেপ্ ফারক্‌খি। পীথোরক্‌প গুন্ চেন্‌ব সৈসক্‌প কয়ান ঈচেল্ নাইন চেল্‌হল্‌লক্‌খি, অসৈব কয়াগি ঈসৈবু থব্বায় হাপ্‌লদুন। মসাগি মফম অম ফংজরবদ, কবি কয়াগি কোলোম্‌ন সৈসক্‌প কয়াগি হোৎনজমল্‌ন মপুঙ্ ফারব সংগিত্ কলা অম ওইন মসা মতোম্‌ত লেপ্‌চরক্‌খি মনিপুরগি মতম্-ঈসৈ। অদুবু ঈসৈগি নুংগি ভাব্‌তি সব্‌জেক্‌তিব্ ওইন চৎথরক্‌ঈ, ওব্‌জেক্‌তিব্ ওইব ঈয়াও য়াওদে হায়ব য়াই। সরত্ অরাম্‌বম্ থোবক্‌লব মতুংদত মতম্-ঈসৈগি খোঙ্‌চত্ত য়াওল্ অম লাক্‌খি হায়বদ হায়মন্‌ব থোক্‌লোই। চহী ৪৫ দমক্ (১৯৩৩-১৯৭৮)

পুন্সীখিব অসৈবসীগি লোইরম্দাই মতম্দনী থংঙান্ ঙান্ব থবান্মিচাক্ ওইন মীতৈলোন্গি মতম্-ঈসৈ অতিয়াদ থোরক্খিব। মহাক্ চৎথ্রবস্ মমল্ য়াম্লব কাউব ঙম্লরোইদব খূদোল্ কয়া তম্বীরম্লিব অসৈব অসীগি পুন্সীদ অমুক্তং য়েংসী করম্ব থৌদোক্ন, কনাগি ইথিল্ন ফজ ফজবব ঈসৈ কয়াসী ইবম্লিবনো হায়ব। গৌহাতিগি কোতন্ কোলেজদ আই. এস্. সী মদ্রাজ্গি প্রেজিদেন্সী কোলেজ্দ বি. এস্. সী. লোইরব তুংদ এস্. দি. সী. ওইন থবক্ তৌথি ইম্ফাল্দ, উখ্রুলগি তোলোইদ। পারমিসন্ লৌদন মখোঙ্ন বরমাদ চঙ্লুবগি ৱাথোক্ত থবক্তগি তোক্খি। মহাক্ দি. এম্. কোলেজদ দেমোন্সত্রেতব ওইন, মাওগি পাউমাতা হায স্কুল্দ, লীৱা চনিং হায় স্কুল্দ ওজা ওইবম্মী। কোলেজগি পুন্সীদ মমিং লৈরকপ তেবল্ তেনিস্ সান্নরোয় অসীন কোলোম্ পাযদুন সক্নাইব অসৈব ওইরককনী হাযবদী কনান খঙব। কায়নফম্ থোক্তন কাগনখি মাগি নূপী অমদা পীর্ক্লিব মচানূপী। কায়নববু হৱাওন লৌখিব মীওইব কনাবু য়াওবগে। অবুব ৱাফম্ ওইখি মাগি পুন্সীদ। সাথীব চৈনানী। খাঙম্দব মৈচাক্নী।

ইং ১৯৬৫ গি অদুৱাইদাগি কোলোম্ পাসরক্খি অদুবু কমিত্মেন্ত অমগ লোযনন ইবক্খিবদী ১৯৭২ দগিনী। ১৯৭২ দ ঐগী ঈশৈ, ১৯৭৩ দ ১০০ শৈরেং, ১৯৭৪ দ কেল্লবা সম্জিগী লৈরাংনি অমদী ১৯৭৬ ত মতম্ অমগি ৱারী, ১৯৭৭ ত Flaming Petals (সৈরেং), ১৯৭৮ দ ঐগী অরোইবা অতিযা (সৈরেং), ১৯৮০ দ Come My Beloved Earth! (সৈরেং) হায়রিব ঈসৈ অমদী সৈরেংগি লাইরীক্সিং মহাক্কি কোলোম্দগি থোবক্খি।

চৈনা খাঙ্লিব অসোক্প থমোগগি অৱাব কাউথোক্নব পোথাফম্ থিবক্পদ মীনদী অঙাওবনী হায়নবীরব মগুন্ লৈরব উপন্যাসকাব পাচা মীচৈগা থেনখি। ফম্মীন্নখি তোযন মখোয অনী কখলোংদ, কৈসাম্থোংদ। পুন্সীগি ৱারী কয়া সানখি। মীওইবগি লীচৎ কয়া নৈনখি। অথেঙব অহিংগি খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল্গি দস্যান কোলোম্গি থৌনা হাপ্খি। হল্লক্খিদর খন্দুন ঙাইজরম্বদুন হল্লক্ত্রবদ থাজব মাঙখি। অদুবু হিংসীর খন্দুন লৈমিননৈ কনাগ, পোথাফম্দী খঙাখদে। মাগি অৱাববু য়েংব ঙম্ত্রমালেকেন্সরন পুরীখি মোংফম্দ, পোথারুনব মতম্ চুপ্পগি।

সরত্ অবাম্বম্গি মমাঙ্দ ঈসৈ ইব কয়া লৈখ্রে। অসৈব কয়াগি ঈসৈ যুম্থোঙ্ খূদীংগি তাখ্রে। মখোয়গি ইথিল্ খরদী যাওদে করম্ন হায়গনী। অদূবু কবি চাউর,

কমল্গি মতুংদ হিজম্ ইরাবোত্, এলাংবম্ নীল্কান্ত, লাইশ্রম্ সমরেন্দ্রনচিংব কবিসিংন অনৌব সৈসকত সকললকপগুম্ সরত্ অরাম্বম্সু মতম-ঈসৈদ অনৌব সৈসক্ থিরকই। হান্নগি সব্জেক্তিব্ ওইব খুৎইদগি ওব্জেক্তিব্ ওইবরোম্দ চঙ্সিল্লক্‌ই। মহৌসাগি ফজববু সৈথাবদ, যুগ্ কয়াদ চৎথরক্লিব নুংসি নুংঙল্গি ৱারীদ, সমাজ্গি সোৎথহৌরব কাঙ্বু-সিংগি মসক্ য়েক্পদ, অৱাব, পেন্দব, কায়থরক্লিব মাঙ্থরক্লিব মীওইবগি চৎনবীসিং য়েক্পদ অচম্ব ৱাহৈ সীজিন্নদুন হৈ-সিংন লৈচল্ সেম্লগ অৱাংব খুৎফোঙ্দোক্ অম থিরকই। চুম্নগি দিস্ক্রিপ্সন্ পীব তোক্তুন ৱাখল্ খন্থনব মরম্ পীবনী। মসিদনী লৈরিব মাগি ফজব মফোঙ্দোক্। রোমান্তিক্ কবি অম ওইরবসু সোসিয়েল্ কমিত্মেন্ত লৈব খুৎইনী। মীয়াম্না সকখঙ্নরব আইদিওলোজি অমদ চঙ্সিন্বগি মওঙ্দী উদে। লাই থাজব নত্রগ থাজদবগি ৱাফম্সু মাগি খুৎইদগি মকা ফোংন খঙ্ব ঙম্দে। মহাক্না লৌজব অচুম্বগি ৱাহন্থোক্, পাম্জব ফিদম্, য়ৌনিংব পান্দম্ খরগি মখাদ চঙ্সিল্লুরগ হন্দোক্পসু য়াদব, খঙ্গে খল্লগ হেন্না চমম্নগন্ব পুন্সীবু মসক্ খঙ্নব হোৎনব ওইন তৌরি।

মাগি অহান্ব ঈসৈ লাইরীক্ ঐগী ঈসৈ দ য়াওরিব ঈসৈসিং নুংসি-নুংঙল্ন মপুং ওই। মপুং য়াম্না ফারব খুৎইদী নত্রি। অদুবু ফজব ঈসৈ কয়া য়াওরি। মখোয়গি মরক্তগি খরদং লৌখৎচরি। ঈহান্ হান্বদ ৱাহৌদোক্কি মহুৎ সিন্ন হাপ্লিব ঈসৈ অসীন লাইরীক্সিগি খ্বাইদগি ফজব ঈসৈনী হায়জনীংঙী। ধরমদ, জাতিদ য়ুম্ফম্ ওইরগ মীবু কাঙ্লুপ্ খায়দোক্পগি চৎনবীবু য়ানীংদব ফোঙ্দোক্লদুন অসৈবন হায়রি—

করিগি হংলি ঐগী হৌরক্ফম্
ঐগী ধরম ঐগি জাতি?

.........................................

মীগি ৱাখলন ঐগী ধরমনি
মতেং পাংবন পুন্সি লাইসোন্নি। (সুর ঃ পাহারী)

মীন মীবু নুংসিব, হিংমিন্নবন ফিদম্ ওইব অৱাংব হিউমেনিজম্গি ৱাখল্ ফোঙ্দোক্প ঈসৈনী।

মাগিনী খল্লম্বদুন মীগি ওইখ্রবদ মসান মসাবু মরাল্ পীজরি—

**লৈহৌরোকো ফজব ফ্নগায়ন সাংলম্ব**
**ঐহাক্তি হংলুদে মীগিনি খঙ্লুদে**
**ঐহাক্কি ইরাল্নি তম্থীব লাইবক্নি। (ল ঃ ৮)**

মাগি পোক্নফম্ মনিপুরগি তোপ্ তোপ্প মগুন্বু অসুম্ন সৈথারি ঃ

**মহৌসা খুৎসেম্ন বাংতন সেম্লম্ব**
**সাজংত লীচংত বাখল্দ খোঙ্থাংদ**
**তোঙান্ন সেম্লম্ব ঐখোয়গি লৈবাক্নি।**

(পীক্লব লৈবাক্নি /২৬; সুর ঃ মেম)

থাজগ থরোগ, নুমীৎক থম্বাল্গগি অরিব বারীদু অনৌব খুৎফোঙ্দোক্ অমদ ইরি-

**অহিংন হংখি থাবল্গি মঙাল্দ**
**চান্নবী থরোগি অচেৎপ বারী**
**নুমিৎকি মঙান্দ অমুক্ন হংখি**
**থম্বাল্গি বারী নুংসিগি মৈসা।**

(ল ঃ ৩০; সুর ঃ পাহারি)

ফজব ইমেজরি, মেতাফোরনচিংব সীজিন্নদুন কবিন মাঙ্গি থৌদোক্সিংগি বারী কয়াবু নীংসিং খুদম্ কয়ান মহুৎ সিল্হল্লি ঃ

**লোৎলম্বনি বাখল্ কয়া**
**লোন্ন থুপ্ন ঐহাক্ন**
**মালিকা পাম্বী মখোঙ্দ**
**থেঙ্লব থাবল্গি সম্জিদ।**

(সুর ঃ পাহারি)

সরত্ অরাম্বম্গি মসক্ লেপ্প মপুঙ্ ফারব খুৎইগি ঈসৈসিংদী ১০০ সৈরেং দ উব ফংঙী। নুংসি নুংওল্গি, ফজবগি খুদম্ ওইন সীংথানরব তাজ্মহল্বু অরেম্ব, মপাল্গি লৈতেং ওইন পুথোরক্ঈ। মীয়াম্গি ঈতন সাখিব তাজ্মহল্গি যমুনান তেংথাহল্লী। নাহেখোল্ন পীক্ থল্হন্দুন অকিব মফম্ ওইহল্লী। সাহজহান্বু তম্থীব মীহাৎপগি মরাল্ সীরি। অদুন চৈরি তাজ্মহল্বু-

**মতম্ন সাগথলি মতম্দ নীংখায়রি**
**লৈতেংগি 'তাজমহল্', কায়রগ লোইখিনি**

**ঈখেংন লুপ্লব, পাপ্চেন্ব নুংঙৌনি**
**অবাব মীয়াম্গি পুন্সীগি মোংফম্নি।**
**(ল ঃ ৩; সুরঃ পাহারী)**

তাজমহল্গি উরম্দব মায়কৈ, তারম্দব ৱারী কয়া মীৎমাঙ্দ পুথোরক্প য়াম্ন ফজব ঈসৈ অমনী। পলেপ্ফম্ খঙ্দব মীওইবগি ৱাখল্বু অমুক্ ঙান্থোক্ অমুক্ মম্ তৌব লম্মৈ থান্বীগ চাংদম্নৈ। অমুক্সু লেপ্তব পুক্চেল্গি মসক্ ভাক্পদ মবোল্ নাইব ৱাখল্গ চুম্থাঙ্গি মচুগ চাংদম্নৈ। থাজব মাঙ্খ্রব অসৈবন চিংনরদুন হায়—

**নঙন হংখিব অরুব ৱাহং**
**পীব ঙম্খিদে অরেপ্প পাউখুম্**
**ফোঙ্খিদে ঐন অচেংপ ৱারী**
**থমোয়দ থম্খি অরোন্ব ৱাহে। (ল ঃ ২৮)**

মসী মাগি পুন্সীগ মবী লৈনব ঈসৈ ওইন তৌরি। লৌনম্বীবম্লব কন্নাগি হৌনসা অসৈবসু চিংনগল্লী। থাজরক্তবগি মমিনী—

**অকায়ব মিংসেল্দ তাখিব মমি**
**অহোংব পুক্নীংগি খেন্নব মমির**
**কায়রব থমোয়দ চথলিব ময়ি**
**হৌখিব পুন্সীগি তাখিব ময়ির?**

ফজব কম্পোজিসন্ অমনী। নুং য়ৌন হায়ব ৱাহে ৱাতানী। মীতৈ নুপীগি পুন্সী মরেল্, সিন্ফম্, লৌরিব থৌদাং, কৈথেল্গি মসক্, থবক্ সুনীংদব নুপাসিংবু মীৎত চোংথোক্হন্দুন উহন্ব ঙম্ব মায়-পাক্লব, ফজরব ঈসৈনী—

**নুংসিদব য়েংঙু উচান্গি মৈরা**
**কপ্নীংদর নঙ্বু উরগ তোয়ন। (সুব ঃ পাহাবি)**

অসৈবগি মসেন্ থোক্প নোংমাইথেম্ পাহারি নীঙম্দব, পেন্দব কয়া লৈবদগি ঈসৈ-সক্প তোক্লসীর খল্লক্প মীৎকুপ্ য়াওরম্ব তাই মহাক্কি ৱাখল্নী, ইবন সরত্ন ইবনী—

**ঐগি ঈসৈ সকলরোই খল্লুই য়াদে**
**লোইব লৈতে লেপ্প নাইদে ঈসৈ।**

মনিপুরগি চীং-তম্‌গি ফজববু মরীক্‌ চুম্‌ন ময়েক্‌ সেংন খঙ্‌ব অসৈবগি খূৎইদ চীং তুরেল্‌ উপাল্‌-বাপাল্‌ পূম্‌নমক্‌পু মরোল্‌ থোক্‌হল্‌লদুন মখোয়গি হৌফম্‌ সাৎফম্‌গ লৈনব নুংগি অমত্ত ওইবগি মরী ময়েক্‌ লান য়েক্‌ঈ।

**অহিংগি নীঙোল পৈসাগি মমৌ**

**মতম্‌গি লৈরাং লূক্‌মায়দ হারি।** (সুরঃ পাহারি)

হায়রিব ঈসৈসিদ হিংবগি সাফুন নম্‌থবীরব নূপীগি উপাই লৈজদব মওঙ্‌বু য়েক্‌লি। অমুক্‌সু, ঈন্‌সু ঈন্‌সিন্‌ব অদুগ মরাল্‌সু সীবীব সমাজসীগি চৈথেং ফংলবী নূপীগি মায়কৈদ লেপ্‌তূন হায়রি—

**থিবিনু অরান্‌ব/ তোল্‌লবী মপোক্‌নি**

**চৈবীনু অসোয়ব/ পাপ্‌চেন্‌বী লৈরাংনি**

**সেম্‌বীব বাংলব/ লৈরাংগি পুন্‌সিনি**

(লৈমায়দ তারবী , লঃ ৪৪)

মীতৈগি হান্‌নদগি লৈজরক্‌লব মূক্‌না কাঙ্‌জৈ, কাং সান্‌নব, লাই হরাউবগি জগোয়, খোংজোম্‌ পরবনচিংব অসীবু য়োক্‌খৎচনীংব অসৈবন নোংচূপলোম্‌গি বেন্দ, অরাঙ্‌ব যন্ত্রগি ঈসৈন থাবল্‌ চোংবগি ফজববু মাঙ্‌হল্‌লক্‌পদ পেন্‌দে। চাওখৎপবু চিংনরক্‌ঈ—

**নুংসিব তম্‌লুই থমোয়দ মকায়**

**চাওখৎপ থিবুই ফিজেৎত মঙায়**

**ফজব য়েংলুই অহোংব মঙায়।** (সুর ঃ পাহারি)

অহৈবম্‌ স্যাম্‌গি খোন্‌জেল্‌দ মীয়াম্‌ন পাম্‌ন তানখ্রব ঈসৈনী—

**লাপ্‌থোক্‌খ্রবী নঙ্‌বু লাক্‌খিদর ঙাইহরি**

**লৈমকোন্‌দ পোক্‌পী, সাখপ্‌ তোয়বী নঙ্‌নী**

**লম্‌দম্‌ কৈদ পাইহরি, নুংসি মায়কৈ য়েংলি।**

সরত্‌কি বাখল্‌দ নৈদূন লৈরিব ফিলিং অমগি মমিনী। ঈসৈসী সিম্‌বোলিক্‌ ওইন য়েক্‌প ঙম্‌বন, নুংসিব কায়নরব অমগিত নত্তন লমদম্‌সীন মাগি ওইব ঙম্‌জহৌদ্রব মসাগি কলচর কয়াবু অমুক্‌ হল্‌লক্‌খো হায়ন কৌবনী হায়ন লৌবসু য়াই। খূদম্‌ ওইন মনিপুরগি সগোল্‌ কাঙ্‌জৈ মীগি পোলো ওইখ্রে। অসূম্‌ন মতম্‌ ঈসৈ ময়েক্‌ত ফজব বাহে বাতা সীজিন্‌নদুন থৌদোক্‌ অমবু জেনরেলাইজ্‌ তৌরক্‌প অমদী

সিম্‌বোলিক্ ওইনপুথোরক্‌প হায়বসী অয়িবগি মায় পাক্‌পত নত্তন ঈসৈগি থাক্‌সু বাংখৎহল্‌লী। মীরা ঙাঙ্‌নবন মথৌ ওইব, ঙাঙ্‌ব হৈবন অচুম্‌ব সক্‌প, অরান্‌বন থল্‌লিব অচুম্‌বন মফম্ লৈরক্‌তব মীওইবগি লীচৎপু উরগ অসৈবন ফোঙ্‌দোক্‌লিঃ

নুংসিব বাংলব পীক্‌লব থমোয়নি
নুংঙাইব খরগি হরাওব মীনোক্‌নি
লৈবদ বারব পাক্‌লব তাইবংনি
খঙ্‌বদ ঙম্‌দব লোইদব লিলানি। (ল ঃ ৬৬)

বাহৈগি ফজবত নত্তন সন্‌দগ চাসিন্‌নন সেম্‌ব হৈবন অতাবগি /অপাবগি মফম্‌দ ফাওহন্‌নীংলিব অদু নুংদ সাফু কন্‌ন য়ৈহন্‌ব ঙম্‌মী। মাগি ইন্‌নব ইক্‌স্‌প্যরিয়েন্সকি ফিলিং য়াওন চপ্‌চাব বাহৈদ ওন্‌থোক্‌প ঙম্‌ব ফজব ঈসৈ অমনী—

লৈচীল্‌সু অতিয়া থাইনরে

(সুর ঃ হামোম নব)

ওইথোক্‌তব থৌদোক্‌ন মাগি মীৎমাঙ্‌দ থোক্‌লরবদ, পুম্‌নমক্ কীন্‌থব্রব, কাযখ্রব, তৌফম্ খঙ্‌দ্রব য়েংন য়েংন উদ্রব কনাগুম্‌ব অমগি বাখল্‌গি ফীভম্ যেক্‌পনী। থেংনরব বাহৈ ঙাক্‌তনী নৌরিবদী লৈচীল্‌গ অতিযাগ কায়নব, অয়ূক্‌ন অহিংদ সিন্‌নব হাযরিব সাফু কল্‌লব কম্‌পোজিসন্ অসীনী।

য়েংলগ নোক্‌লম্‌ব মায়থোংন
পিরাংগি ইপোম্‌দ তিল্‌হৌরে
নুংসিব থমোয়ন বাবদ
লীক্‌লান অহীংদ খিক্‌হৌরে।

হায়রিব খুৎফোঙ্‌দোক্ অসীন করম্‌ব মেন্তল্ স্তেত্‌নো হায়বদু সন্‌দোক্‌ন হায়নীংঙাই ওইহন্‌দে।

অসৈবগি **কেল্‌লব সম্‌জিগি** লৈরাং ১৯৭৮ দ ফোঙ্‌বনী। লাইবীক্‌কি মমীং থোল্‌লিব ঈসৈসী নত্তন অতৈদী ১৯৭৩/৭৪দ ইব ঙাক্‌তনী। আসা পুম্‌নমক্ কায়খ্রব, মায়থীরব পুন্‌সীনী হায়বসী য়ানীংদ, য়ানীংদ য়ারব, খাঙ্‌বগি পাংগল্ লোইখিদুন পোলোই অমগি য়েংলক্‌প মতম্‌দ ইখিব ঈসৈ /সৈরেংনী। ফজব কয়া য়াওরি। সম্‌নদ্রব পুক্‌নীং ইথিলবু রেকোরদ্ তৌহৌব সৈরেং মতেক্ কয়াসু য়াওরি। ফজহন্‌নবগি সীল্‌লূদ্রব অরাক্ অরাক্‌প বাখল্‌গি ফোতো ওইন তৌব, পুন্‌সী ফাওব

ফাগি তাববদ চেক্সিল্লুবগি করিবু কান্নরিব খন্দুন পংই ইখিব খরসু য়াওখিব মাল্লী। লাইরীক্কি মমিং থোল্লিব ১৯৭২ দ ইখিব ঈসৈ কেল্লব সম্জিগি লৈরাংনি— অসৈবগি পূক্নীং ইথিল্গ ইন্তিমেত্ বিলেসন্ লৈব অসেংব থৌদোক্ অমদ য়ুম্ফম্ ওইবনী হায় সৈসক্প নোংমাইথেম পাহারিন। বাহে ৩/৩ ন পবেং সাব, পবেং ৩/৩ ন ভেন্জা সেম্ব ফজব ময়েক্ অমনী।

লোইরব থমোয়ন য়েংহৌই
নুংঙাইব য়াওদন লেপ্হৌই

হায়বসিদ হায়নীংলিব পূম্নমক্ য়ৌন হায়ব ঙম্মী। মনিপুবগি মহৌসাগি খুৎসেম্গ, লৈবিব মীগ য়েল্হৌঙৈদগি লৈনবক্প মবীদ অহোংব লাক্প উবদ ফাওখিব নীঙম্দব সৈহেক্নী—

হৈবোক্ চীংসাং মমীং কাউরে
কৌব্রু চীংসু কাব তন্নরে
কান্চি লৈকোল্সু লৈহাও চেন্দরে
লোক্তাক্ ঈপাক্সু মসক্ নাইদরে। (সুব ঃ জযকুমাব)

যাম্ন অবথ চেন্ব, মগুন্ লৈব, ফজব ঈসৈনী। মমা লম্দম্গি ফজবসিং, মনাংন কাযথবক্পদ নিংদোন্ পোম্ন সৈথাব নুংহীক্নব ঈসৈনী। বাখল্ অমত্তনী, থমোয অমত্তনী খন্জবম্ব কনান থাজব পূম্নমক্কি বাংমদ লৈখিদুন সম্নফম্ লৈত্রব লম্বাগি মতোন্ অমমম্দ লেপ্লববদ চৈনাখোল্গ লোযনন সক্লক্ঈ—

নঙ্ন লৈনি ঐন মৈনি
নঙ্ন থমোয় ঐন মৈচাক্ (সুরঃ পাহাবি)

থাজব মাঙ্হল্লম্বী অমন সৈহৌ অমগি থোঙ্জীন্দ কান্সিন্খ্রবদ অসৈবন উবক্ঈ থাজবুবদুগি মোংফম। অদূগ হাযবি চীক্ন পো যাজবুবগে খন্দুন মোংফম্দ যাহীপ্ল ফাওবদ ওৎপ পেন্দ্রিবব অচীক্প থুগাইবিবদী ঃ

মোংফম্ অমগি নুংপাক্ থক্ত
ইরি নীঙম্দব বাহে কয়া
তপ্ন থাংঙু তাব বারে
খূজি মথোল্ তূম্ব কায়রে।

সাথীন ফজবব রোমান্তিক্ এক্সপ্রেসন্ অমনী। লম্দমসীগি সোসিয়েল্ অমদী

মোরেল্ ভেল্যুজ্দ হোংলক্প, সরকারগি থবক্ তৌদব মীদ মচা থাজনীংদব, ৱান বি. এ., এম্. এ. তম্জবুরগ সেল্, সংগ লৈত্রবদী থবক্ ফংদব আসা লৈরক্ত্রব সমাজ্সীগি মসক্ য়েক্প ঈসৈ কয়াসু য়াওরি। অদুবু মখোয়দু কম্পোজিসন্দ মরীক্ চুম্ন পুথোক্পদী ৱাংলী। হিংবগি আসা মাঙ্খিবদগি অসিববু চেৎন কোন্সিল্লকঈ। হিংব-সিবগি নুংগি ভাব্ত চঙ্সিল্লকঈ। অদুন অসৈবন ইরকঈ ঃ

মৈতান্ন ৱাখৈব মপোক্নি
অনক্প তোরবান্ন মোংফম্নি
সিবন পোলোইনি অরোইব
কাউবন লোইগনি মীওইব।

নুংঙাই-যাইফব, লায়ব-অনংব, সাগৈ-নাতৈ লোইনমক্ অরেম্বনী ওইদব ঙাক্তনী হায়ব খঙ্লকঈ, (অচাক্প মৈরীন ৱায়বদ, ল ঃ ৪০)। অদুদগি পেন্দন অমুক্ হায়রকঈ—

হুম্বীনু মালংব ঐহাক্কি মোংফমদ
তমবীনু হৌখিব অরোইব য়াহিপ্ত
খিক্পীনু ঈংলব ৱাক্চীংগি উন্খান।

অসুম্ন হিংলিংলক্ত্রব অসৈবন মহাক্ সিরব তুংদ কুদ হাপ্তুন পুঙ্ ঝান্ য়ৈদুন মোংফম্দ চৎপ ফাওবগি মাঙ্জৌনন ইরম্মী।

খন্দ কাব্যগি মওঙ্দ সৈরেং অমগি লাইরীক্নী— **মতম্ অমগি ৱারী** ১৯৭৬ ত ফোঙ্খি। মাত্রা ৮/৮ ন সাব, ৱাহৈ ৩/৩ গি পরেংনী। পরেং ৪/৪ গি খোঙ্চৎনী। ঈসৈ ওইন সক্প য়াব ফজব মতেক্ কয়া যাওরি। মদুগুম্ব খব লৌখৎলগ সক্খিবনী সনাতোন্গি **ঙরাং সাৎচবী লৈরাংন** (ল ঃ ৪৪) অন্তরা অমতং লৌখৎচবি—

মীগিদি পুন্সী লৈপুল্
মাগিদি কংলব লৈনা
থুংনব খুদোল্ন তিংখং
অচেৎপ ৱাসক্ন পিরাং।

খজীক্তন সাংলব ৱারী অম লীব ফজব মফোঙ্দোক্ অমনী। সনাতোন্ন সক্প অতোপ্প অমন —

**তম্থীব মপোক্ অসিদ**
**নুংঙাইগে খন্ন হিংলুব**
**অরোইব খোঙ্চৎ অমদ**
**মায়থীব ফংনে হল্লব। (ল ঃ ৪৫)**

ফজব, ৱাখল্ খল্হন্ব, ইনতেলেক্চুয়েল্ তেঙ্ত পীব ঙম্ব ঈসৈ ঙাক্তনী। জয়কুমারগি নোক্পদি তম্লে মপেন্দে (ল ঃ ৪৫/৪৬), সিব-হিংবগি ফোল্ তাদ্রব ৱাহংনী —

**হিংবন সিবদ হংলি**
**করিগি পুন্সি কেম্হন্ব**
**সিবন হিংবদ হংলি**
**করিগি অদুক্ হিংনিংব?**

স্যাম্ন, অরোইব খোঙ্চত্ত লৈরব অসৈবন মাগি চানবীদ অৱাব পাউ অমত্ত তম্নীংদে হাযবগি ৱারীবু লীরি —

**চানবী নঙ্গি নাপদ**
**অৱাব পাউসে তম্নীংদে**
**চম্লবী নঙ্গি থমোয়দ**
**অকন্ব চৈনাসে হাপ্নীংদে। (লঃ ৪৭)**

অরোইব অন্তরাগি ফজবদ্ অমুক্তং য়েংসী

**মেঙ্লব মেরাগি থাবল**
**ঐগি অসেংব থমোয়নি**
**ৱাক্চীংগি ঈংলব উনখা**
**ঐগি ফম্লব পিরাংনি।**

লাইবীক্সিদগি সৈরেং মতেক্ খর খন্গৎলগ সক্খিবনী। মায পার্ক্খি।

সৈসকপ খূদীংমক্ অসৈব সরত্ অবাম্বম্গি মফম্দ তৌবীমল্ উৎপনী। অদুবু মাগি হেন্ন চঙ্সিন্ব ৱাখল্লোন্ য়াওব ফজব ঈসৈ কয়া হৌজীকসু থৱায় হাপ্পিগদব ৱাথলি। সৈসকপ নোংমাইথেম্ পাহারিখক্তনদী মসীবু খঙ্ন চঙ্সিন্ব উই। মাগি ঈসৈসিংদ সীজিন্নরিব ৱাহৈ-ৱাতা, লৈচল্ সেম্বগি হৈ-সিং ব ফজব খূৎফোঙ্দোক্ অতৈদগি তোপ্ তোপ্প মওঙ্নী। সরত্ অরাম্বম্ তুংগি

সেবেংবসিংগি ফজব ঈসৈগি লময়ান্বনী। অসীগুম্ব অচৌব অসৈব অমগি খূৎইবু মতেক্ খবসিদ নৈনব ওইথোক্তে। মসীদী হৌদোক্পতনী খন্নব। লৈখিদ্রব অসৈব্বু ঈকাইখুম্নবগি সম্জিদ লৈ অমতং থেৎচনব থৌরাংনী।

**তানখিব লাইরীকসিং ঃ**

১/ ঐগী ঈশৈ, ১৯৭২, ফোঙ্ব ঃ সোরারেন্, কোংপাল্

২/ ১০০ শৈরেং, ১৯৭৩

৩/ কেল্লব সম্জিগি লৈরাংনি, ১৯৭৮, ফোঙ্বঃ মৌসতোবম্ পুন্যবতি, লিলাসিং খোংনাংখোং।

৪/ মতম্ অমগি ৱারী, ১৯৭৬

সবত্ অবাম্বমগি লাইবীক্সিংসী ফংহন্বীখিব মরূপ্ সবত্চান্দ থিয়াম্ অমদী ওজা পাহাবিবু তৌবীমল্ খঙ্ব উৎচবি।

---

ৱাবেং অসী Annamika Musial Association গি নীংসিং চেফোঙ- ১৯৯১ দ হাপ্প্রবনী।

# খ্বাইরাক্পম্ চাউবগি সৈরেং

**ৱাহৌদোক্ ঃ**

মীয়াম্ন কবি চাউব হায়রগ হেন্ন খঙনব খ্বাইরাক্পম্ চাউব অনৌব মনিপুরি সাহিত্য অম সেম্ব লাক্খিব লময়ান্বসিংগি মনুংদ অমনী। বাংলা লোল্ অমদী সাহিত্যন কুইন সুম্বিদুন তুমলুববগি তুংদ চহী চনীরোম্ লৈবগ মীৎকপ্ থোরক্পনী মনিপুরি সাহিত্য। মতোমত্ মীৎকপ্ থোক্চবক্প নত্তে, হৌদোক্পনী। চাউব অমদী মাগি মতম্গি লমযান্ব কবিসিং অসীন নুংসিরবী মমাবু হৌদোক্চবনী। অদুননী মখোয় খুদীংমক্কি থৌদাং যাম্খ্রিব, সক্লোন্ য়াম্খ্রিব। অনৌব মতম্গি মহে-মসিং ফংদ্রিঙৈদদী খঙ্লুদে নীঙাইদন লৈথোক্লুই। অদুবু তম্লুদুন খঙ্লুবব মখোয় খরদদী খেন্নবদু উরগ ৱাজখি, পেন্খিদে। মীরোল্ন ঈরোল সারুবন, মীগি মমান ঈমা ওইন উবুবন অসেংব মমা খিজরক্পদদী খঙ্লক্তুন, কপ্খিবনী মখোয় ওইরম্লিব ফীভমদুদ। অদুগ কন্ন হোৎনজখিবনী মখোয়ন, লেম্জনীঙাঈ ওইব

ফিদা অমতং ফংনব মীতে চনুন মমান্নবীসিংগি মরক্ত। মদুগি চাউশ্রব, মমল্ য়াম্লব খুদোল্ অদুগিনী ঐখোয়ন মখোয়গি ১০০ সুব মপোক্ কুম্ওন্ লাক্পদ ঈকাইখুম্নবগ লোয়নন ভক্তি উৎপগি থৌরম্ পাঙ্থোক্লিব। মতম্ অদুগি ফীবম্বু এলাংবম্ দীনমনিন অসূম্ন হায়—"*ইরোল লোনবা ইরৈবাক অসিদা মীরোলনা ফম্নেন কাখিদুনা মীতোপ্না য়ুম্বু শাখিবগী মতাংনি; ফিরিঙ্গী লমলৌদা ধর্ম লৌশিনখিদুনা সাহিত্যবু পুময়োৎ য়োৎশিনখরে। অঙকপনি, লৈবাক অমনী লান্না লৈশ্রবা বাঙ্গলা লোন্না মৈতে লৈবাক্তা থাদোক্কুনা অমুক চৎখিবগী বাখল থাদোক্কুনা খুন্দাররে। য়ুমদাংবনা কৈনাররে, অঙকপা ফলনি।*"(১) মনিপুরি সাহিত্যন মীৎকপ্ থোরক্প মতম্ অসীদ লময়ান্ব কবিসিং অসীন লৌখিব থৌদাং অসী বেংগোল্দ ইংলিস্ জেন্তল্লেন্ সাব, ইংলিস্ ঙাঙ্ব হৈবন লেম্নব, বাংলা লোন্বু মীবায়-বীবব মতম্দ মীৎকপ্ থোক্পগি ঈহৌ সাগৎখিব বংকিম্চন্দ্র বিদ্যাসাগরনচিংবগি থৌদাংগ চাংদম্নব য়াই। ব্রিতিস্ন সাসন্ তৌবদ নুংঙাইনব কেরানি খর পুথোক্নব পুবক্খিব মহৈ-মসিংগি থৌসীল্ অদুন ইংরাজি সাহিত্য অমদী কল্চরদ ঙাওহন্বগি মণ্ডৎত মমারোল্, মজাতিগি সাহিত্যবু নৌহৌন নীংসিংহন্দুন লোল্, সাহিত্য অমদী নাৎ চাওখৎনব হোৎনবগি অকন্ব ঈহৌ সাগৎনব ইথিল্ পীখি। অনৌব মনিপুবি সাহিত্য অম সেমগৎনব থোরক্খিব লময়ান্ব কবিসিং অসী খৃস্ত চহী ১৮৯১ দ মনিপুরন মসাগি নীংতম্ব ঙাক্চনব থেংনখিব অরোইব নীংতম্ লান্দ মায়থীদুন ব্রিতিস্ন মনিপুর লৌসিন্খ্রব তুংদ পোক্লক্খিব মীওই ঙাক্তনী। নৈনজরিব খ্বাইরাক্পম্ চাউব (১৮৯৬—১৯৫০), হিজম্ অঙাংহল্ (১৮৯২—১৯৪৩), হিজম্ ইরাবোত্ (১৮৯৬—১৯৫১), হ্বাইবম্ নবদ্বীপ্চন্দ্র (১৮৯৭-১৯৪৬), লমাবম্ কমল্ (১৮৯৯-১৯৩৪), অসাংবম্ মীনকেতন্ ( ১৯০৬-১৯৯৫) আরাম্বম্ দরেন্দ্রজিৎ (১৯০৭—১৯৪৪) নচিংব অসী। চাউরক্প মতম্দদী মনিপুরদ অনৌব মহৈ-মসিং তম্বগি মওঙ্ লাক্খ্রে। চাউব য়াওন মখোয় অযাম্ব বাংলা অমদী ইংরাজি সাহিত্য নীংথিন সক্খঙ্নরব ঙাক্তনী। অঙাংহল্তনী অতৈদগি তোঙান্ব। মরম্ অদুন মতম্দুদ বাংলা অমদী ইংরাজি সাহিত্যদ থেংনরিবসিং অদূ উরুরগ মনিপুরি সাহিত্যদ য়েংলক্পনী। অবাৎপ ময়াম্দু উরক্পদ লৈব য়াদদুন মান মান ঙম্ব, হৈনজব লম্দ চোংসিন্দুন হাথু হাথু হোৎনজরম্বনী খরদং ওইরবসু ফুগৎতুন তুংগি অফব লম্বী অম সেম্লম্নব। অদুন মখোয়দ মরৈবাক্ মজাতি অমদী মমারোল্বু নুংসিবগি গুন্

ৱাংন চেন্থি। অদুননী হিজম্ ইরাবোত্ন পুথোক্প ইহান্ হান্ব মীতৈলোন্গি চেফোঙ্ অদুগি মমীং মৈতৈ চনু থোন্খ্রিব। মমীং অসীমক্ লৌদুন দাঃ কমলন্ ইখ্রিব—

মতম কুইনগী তুংদ,
লেঙ্শিল্লকলে ইমা মৈতৈ চনু,
মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মনুংদা,
য়েন্দায় থম্না লৈহাপ্তুনা,
কৎলুসি ইমাগী খুয়াদা।

চহী-চা কয়াগি লিরব সাহিত্য লৈজরক্লব মনিপুরি লোল্বু চহী ২০০ রোম্ বাংলান সুম্খিবদগি ঈমারোল্ অসী সাহিত্যদ, সক্প-সোন্বদ সীজিন্নব য়াদব অমাংব লোল্ ওইন ঈন্থোক্খি। কবি চাউবন নৌন মীতৈলোল্ন ইব হৌগৎলক্প মতম্ অদুদদী অথিংব কন্ন লৈরি সমাজদ। মাইবন চবান থাদোক্পদত সীজিন্নব লোল্ ওইরি। মীতৈলোল্দ ইব কাঙ্বুবু অঙাওবনী, মতম্ মাঙ্নবনী খন্নখি। অদুত নত্তন মখোয়ন ইরিবদু অপোম্বদ সোলল্বদী ফগ্রনি হায়ন করেমন্ব মতম্নী। (২) অসুম্ন ঐখোয়গি লোল্ অসীদী হায়নীংব কয়া ফোঙ্দোকপ ঙম্দব, ৱাহৈ সুন লৈজদব লায়রব লোন্নী হায়ন কন্ন থাজনরম্মী। অদুবু অখঙ্ব কবি চাউবনদী মদুবু সীংনদূন হায়খি—

লাঈররবী ইরোম্নি
খংদবনা হায়বনি
মীতৈ কবি লাকখিনি।

ঙসিদী কবি চাউবন পাউখোংগুম্ন হায়রম্ব ৱাহৈসিং অসী চুম্লে হায়ব খঙ্নবত নত্তন মীতৈমচা খুদীংমক্কি চীন্বান্দ মনত্রগুম্ন সোন্নরি।

অনৌব সাহিত্যগি মচল্সিংঃ ৱারেং, সৈরেং, উপন্যাস, ৱারীমচা, মহাকাব্য, খন্দ কাব্যনচিংবসী ভারত্কি অয়াম্ব চাওখৎলব লোল্সিংগি সাহিত্যদ ত্রান্স্লেসন ওইন চঙ্লক্খিব ঙাক্তনী। মনিপুরি সাহিত্যন নৌন মীৎকপ্ থোরক্প মতম্দসু হন্দোক্পগি চৎনবী অসী লৈখি। অদুবু সাহিত্যগি মচল্সিং মুন্ন খঙ্লবসিংন মান মান পাম্জব হৈনজব লম্সিং খল্লগ মীতৈলোন্দ খুৎ থানরক্খি। অহান্ব ওইন মীতৈলোন্ন ইনব খুৎ থাখিব অয়িব তরেৎকি মনুংদ কবি চাউবসু অমনী হায়ন অসাংবম্ মীনকেতন্ন মোত্ পী। মখোয় তরেৎ অদুদী খ্বাইরাক্পম্ চাউব,

দাঃ কমল্, হিজম ইরাবোত্, চিংঙাখম্ ময়ুরধ্বজ্জ, পুখ্রম্বম্ পারিজাৎ,সোরোক্থাইবম্ ললিত্ অমদী অসাংবম্ মীনকেতন্নী। অতৈদী কোন্ন খুৎ থানরক্খিবনী। (৩)

কবি চাউবগি সক্লোন্ য়াম্মী। লময়ান্ব কবিনী, ৱারেং ইবদদী মনিপুরি ৱারেংগি অপোক্পনী হায়নরিবনী, ক্রিতিক্নী, উপন্যাসকারনী, ত্রান্স্লেতরনী, জরনেলিস্তনী, দ্রামাতিস্ত অমসুনী। মহাক্কি হেন্ন মপুং ফাব খুৎথাদী ৱারেংদনী। অদুবু সৈরেংগী লম্দ তাবস্ নত্তে। ৱারেং অসীদ চাউবগি সৈরেং ৩০ রোম লৌখৎলগ নৈনজরি। সৈরেংসিং অসী থাইনগী লৈরাং (সৈরেং ২০য়াওই), ছাত্রমচা (সৈরেং ৯ য়াওই, ৩ অমদী মমাঙ্গিসিদ য়াওখ্রবনী), মনিপুরি সৈরেং (মনিপুরি সাহিত্য পারিসদন ফোঙব) অমদী অতৈ ঢেফোঙ্ খরদগি লৌখৎচবনী।

**চাউবগি সৈরেং ঃ**

খ্বাইরাক্পাম্ চাউবগি লৌখৎচরিব সৈরেং খরসী কাঙ্লূপ্ অহুম থোক্ন খায়দোক্লগ নৈনজরি। অহান্বদ মমালৈবাক নুংসিবগী সৈরেং, অনীসুবদ পুন্সীবু সৈথাব সৈরেং অহুমসুবদ ব্যেলদ্সিং।

**(১) মমা লৈবাক্ নুংসিবগি সৈরেং ঃ** চীংলোন্ মাপল্ন পল্ সাবগ চীংমীন কোয়ন খুন্দাদুন ঙাক্লিব মহৌসাগি ফজবন থল্লব পুক্নীং হূরব মনিপুরবু কবিন থমোয় সেংন নুংসিজে। হৈরাং-লৈরাংগি ফজব, উচেক্সিংগি নুংসিব ঈসৈ, থরো-থম্বাল্ন লৈতেংলব পাৎসিং, অসংব ফৌনান জগোয় সারিব লৌবুক্সিং, অসংব চীংসাং, য়াচঙ্লকপদ সন্ধ্যাবতিগি খোন্জেল্ ময়াম্ অসীবু উবু তাবুরগ মরম্দম্গিদমক্ চাউথোকচৈ কবিন। অদুন সৈথারক্নঈ কবিন—

**পলেম শকপী ইমাও!**<br>**ফুরা দোলান্সু মিহৌদে**<br>**ফি’জেৎ চাকচাসু কল্লক্তে,**<br>**চীংনা কোইনা পঙ্খাবা**<br>**হাওনা কোইন পঙঙাকপা**<br>**লৈবাক অসিদা পোকচবা,**<br>**লৈবাক্ অসিদা শিজগে। (মৈতৈ লৈবাক)**

নুংদ ফাওরিব কবিগি অসেংব মপাউখোল্নী মমা লম্দম্বু নুংসিবগি। অসুম্ন নীংথিজরব মমা লম্দম্ অসীবু কনানসু খঙ্বীদন লৈব উবদ নুংনাংলদুন হায়রক্নঈঃ

নারক্কা শাৎপা লৈরাংনা
নমবিনবা য়াওদনা
অরেম্বদা কেনবগুম;
ইয়াইদা লোৎপা মনিনা
য়েংবিনবা লৈতনা
অরেম্বদা ঙানবগুম,
অরেম্বদা ঙাল্লম্মি,
অরেম্বদা শাৎলম্মি
খংবিনবা লৈতনা।
(মীতৈ কবি)

মহৌসাগি ফজব, অরিব সাহিত্যগি পুক্কৈ, লোল্ অসীগি নীংথিজব নীংথিন খঙ্খিব কবিন মীতৈলোল্ অসী মপুং ফাদে হায়নবদুবু সীংনরদুন অমুক্সু হায়ঃ

লাঈররবী ইরোম্নি
খংদবনা হায়বনি
মীতৈ কবি লাক্খিনি।
(মীতৈ কবি)

সৈরেং অসীদ কবিন মনিপুরগি মহৌসাগি নীংথিব সক্ফম্বু কবিগি মীৎফম্ন যেংজহৌ অদুগ খোৎচিল্হৌ হায়ন মচীন্ মনাউসিংদ হায়রি। অদুগ অচেৎপ থাজবগ লোয়নন হায়রি মপুগি থৌজাল্ ফংলব অসীগুম্ব লম্দম্সে কবিসিংগি পোক্ফম্নী। অদুন কবিগি অৱাৎপ লৈরোই মীতৈ কবি লাক্খিনী। ঙসিদী ৱাফম্সিং অসী তসেং তসেংন চুম্লবসু মতম্ অদুদদী চোইরোলগুম্ন লৌনরম্বনী। মহৌসাগি ফজবদ ঙাওজব রোমান্তিক্ কবি চাউবন থরো থম্ৱাল্ন থন্ন-হৌরিব, পোম্বী চেক্লান নুংসিব ঈসৈ সক্লিব, নামিব নুংসীৎকি সহুম্দ পাক্লব ঈপাক্কি লাইজন ঈথক্ ইপোম্ হৌরিব ফজরব দৃস্যদু লোক্তাক্ মপান্দ লেপ্লগ উজব ফংবদ পুক্নীংদ নুংঙাইবগি ঈথক্ হৌরক্তুন থমোয়বু থুম্হৎলক্লবদ কবিন সোল্লক্ঈঃ

কুইনা নিংলবা পুক্নিংগী অপাম্বা
ঙসিদি থুংজবা তারেদো।
হিথক্তা তোংদুনা ঈপাক্তা তৌবগুম্

নৌগী জগোইবু শাজগে।

নিংজবা থুংদুনা মিৎলুগী নাপোম্‌দা

তরংগী লাইজবু শিন্থগে।

মৈতৈগী ঈপাক্লি মাংদা ভাল্লিবা

ঐখোয়গী লোক্‌-তাক্‌ হায়বসে।

(লোক্তাক মপান্দা)

সিলোংদ, কলকত্তাদ লাইবীক্‌ তম্ব চৎলুবদ উরক্‌প ফজরব সহরগি ফুরা দলানদুদ কবিগি পুক্‌নীংন খোযদাবুদে। মাগি উনাগি খাংপোক্‌তুন খোয়দাজে। মবম্‌দম্‌দ হল্‌লক্‌পদ খঙ্‌নখ্রব পোম্‌বী চেক্‌লাসিংন তরাম-তবাম্‌ন ওক্‌পিবদু উবদ ওন্‌থোক্‌ন পেন্‌জৈ। নুংঙাইবগি ঈথক্‌ হৌবক্‌ঈ। অদুদগি হায়রক্‌ঈ —

কুইনা নিংলকপা, নুংশিবা লমদম্বু, মাং'সিদা মিথসিনা উজরে।

ঐহাক্কী তোল্লবা, উনাগী খাংপোক্লা, ঐহাক্কী ইমাংদা ভাম্লোইরে।

(মরৈবাক্‌ য়ৌবদা)

অসুম্‌ন মমা লমদম্‌ন অথোইবনী খন্‌জবিব কবিন অমুক্‌কসু পাউমেন্‌জৈ,

মিহৌজদে লনসু কল্লকউদে মিংচংশু

পাম্মুদেকো অবাংবা খুভম।

পীবিয়ু মফম লেঞ্জগে মতম

পলেমগী নুংশিবা তম্পাক্তা।

(নিজবোই ইমা অতোপ্পা অমা)

মনিপুবদ মপান্‌গি ধবম. লোন্‌, সাহিত্য অমদী কল্‌চব কয়া ফুজিল্‌লক্‌প মতম্‌দ মাগি সাহিত্য লোন্‌ অমদী নাৎতসু অকন্‌ব চৈথেং পীখি। মিপাইজব কনান লোইন মাঙ্‌খ্রদব হাযন রাজদুন থিংহৌনব লাউনরক্‌ঈ। অদুবু কবিন মদু মতম্‌গিনী থিংঙুব ঙম্‌লোই, থিংঙুবগি মহুৎত চেন্‌সিল্‌হল্‌লো অফবদু লৌরগ ফত্তবন হুন্‌দোক্‌সী হাযন ফোঙ্‌দোক্‌লি—

লাইবকচাউবা ঈশিংপা! থোইনদুম য়ানখায়রো।

চেল্লক্লিব ঈচেল অদু, ঈপাক্তদুম তিলহনগ্রো।

মতমগী ইরৈ অকনবা, কনানবু থিংঙুনি?

অরিবগী মহুত্তা অনৌবা, মহৌশাগী নিয়ন্নি।

**কিজেৎ ওল্লে শকথাক হোংলে, করি লৈরিবা?**
**থরা অদু থিংডুদুনা নঙগী করি কান্নবা?**
**(অক্ষবনা লৌগনি, ফত্তবনা তোক্কনি, করি ৱারুবা?)**

(নীংথায়রে)

সৈরেং অসীগি অরোইব পরেং অনীদ চীন্বুং ঈসৈ ফজব অম চানন পুসিল্লক্তুন হাপ্লিঃ

**নোংও চুরো, লাংজিং মতোল থুন্নথলো।**
**পাৎশোই নুরাবী চেক্থলো, হনুবা হনুবী তাউথরো।**

মসীন সৈরেংগি মগুন্ হেন্গৎহল্লী। নীংথায়রে হায়রিব সৈরেং অসী য়াম্ন ফজব সাফু কন্ব সৈরেং অমনী।

পূক্নীং থুম্হৎন ফজব কয়া উরদূনস্ সৈথাজনিংব কয়া অমন থমোয়নুংদ ওম্দুন লৈরবস্ মদুবু থৱায় হাপ্তুন পুথোরক্নব ফজব ৱাহৈ, চানব লৈচল্ ফংদ্রবদী কবিদ অৱাবগি মসক্নী। অদূন ফোঙ্দোরকঈ নুংনাংবদু, চঙ্জরদূন মমাগি মফম্দঃ

**খোংদ্রে ইমা ঐগী বীনাসে,/ঐগী অচন্বা খুৎখৎসিদদি।/**
**থোক্রেনে অচন্বা ভাটিয়াল/ইশানা পামজবা ঙসিদি/**
**পীবীয়ুবা ইমা অসেংবা মিজরাব/খচচগে থম্মোইগী**
**তারাদা!/থোক্সনু নামিবা মলয়া/তাজগে নাকোংসী পেন্না।**

(খোংদ্রে ইমা ঐগী বীনাসে)

**(২) পুন্সীবু সৈথাব সৈরেং ঃ** কবি চাউব পীক্ন পন্থৌ কায়নখি। মচীন্ মনাউ নীপালগি ঈতোন্, তোন্বনী। মথক্ত মচে অম লৈহৌরগ ময়াম্ব তৱুক্তী মনুং মতম্ চাদন লাইচৎ অমদ পুন্সী লোম্খি। থৌদোক্সিং অসীন মঙোন্দ অৱাবগি অকন্ব চৈথেং অম সোয়দন ফংফম্ থোক্ঈ। অদূন Thomas Gray গি Elegy Written in a country Church-yard হায়বসীবু **অৱাব ঈশৈ** হায়ন হন্দোক্খি। হন্দোক্প হায়বসীমক্তবু পাম্জরুবদগিনী। চপ্চান হন্দোক্প নত্তে। নুংগি ভাব্ লৌরগ মসাগি লোন্দ মীতৈগি লৈহাউগ চানন ইথোক্পনী। স্তেন্জা ৩২ য়াওব পরেং ১২৮ গি সৈরেংদু মহাক্ন তংথায় অমরোম্গি চাংদ ইবনী। মোংফম্দ য়াতাথ্রব, অসিবগিদমক্ ৱাবনী। সৈরেং অসীন চাউবদ অকন্ব

ইথিল্ পীখি হায়বসী মাগী অতে সৈরেং কয়াদ ম সীগি মমি অকসীন উৎলী। সৈরেং-সিদ য়াওরিব —লাইজ ঈপাক্ নুংদুদা,/ লোৎতুনা লৈবা মনিগুম/ শোংলবা নারক্ মনুংদা,/ লোল্লা শাংপা লৈরাংগুম্,/উবিনবা য়াওদনা,/খংবিননবা লৈতনা,/অরেম্বদা মাংখরে,/'মতম' ঈপাক্তা তিনদুনা— অসীগ বাখল্দ মান্নব সৈরেং কয়া থেংনৈ। ফজববু উরবস্ নাঈতোম্ সাৎপ লৈরাংবু উরুরবসু অবাব ফাওবি। সিরগ লোইখিনি, অরেমব্দ কেম্‌খিনি খন্বদ বাজে। অদুন লোইবী চীংগি নাপোম্দ পামেল্ ফৈরাথক্ত মেলৈ লৈস্না নুংজুম্পান্ন লৈকা ফন্ন সাৎপ উরগ হায়রকঈ—

**চিন্নাইদবী মরুপলোই**
**পামেল ফৈরাথক্তুদা**
**পৎতুনা পুমদুনা মাংখিবা**
**ঐদি খনবা ঙম্জরোই।**

(চীংগী লৈরাং অমদা)

অদুগ অমুক্স্ কবিগি পুক্নীংগি বাদ্ লৈন খুম্হল্লি— **কাগনি হায়বসু কল্লক্কে,/তাগনি হায়বসু বারুদে;/পুন্সিগী পুংজা খুদিংদা/মপুগী য়াথং ঙাক্কনি।** কন্নামতন উবিদ্রবস্ লৈ অমগি মথৌদী সাৎপনী। অদুন মহৈগি খল্লুদন ঈসা ঈসাগি সিন্থা পাঙ্থোক্পন মপুগি য়াথং ইন্বনী হায়বগি থাজবদ্ উৎপ সৈরেংনী। অসুম্ন **থম্বাল উবদা** কবিন অমুক্ক হায়রকঈ—

**থম্বাল কৌবী লৈনুংশি**
**ঐখোইস্ নখোইগুম্বনি**
**তাইবং ঈপাক্ থক্সিদ**
**কেম্ননব শাৎপনি।**

মেঙ্লব **মেরাগী থাবল্** ন ফজবগি ইপোম্ হৌরবদ মগুন্ হেলহল্লক্ঈ নোংঈন্ন, তূমীন্ন লোৎতুন লৈব ঙম্লক্তে থরোস্ লৈকা ফন্ন সাৎকাইরক্ঈ। ফজবসিংসী উরুরগ সিবগি অমুক্ খল্লক্তুন হায়রকঈ —

**পংনা পানবা তাইবংনি**
**ঐখোইস্ নখোইগুম্বনি**
**শিবা ঙাইনবা হিংবনি।**

চীংদ সাৎপ **ইঙেল** লৈ উরুবদস্ হায়—

নংনো কেন্নবা শাংপগুম্
ঐখোইসু থুনা শিনবা
ঙাইবনি।

উবুরবদ ৱাক্‌চীংগী লৈরাং অমুক্‌কসু হায়রক্নি —

হেক্‌পিনবা লৈতনা নম্বিনব য়াওদনা,
চীক্লবা লৈকোন্‌নুংসিদা,
পত্তুনা পুম্‌দুনা মাংখিবা,
লৈরাং য়েংব ঙমজরোই।

অসুম্‌ন লৈরাংদ অমদী মরুপ কাঙ্গনবা হায়ব সৈরেংসিং অসীদসু চপ্ মান্নব সুবন ফোঙ্‌দোক্‌লি। সিবগি অৱাবসী হন্‌জিন্ হন্‌জিন্ হায়মন্‌দুন তন্থব পোক্‌প, অমগ অমগ ইমান্ মান্নরক্তুন সৈরেংগি মগুন্ হন্থহন্ব থোক্তব নত্তে। মিস্‌তিক্ অমগি মীৎয়েংদ হাইফেৎতী চঙ্‌সিল্লগ মপুং ফান চঙ্‌সিন্‌বদী ঙম্‌দে।

লৌউবা হায়রিব সৈরেংদ অচম্ব লৌমী অমগি পুন্‌সী য়েক্নি। ৱান সুবুরগ ফৌনাগি জগোযদ নুংঙাইজব, মীঙোন্‌দগিসু পুবুদব মঙোন্‌দগিসু পুথোক্‌উদব লৈজব খবদুদ পেন্‌জব, মসাগি মথৌদ পুক্নীং চঙ্‌বদু ইচম চম্‌ন উৎপনী। মীওইবা হাযবসিদসু লন্ থুম্‌গি মিহৌরুদন তৌগদব মথৌ তৌ হায়ন ফোঙ্‌দোক্‌লি। অঙাংগি তম্‌ননব ইখিবন সৈরেংগি ক্রাফ্‌ত চেক্‌সিন্‌দে। তাম্না অমদী তাম্নানা খোংবা তাবদা হাযরিব সৈবেংসিং অসীদ তাম্‌নাগি নুংসিব খোন্‌জেল্ তাবগ মপুগি গুন্ সোন্‌জদুন নুংঙাইব ফংলবনী খন্‌দুন পেন্‌জবদু সৈথারি। চাউবগি পি-থাদোই ফজব সৈরেং অমনী। তাইবংদ ফংহৌদ্রব থাদোই মসুং লাংগি খোইরেন্‌তাক্ত পুন্‌সী লোম্‌খ্রব নোংবান্‌গি থৱায়ন পি-থাদোই কৌব চেক্‌লা ওন্‌খ্রগ মাগি কায়নখ্রবী থাদোইবু মফম্ খুদীংদ কোয়ন থিরি হায়ন কবিন সাগৎলিবসী মীতৈগি ফুংগা ৱারীদ য়ুম্‌ফম্ ওইবনী। তাইবংদ থোইবীন লোই কারক্‌পদ ঈতৈ হায়ন মিংগৌদুন কুম্‌বি তেরা-খাদ নোংবান্‌বু তাৎ তৌদুন হরাওহল্লম্‌লগ খুমন্ নোংয়াইগি মকাদ য়ৌখিবনী। মদু ফাওবদসু নোংবান্‌ন থোইবীবু নুংসিবদী মাঙ্‌দে, সিরব ফাওব উচেক্ ওন্‌দুন পাইরক্‌লগ থাদোই থাদোই কৌদুন থিরি হায়বসী য়াম্‌ন অৱাংব থাক্‌কি নুংসিবগি খুদম্‌নী। থোইবীন খম্‌ববু নুংসি হায়বসু নোংবান্‌ন খঙ্‌ঙী। নুংসি চাংয়েংদ থোইবীন খম্‌ববু তেংবাংঙী হায়বসু খঙ্‌ঙী। অদুবু মাগি থাদোইবু

নুংসিজবদুদী ময়েং তাব লৈখিদে। মান ফন নুংসিজদুনসু থাদোইনদী নুংসিবীদে, ময়াম্নসু মাবু করেম্নবী। মসীবু খঙ্ব কবিন থম্বগি থবায়ন ওল্হন্বগি মহৎত নোংবান্গি থবায়ন পি-থাদোই ওল্হল্লিবসী অসেংব নুংসিব থিরক্পদ সাগৎতুন লৈখ্রব বারীবু সীংনরক্পনী। অদুগ ওইজব থাদোকলব, কৎথোকলব নুংসিবগিদমক্ বাজরিব প্রেমিক্ অম সাগৎতুন "বিশ্ব-প্রেম্" সন্দোক্প প্রকৃতিগি দুত্ ওইন পুখৎলক্পনী। চাউবগি মপূংফাব ফজব সৈরেং অমনী।

(৩) ব্যেলদ্সিং ঃ চাউবগি থাইনগী লৈরাং দ ব্যেলদ্ ৬ য়াওঈ। ৪ অমন মনিপুরগি লিজন্দ অমদী মিথ্সিংদ য়ুমফম ওইরগ ইবনী- অদুগ ২ অমন রামায়ন্, মহাভারত্তগি মতাং অমমম্ হন্দোক্পনী। মসিদ চাউবগি মসক্ অনী উব ফংঙী। অমন থায়নগি লৈরাং অমন্ব মল্ল মল্ল লৈনুংসি ওইদুন লৈরব তাবুনুংগি চোল্লব পূক্কৈ দগি মূৎনাইদন লৈরব বারীসিংবু অমমম্ত চিংথোরক্তুন অনৌব সাহিত্যদ হিংহন্নব হোৎনরিব, অরিব ভেল্যুগি ফজবসিং উৎননব হোৎনরিব চাউব। অতোপ্প অমন বৈষ্ণব অমগি ভক্তিদ লূপ্চরিব চাউব। অনী অসীন পুন্সিল্লগ অমুক্ চাউববু ত্রেদিসনেল পোইত্ অম ওইন চোংথোক্হল্লী। মসীগি পাম্জব অদূসু লাইরীক্ অসীগি মকোক্ত মুন্ন পাবীগদব ওই হায়ন থম্লিব পেনাগি ঈসৈ, লাই হরাউবগি ঈসৈ, থাবল্ চোংবগি ঈসৈ, অমদী অতৈ খুনুং ঈসৈ মতেক্সিং অসিদগি খঙ্ব ঙম্মী।

**লোইকাবা** হায়রিব ব্যেলদ অসী পরেং ৩২৫ ন সাব খ্বাইদগি সাংব চাউবগি সৈরেংনী। লীরীব বারীন থোইবীন কবোদ লোই কুম্বগি মতম্ লোইরদুন কারক্পগি মতাঙ্নী। পেনা সক্প ওজাসিং অমদী খোংজোম্ পরব সক্প ওজাসিংন তোয়ন সক্প থোইবীন নোংবান্গি মখূত্তগি নান্থোক্তুন খূমন্ ময়ুম্ য়ৌখিবগি নুংঙাইরব মতাংনী। ভারত্কি নূপীসিংদ পাংগন্ সোন্বীনী, লৌসিং চাউদবীনী হায়দুন নূপীবু হন্থব থাক্ত থম্বগি মায়োক্ত মীতৈ নূপীদী থৌনা ফৈ, লৌসিং চাউই, তাল্লিব পন্থুংদু য়ৌনব হোৎনবদ পাইরক্কি লৌসিং কয়া সীজিন্নব ঙম্মী, মসাবু নান্থোক্চনবগিদমক্ তাৎ তৌবসু নীংথিজন হৈ হায়বসী লোই কারক্লিব থোইবীদ পূন্ন য়াওবি। নান্থোক্প য়ারোইদৌরি খঙ্লবদ ঈতৈ হায়ন মিংগৌদুন নোংবান্গি পুক্নীং পেৎথহল্লগ কবোরাইগি তাৎন নোংবানগি সাদোং ওইরিব সগোল্দু পুখিনব থোইবীন সীল্লক্পদু করম্ন লৌসিং চাউদে হায়গনী।

সগোল্দু খর থৌ অমুক্ হন্ তৌদুন চৎলোইদব সারগ নান্থোক্খিবদু হৌজিক্ ফাওব তম্জনীঙাই ওইরিব থৌনা ফবগি ৱারীনী। গুন্ অসী চেল্হন্নিংবদগি হৌরক্লিব নীঙোলসিংদ চাউবন মতাংসী লৌখৎতুন ইখিব ওইরম্বসু য়াই। মসিদ নিংথৌ মতম্গি চৎনবী, হৌনলোনচৎ কয়া য়াওরি। ***ক্লাক্তাগী নুংসিৎ নামিবা/নুরাবু মৌগী শীংদ চলহল্লি***— হায়বসিদ সম্গি লৈতেংন মৌগ লৈসাবীগ লায়ন খায়দোকপ ঙম্বগি চৎনবী লৈরম্মী হায়বসী তাক্ঈ। লৈসাবীন সম্লাং কোয়কক্নব, মৌন সম্ খোমগৎতুন পুন্বগি চৎনবীদু নীংসিংহল্লী। ৱারী খুৎলীদ অঙাংহল্গুম্ন নুংঙাইহন্বদী ঙম্দে। সৈরেংগি অরোইবদ মিকোন্ থাগোন্বগি— ***হে থবাই মভামক,/মিগা থানা অরুকমক;/...থবাই ঐনা য়ানিংদে*** — হায়বসী পুসিল্লকতুন নোংবানবু য়ানীংদব, থোইবীগি পুক্নীং খঙ্হল্লিবসী ফজে। অসুম্ন *ইঙেল লৈ* দসু লাই হরাউব জগোয়দ সক্প— ***চীংদা শাৎপা ইঙেল লৈ/চিননদনা কেনখিবা/কল্লকই*** ....হায়ব পরেংসিংন হৌদুন সৈরেংগি মগুন্ হেনগৎহল্লী, গরিবনিৱাজ নিংথৌন লৈখিদবদ মমান তেংথাখিবগি ৱারীবুসু নীংসিংহল্লী। চীংগী লৈরাং অমদা য়াওরিব—***থাইনগি লৈরাং অমন্ব,/মল্ল মল্ল লৈনুংশি,/লৈরাংবিনবা লৈতবনা,/লৈম নিংথৌ য়ৌদ্রে***—হায়বসিদ চীংদ সাৎপ নীংথিজরব উরৈসিং অসী মহৌসাদগি সাৎলক্লবনী, নিংথৌন সীন্ব লৈ-লাংব হাযব থৌরম্সিদ ফজব লৈসিংবু লৈম নিংথৌদ কৎপগি ফজরব চৎনবী অম লৈরম্মী হায়বদুসু নীংসিংহল্লী। অসুমন অরিব ৱারী কয়া, চৎনবী কয়া মতম্ পূম্বগি ওইন চাউবন ঐখোয়দ নীংসিংহন্দুন থম্লি।

**তোনু লাইহিজিংলেম্বী** দদী মসাবী থাংজহন্ব কায়নবদ নুরা তোনুন ৱাজখিবগি ৱারীদু ঈচম্ চম্ন লীবনী। **ফৌওইবী লাইরেম্মা** দন চঙ্জরক্প মীবু তথি তথিন তৌফদে, ঐগি ঙাক্ত থন্ফদে হায়বগি পাউজেল্গ লোয়নন পূক্চেল্ সেংব খূমন্ মনি মমা মচান পোলোইদ নুংঙাইখিবগি ৱাবীবু ঐখোয় কাউহন্দন থম্নব হোৎনৈ।

বৈস্নব চাউবগি ভক্তি— **শামুফাবা, একলব্য অমদী শক্তিশেলনা পান্দুনা লক্ষন তুরবদা শ্রীরাম্না তেংথাবা** হায়ব সৈরেং অহুম্সিদ ময়েক্ সেংন উব ফংঙী। ভাগ্যচন্দ্রন তেখাওগি অঙাওব সামু ফাবগি ৱারীসী য়াম্ন পাম্ন মীতৈ বৈস্নব্সিংন তানৈ। খোংজোম্ পরব সক্প হৈব ওজান সক্লবদী অমুক্ক হেন্ন নুংঙাইহল্লী। চাউবন মাগি সৈরেংসিদ উৎনীংলিবদী ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌন শ্রীগোবিন্দদ লৈজব

অসেংব ভক্তি অদুন মবুঙোগি থমোয় জোই তৌখিদুন শ্রীগোবিন্দ মসামক্ন স্বয়ং ওইন চোংথোরক্লগ মনাইগি অবাবদগি কন্বীথি হায়বসীনী। অদুগা নিংথৌ হায়বসী পাখংবগি মচা মসুনী, লাইগি বংসনী হায়বগি থাজনবদুসু নীংসিংহল্লী। **একলব্য** দন পুক্নীংন চপ্ য়ুংন নীংদুন অসেংব ভক্তি লৈজব ঙম্লবদী গুরুদ মদুগি মহৈ চাউন ফংঙী লেম্ন মাঙ্দে হায়বসী উৎপগ লোয়নন অবাংব ভক্তিন অবাংব কৎথোক্পগি গুন্ চেলহন্ব ঙম্মী অমদী মদুন মপু মাবুসু পেল্হন্ব ঙম্মী হায়বগি থাজব ফোঙ্দোক্লি। চাউবন **একলব্য** বু হন্দোক্নব খল্লুরিবসী মসামক্ কনামতগি মতেং ফংদন মসা মতোম্ত মী ওইনব হোৎনজরক্পদুন মহাক্ মসাবু একলব্য অম ওইন খন্জরুবগি অপাম্বদগিসু ওইরম্ব য়াই। সমাজদ্ একলব্য য়াম্ন লৈ। মখোয় খুদীংদ পুক্নীং সোন্থদন অকন্ব ব্রিল্গ লোয়নন মসিন্দ পুক্নীং চঙঙু হায়বগি পাউজেল্ অম চাউবন পীনীংব মাল্লী। **শক্তিশেলনা পান্দুন লক্ষন তুরবদা শ্রীরামনা** তেংথাবা হায়ব সৈরেংসীদদী মনাউন ময়াম্বদ লৈব ভক্তি, ময়ামব্ন মনাউদ লৈব থাজব অমদী নুংসিব মচীন্-মনাউগি ফজখ্রব মরী অসীবু পাম্জবদু উৎলী। নোংম নোংমগি কোম্থোরক্লিব মচীন-মনাউগি মরীসীবু চেৎসিল্হন্-নীংদুন চাউবন রামায়ন্গি মতাং অসী হন্দোক্খিব ওইরম্ব য়াই। চাউবন ভক্ত ওইমন্খিদুন সোয়বদী **লোইকাব** দনী।পান্দব্কি তালোয় দ্রৌপদীবু সত্য চাংয়েংদ কন্বীখিবগি ৱারীদু মনিপুরদ হিন্দু ধরম চঙ্লক্ত্রিঙৈ আঃ মমাঙ্গি থোইবীদ তাহল্লী। মদুবু সোল্লদুন মাবু কনবিয়ু হায়ন থাংজিংদ খুন্নুম্হল্লী। তান্না সৈরেংদ তাম্নাগি নুংসিব খোন্জেল্বু কৃস্নগি বাসিগ চাংদম্নব, মাগী সুম্হৎপ খোন্জেল্দ ঙাওরব কবিন বৃন্দাবন্গি ব্রজগোপিসিংগ চাংদম্নবদু বৈস্নব্ অমগি থমোয়দ ফাওরক্প ফজরব ভক্তিগি খুদম্নী।

**রিয়েলিস্তিক্ ওইব সৈবেং খর** ঃ চাউবগি চেফোঙ্দ চোইন ফোঙ্খিবসিংগি মরক্তগি ৩ খক্তী রিয়েলিস্তিক ওইন ইরম্ব থেংনৈ। **বাবুগী দশা, হৌজিক করম্ তৌবা ?** অমদী **নীংখায়রে** হায়রিব ৩ অসী রিয়েলিস্তিক্ ওইব সৈরেংসিংনী। **নীংখায়রে** হায়রিবসীদী মথক্ত নৈনজখ্রে। **বাবুগী দশা** দ তোলোপ্ চাব বাবু অমন থাগি তোলোপ্ য়ৌদ্রিঙৈদ সোৎতুন চাসিন্ব, অঙাংগি, ইমুংগি নুপীগী, ইমুং মনুংগি সীন্বদ কোন্নদদুন তোলোব্ ফংলক্পগ অমুক্ সোৎচিন্ব তারক্পগি দসা অদু য়েক্পনী। **হৌজিক করম্ তৌব ?** হায়বসীদদী **লান্** মতুংগি মনিপুর সমাজগি

ফীভম্ মনুং হুন্‌জিন্‌ন উবুরগ ওইরক্লিব মওঙ্দুদ করেম্‌নদুন ইবনী। মতম্গি অনৌব ফিজেৎ চাক্চা, পুন্সী মরেল্‌দ হৈনবুরগ লান্ মতুংদদী সেল্ থুম্গি ফী ভম্ সোক্চিল্লক্তুন মহাম্-তাহৌবগি দৃস্য য়েক্‌পনী। গারী তোংব, কেপ্স্তেন্ থক্‌প, য়ু থক্‌প, থিকা তৌব, ইন্‌জিনিয়র ওইবুব, কারবার তৌবুব পুম্‌নমক্ হৈনবুবগ মমৈদ জীরো তারক্পদ কবিন করেম্‌নন হংলক্‌পনী—*লানসু লোইরে ঐখোয়সু লোইরে, হৌজিক করম তৌব?* ফজব সৈরেং অমনী। চাউবগি মতম্সী মনিপুরন নীংতম্‌ব মাঙ্খিবগি অরিব ভেল্যুগ অনৌব ভেল্যুগ মুক্খাযনবগি, অনীসুব লান্‌জাউ থেংনখিবগি সমাজ্‌দ চরাঙ্‌নব কন্‌ন থোক্খিব মতম্‌নী। অদুবু হিজম্ ইরাবোত্ নত্তন অতৈদী মঙ্লানগি তাইবং অমদ তাউদুন লৈখ্রিবসী মনিপুরি সাহিত্যদ অঙক্প ৱাহং অমনী। হিজম্ অঙাংহল্সু চাউবগুম্‌ন সৈরেং মচা অম’নী বিযেলিস্তিক্ ওইন ইরম্‌ব থেংনৈ। অদুবু মখোয়গি মপূং ওইব পোৎথোক্তদী যাওদবনীন সৈবেং অম অনী চোইন ফোঙ্লম্‌বসীন মখোযবু মোদরন্ পোইত অমগি ফম্ফম্‌দ ফম্হন্‌বদী ৱান থোক্‌ঈ। হিজম্ ইরাবোত্‌তী অনৌব মনিপুবি সৈবেংগ লম্যান্‌বনী হাযবদ চিংননীঙাই লৈত্রে। মরম্‌দী মাগি ইমাগী পূজা ন প্রমান্ তৌবে।

**মপানগি সাহিত্যগি ইথিল্** ঃ চাউবগি বাবেংদ ৱাংলা সাহিত্যগি মমি কন্‌ন লৈই, মবু ওইন কালিপ্রসন্ন ঘোস্, রামেন্দ্র সুন্দর ত্রিবেদি, বংকিম্‌চন্দ্র অমদী রবীন্দ্রনাথ্কি মমি তাই হায়বসী পুথোক্‌নরক্লে। মসী মহাক্‌ন ৱাখল্, ফিদম্ নচিংব লাইরীক্কি ৱাহৌদোক্তসু ফোঙ্দোক্লম্মী। (৪) অদুবু চাউবগি সৈবেংদ মমি তাবিব অকন্‌ব ইথিল্ পীখিবদী ইংরাজি কবিসিংগি সৈবেংনী। Thomas Gray গি Elegy Written in a Country Church-Yard হায়বসী চাউবন অৱাবা ঈশৈ হায়ন হন্‌দোক্লুই অমদী মসীন মাগি সৈরেং অয়াম্‌বদ মমি তাসিন্‌খ্রে হায়বসী মথক্ত পন্‌জখ্রে। য়াম্‌ন মান্‌নব মতেক্ অমতং যেংসী—

Full many a gem of purest ray serene
The dark unfathom'd caves of Ocean bear·
Full many a flower is born to blush unseen,
And Waste its sweetness on the derset air.

গ্রেগি সৈরেংগি ১৪ সুব ভেন্‌জানী। মসীগ চাউবগি

**নারক্তা শাৎপা লৈরাংনা**

নমবিনবা য়াওদনা

অরেম্বদা কেনবগুম;

ইয়াইদা লোৎপা মনিনা

য়েংবীনবা লৈতনা

অরেম্বদা ভানবগুম।

হায়রিব মীতৈ কবি গি অহৌব পরেং খরসীগ য়াম্ন মান্নৈ। Robert Herrick কি TO DAFFODILS ক ইঙেল্ লৈগ মান্নব অমুক য়েংসী—

Stay, Stay

Until the hasting day

Has run

But to the evensong;

চীংদা শাৎপা ঈঙেন লৈ

নুমিৎনা খাদা লৈদরি

ভাইখোও।

........... .......... ......

We have short time to stay as you

We have as shrot a Spring;

As quick a growth to meet Decay, (৬)

নংনা কেন্নবা শাৎপগুম,

ঐখোয়ইসু থুন শিনবা ভাইবনি।

হেবীক্কি সৈরেং অসীগি মমি থম্বাল্ উবদা অমদী মেরাগী থাবল্ দস্ নীংথিজন তাই।

পি বি. সেলিগি TO A SKYLARK ক চাউবগি তাম্না গ মান্নব অমুক্ য়েংসী—

Teach me half the gladness

That thy brain must know,

Such harmonious madness

From my lips would flow

The world would listen then - as I am listening now (৭)

বাখন্ন ফংদ্রবা নংগী নুংঙাইবা

মরীক' মতং ফংবদা

চেক্লা নংগী নতৌগুম্

তাইবং শুম্মৎপা ঙমজনি।

সেলিগি সৈরেংসীগি মমি পি-থাদোই দসু তাই।

ঐখোয়সু নঙগী নতৌগুম্না/থাদোইগী মরীক্'মতং নুংশিবা,

ফাওরম্নবদিকো চেক্লা।/মালেম্ খুংনা কোয়দুনা/ . . .

কৌরম্গনি পেম্ন পেম্ন /. . .

হায়রিবসিদ ফোঙ্দোক্লিবসী মান্নব মওঙ্নী। Willam Blake কি Auguries of Innocence ত যাওরিব —

The owl that calls upon the night

Speaks the unbeliever's fright (৮)

অসীগ চাউবগি মেরাগী থাবল দ যাওবিব—

পাপপু চেনবা কনানা

মকুগুম্ব খরনা

খোইরাং খোইশাওনবনি।

হায়বসীগ মান্নব উব ফংঙী। মসী অহিংদা কোইবা দসু মান্নব মওঙদ যাওরি। Alexander Pope কি TWO EXTRACTS FROM" ESSAY ON MAN" গ চাউবগি মীওইব অমদী শিবা হাযবিব সৈবেংগ ভাব্ অমদী ফোঙ্দোকপগি বাহৈ-বাতাদ মান্নব যাম্ন থেংনৈ। WORDSWORTH কি THE "LUCY" POEMS গি She dwelt among the untrodden ways গ বাকচীংগী লৈরাং গসু খুৎফোঙ্দোক্ত য়াম্ন নক্ন মাননব যাওবি।

অসুম্ন চাউবগি সৈবেংদ ইংলিস্ কবি কর্যাগি নাম তাব থেংনৈ। মসীন চাউববু মগুন্ হন্থহন্বদী নত্তে। পামজব মওঙ্ খর চঙ্শিবনী। চাউবগি সৈবেংদী মনিপুবগি মহৌসাগি ফজব অমদী অরিব সাহিত্যগি মচল্সিংদ চেৎন য়ুম্ফম্ ওইবগ সাগৎপ সৈরেংসিংনী। মপান্গি সাহিত্য নৈনরুব, খঙ্লুবনীন পাম্জন থোক্খিব খরগি ইথিল্ চংখিব হায়বসী হৌনসানী। লাইবিক্ ইহৈ হৈহৌদবনীন মপান্গি সাহিত্য সম্নপুদব

অঙাংহল্দদী কনামতগি ইথিল্ চঙ্খিদে। অদুন লোংজম্ জয়চন্দ্রন অঙাংহল্বু মপাল্গি লাইরীক্-লাইসুগি মঙাল্ ফংখিদবগি অচৌব বোর অম ফংখিব, মপান্গি ইথিল্ন নৈসিন্দন সেংন য়োক্খিব মীতৈ কবি অমনী হায়ন সীংথাই। (৯) কমল্সু অতোপ্প সাহিত্যগি মমি তাবদগি নান্থোক্প ঙম্দে।

**ৱারোই ঃ** কবি চাউবগি সৈরেং পুম্নমক্ত সন্দ নাইন ইব থেংনৈ। মাত্রাদদী মনীং খর তম্হল্লী চপ্চান কক্তুন ইদে। মাত্রা ৭, ৮ অমদী ৯ ন সাব পরেংবু মহাক্ন হৈনন ইব থেংনৈ। মহাক্কি লোল্ কমল্প্সিুম্ন থোৎ নৌব ৱাৎলী। অদুবু খুৎমাব কবি, অয়িব অম ওইন মতম্দুদ বাংলা, সংস্কৃত্ন হারব সমাজ্দুদ চাংয়েংগ্নম্ন মীতৈলোন্দ ইব হৌখিবগ হায়রুরবদী অতোপ্প লোন্ ঈয়াও য়াওহন্দন মীতৈলোন্দ সেংন ইরম্মী। মসীমক্ মাগি চাউরব গুন্ অমনী। চাউব, কমল্, অঙাংহল্ মনিপুরি সাহিত্য লৈকোল্দ হৈ সিংলব মালি ঙাক্তনী। যুগ্ পুব খুৎমাব কবি অহুম্নী। মখোয়গি হোৎনজমল্ন মফম্ চাউন লৈখ্রব ঙাক্তনী। চাউবগি সৈরেং মনিপুররি সাহিত্য সেম্গৎপদ য়াওখ্রব মুৎপ নাইররোইদব তাঙ্লব খুদোল্নী।


মরী-মখোঙ্ ঃ

(১) এলাংবম্ দীনমনি সিংহ, **খ্বাইরাকপম্ চাউবা**, ১৯৭১, ল ঃ ১।।

(২) অসাংবম্ মীনকেতন্গ উন্নদুন অয়িবন ৱারী সাহৌবদ হায়বীরম্ব।

(৩) দিলিপ্ ময়েংবম্, **মতম্গি অরিব লমায়দ লূচীং পুরেল্**, The Progressive Voice, No, 14, May, 1992 .

(৪) দা ঃ কে, মাধুরী দেবী, **চাউবা অমসুং মহাক্কী ৱারেং সাহিত্য**, ১৯৯৫

(৫) Thomas Gray, Elegy Written in a Country Church-Yard, The Harvest of Harmony, 1987,PP-68

(৬) Robert Herrick, To Daffodils, Six Ages of English Poetry, 1963, PP-38.

(৭) P.B. Shelley, To a Skylark, ibid, PP-142

(৮) ৫গি লাইরিক্ত ল ঃ ৭৩।

(৯) থোক্চোম যোগেন্দ্র (সম্পাদক), **খ্বাইরাকপম চাউবা নৈনবা ৱারেং**, নহারোল্ সাহিত্যপ্রেমী সমিতি, ১৯৯০, লঃ ৪৮

**অতৈ নৈনখিবসিং ঃ**

১। খ্বাইরকপম চাউব সিংহ, **থাইনগী লৈরাং**, গব্‌মেন্ত প্রেস, ১৯৫৯।

২। থাইরাক্‌পম চাউব সিংহ, **ছাত্রমচা**, গব্‌মেন্ত প্রেস, ১৯৬২।

৩। থোক্‌চোম যোগেন্দ্র, সম্পাদক, **মণিপুরী শৈরেং**, মণিপুরী সাহিত্য পরিসদ, ১৯৯১

৪। দিলিপ্‌ মযেংবম, এদিতব, **বাখল্‌**, মসীং ৭৫/৭৮, ১৯৯৩

৫। কৈসাম্‌ প্রিয়োকুমাব, এদিতব, **বাখল্‌**, মসীং ৮৩/৮৬, ১৯৯৫

৬। L Damodar Singh, editor, Souvenir, birth centenary celebration of Kavi Chaoba, 1995

---

পাথোক্‌খিব ঃ কবি চাউবগি ১০০ সুব মপোক্‌ কুমওন্‌গি সেমিনাব মনিপুরি সাহিত্য পরিসদ, আসাম লখিপুব মসান সীন্‌ব, ১৬-১ ১৯৯৬, লখিপুব।

ফোঙ্‌খিব ঃ অপোক্‌পী, অহান্‌ব মমীং, ১৯৯৭, এদিতব জবিব উদ্দিন্‌

# হিজম্ ইরাবোত্কি ঈমাগি পুজা

হিজম্ ইরাবোত্ তোম্থিন্ ওইব মীসক্ অমনী ২০ সুব চহীচাগি মনিপুরগি ইতিহাস্ত। মহাক্ সক্লোন্ কয়ান লৈতেংব অথোইব গুনচেন্ব মীসক্নী। সান্নবদ, লিলা-গ্রামাদ, ঈসৈদ, চেফোঙ্ পুথোক্পদ, রাজ্নিতিদ অমদী সাহিত্যদ লম্য়ান্ব ওইখিব মীওইনী। মনিপুরি লোল্ অমদী সাহিত্য চাওখৎনব হোৎনবদ মাগি থোইদোক্প থৌদাং লৈখি। নিখিল্ হিন্দু মনিপুরি মহাসভা - ১৯৩৪ দ সেম্দুন আসাম্দ, বাংলাদেস্ত , বরমাদ লৈরিব মীতৈ পুম্নমক্ কোনসিন্দুন অপুন্ব জাতিগি মসক্ অম সাগৎনব হোৎনখি। ১৯৩৬ কি সিল্চর মীফম্ অমদী ১৯৩৭ কি মন্দলে মীফম্দ মহাক্ন ঙাঙ্খিব কয়াদগি মহাক্ন মমারোল্ অমদী মসাগি ময়েক্পু কয়া য়াম্ন নুংসিজব খঙ্ব ঙম্মী। স্কুল্দ মীতৈলোল্ তম্নব হায়েপ্ লৌখি। বরমাদ ঈমুং মনুংদফাওব মীতৈসিংন বরমিজ্ লোল্ন ঙাঙ্নবদ মহাক্ থমোয় সোক্ন

নুংঙাইখিদে। হেক্ পোক্পদগি হৌন 'ঈমা' হায়ন কৌদুন সীজিন্নরক্লব ঈমারোল্ মসক্ খঙ্দনদী জাতিগি মসক্ তাক্প ওম্লোই হায়ব মাগি ৱারোল্দ মমারোল্বু কয়াম্ নুংসিজব হায়বদু উব ফংঙী। মতম্দুদগি হৌন ধরমগি নত্রগ হরাও-কুমৈগি থৌরম্দ বাংলা লোল্ন সক্-সোন্ব তোক্তুন মীতৈরোল্ন সক্-সোন্গদবনী হায়বসী মাগি খোলাউনী। নত্ ঈসৈগি ওজা সগোল্সেম্ কালিদমন্ন বাংলাদ সক্প তোক্তুন মীতৈরোল্ন সক্নব হোৎনরক্পদ নিংথৌন ঈন্থোক্তুন থম্বীবদগি কয়াম্ ৱারক্পগে হায়বদু ঐখোয়দ লীবীখি। মহাসভাগি কাঙ্লুন ঈসৈগি ওজাসিংদ ঈমারোল্ন সক্সী হায়জবুবদ য়াবীরক্তবদগি পাউচেদ থীন ইদুন ফোঙ্লুবদ থোক্খিব থৌদোক্নী।

১৯২২ দ অহান্ব ফোঙ্খিব মনিপুরি লোন্গি চেফোঙ্ *'মৈতৈ চনু'* ইরাবোত্কি খুদোল্নী। কবি অসাংবম মীনকেতন্গি মোত্ মতুং ইন্ন দা ঃ কমল্গি সৈরেং 'মৈতৈ চনু' মিংসী পাম্জবদগি লৌরগে হায়রগ থোন্খিবনী হায়। কবি মীনকেতন্ মসামক্ মমারোল্দ ইনব কন্ন হোৎনখিবসু ইরাবোত্কি পুক্নীং থৌগৎপ ৱাহৈননী হায়ন ফোঙ্দোক্পিরম্মী। বংকিম্চন্দ্রগি উপন্যাস্ ময়াম্ হন্দোক্খিব অয়েক্পম্ স্যাম্সুন্দরন করিগি অদুক্ চাউব থৌদাং লৌথ্রিবনো হংবদ— *"হিজম্ ইরাবোত্ন মনিপুরি সাহিত্যসী য়াম্ন ৱাৎলি, মৈতৈসিংন ৱাজাউ ঙাঙ্দুনত লৈ থবক্তী সুনীংদে অদুন ৱাৎলিবসী মেন্সিন্নব নঙ্ন অঙম্ব হন্দোকতুন হোৎনৌ হায়রম্বদগি তৌখিবনী'* হায়ন তাকপীরম্মী। অদুন ১৯৩৫ দ মনিপুরি সাহিত্য পরিসদ্কি হৌদোক্প অহান্ব জেনরেল্ সেক্রেতরি ওইবত নত্তন সাহিত্য চাওখৎনব হোৎনবদ অকন্ব থৌদাং লৌরম্মী হায়বগি প্রমান ওইরি।

১৯৩৮ দ রাজনিতিগি ৱারেপ্— মীখল্দ কারক্প মীহুৎন সরকার পায়গদবনী হায়বসী মহাসভাগি চীংঙা মীফম্দ লৌবুবদগি মহাসভাবু আইন্ন থিংজিন্খি। পন্চাই মেম্বরগি ফম্ থাদোক্তুন মীয়াম্গি ঈহৌদ য়াওখি। মতম্দুদগি হৌন বৃতিস্ অমদী নিংথৌগি সাসন্ অনীন মাবু ফানব থৌরাং লৈরক্লবনী। তান্জাদু ১৯৩৯ দ নূপীলাল্ থোক্লক্পদগি ফংখি। *"চেঙ্ খুজোক্ অম পীয়ু হায়বুবদ ঈ খুজোক্ ওইন পীরক্লে, ঈগি লমন্ ঈন সিংগদবনী। মীতৈ নূপীসিংদী চোংথোক্তুন লান্থেংনরে, মীতৈ নুপাসিংদী কৈদৌদুন লৈরি?"* হায়ন অকন্ব ৱাহৈ সীজিন্নদুন য়াইস্কুল্গি মীফম্দ ৱা ঙাঙ্লুবদগি মাবু ফারগ জেইল্দ থম্খি। ইম্ফাল্ সেন্ত্রেল্

জেইল্দস্ আন্দোলন্ হৌরক্তুন ৱাথোক্ ওইরবদ সিলেত্ জেইল্দ থাখি।

১৯৪২-৪৩ দ সিলেত্ জেইল্দ লৈরিঙেদ ইখিব সৈরেং লাইরিক্নী — ঈমাগি পূজা। মসা লৈরিঙেদ ফোঙ্ব ঙম্খিদে, অন্দরগ্রাউন্দ চঙ্খিব, কোইরোৎ লোৎপ পুন্সী ওইখিবন। মহাক্ লৈখিদ্রব মতুংদস্ মাগি মপোৎ মচৈসিং লোৎসিন্দুন থম্বদ অৱাব ওইখি। অদুন, কুইন থিব ফংলুদ্রগ ১৯৮৭ তদ থেংনদুন ইরাবোত্ লাইরিক্ ফোঙ্ব লূপ্ন মাগি লাইরিক্সিং থিজিল্লুরগ ফোঙ্লক্পনী। লমায় ৬৬ পান্ব লাইরিক্সিদ সৈরেং ৪৯ য়াওঈ।

(১) জেইল্গি পুন্সি করিনো হায়বদ্ মসামক্ন হক্থেংনন থেংনবুরগ ইখিবনিন জেইল্গি মসক্ নীংথিজন য়েক্প সৈরেং কয়া লাইরিক্সিদ য়াওরি।
(২) নূপী লাল্ অমদী নূপীগি মসক্ য়েক্প সৈরেংসিংগি মকম্ ফজন কল্লি।
(৩) অনীসুব পৃথিবীগি লান্জাউদ্ মসাদ ফাওন লান্গি দৃস্য মরীক্ চূম্ন সৈথাই।
(৪) মরৈবাক্ মজাতিবু নুংসিজব, লৌমী সিন্মীগি পুন্সীবু মিনুংসিগ লোয়নন য়েংব, অফব অনৌব তাইবং অমগি আসা তৌব সৈরেংসিং য়াওরি।
(৫) মনিপুরগি নিংথৌ অমদী মীতৈসিংগি মসক্ য়েক্প সৈরেং কয়াসু য়াওরি।
(৬) রোমান্তিক্ থিম্দ ইব সৈরেং খরসু য়াওরি।
(৭) অদুগ মসাগি নাঙ্গতোম্ তারক্প পুন্সীবু অৱাংব ফিলোসোফিগ লোয়নন ইব সৈরেংসিংসু লাইরিক্সিদ য়াওরি।

লাইরিক্সী পাবুরগ ফাওব নুংঙাইব অমদী লান্ মনুংগি মতম্দ ইরম্ব সৈরেংসিং অসীদ য়াম্ন সাফ্ কন্ব, হৌজীক্কি অনৌব মনিপুরি সৈরেংদ নৌন থোক্প ফজরব ইমেজরি, মেতাফোর অমদী সিম্বল্ কয়া সীজিন্নদুন অনৌব খুৎইদ খূমাঙ্ চাওসিন্ন খূৎ থারম্ব থেংনবসীনী।

(১) জেইল্গি পুন্সী য়েক্প সৈরেংসিং ঃ

জেইল্ হায়ব সৈরেংসিদ জেইল্গি অৱাংব চেক্পল্, অচৌব থোঙ্জাউ, কা মখল্ মখল্, নোংমৈ পায়ব সন্ত্রিসিংন চেক্সিন্ন ঙাক্প, ইন্সপেক্সন্ লাক্প, বোরদ্ ফম্ব, ঙাইবগি অৱাব পুন্সী ময়েক্ সেংন সৈথাই। সৈরেং মতেক্ খর লৌখৎচরি—*ৱাংইদা চেকপনসিদে/ ঙকলীদুম নাই ... থং থং তারিবা মখোনসি/ থোংজাউ থিংবনি/ইনসপেক্সন তৌবা পুংফমগী ... বোর্ড ফম্লনি বোর্ড ফম্লনি/ শোয়দ্রে শোয়দ্রে কোইরাঙনি*... (ল ঃ ৮)।

'সেল' হায়রিব সৈরেংসিদ চেৎন থোঙ্লোন্ অনী লোন্ব কা মনুংদ লৈরিব চোক্থরব ফাদোক্ অমগ সাইদাংলিব সেন্দাঙ্ অনীখক্কগি খেন্নবদু য়াম্ন আইরনিকেল্ ওইন ফোঙ্দোক্ঈ। অহৌবদ মহাক্ন লৈরিব সেল্ অদুবু অসুম্ন সৈথাই— *খা মায়োক্লনা পাকা দেওয়াল/ জিঙ্খনা কুপ্পা নীপানসুব সেল/ অহানবা উপাক্কি মথংনা য়োথকি/ মপান্দা লোনবা থোংলোন অনী, /... সিপাহীগী মথক্তা ছত্রি অমগা/ চেক্কি মক্লাংদা ইলেকট্রিক বলভন/ মীৎশেং খাঙই অহিং নোংশোইব* । মাগ লোয়নন লৈমিন্নরিব সেন্দাঙ্ অনীদুন চাবদ, চৎথোক্ চৎসিন্দ, খোংবদ ফংলিব মনীংতম্ব অমদী কনামতগি মীচৈ তাদন মসাগি ঈকাইখুম্নব ঙাক্ন লেল্লিব পুন্সীবু কল্লক্ন সৈথাই— *ঐগা খেন্নবদা চাব মনিং থুংই/ থক খাগী লম্বীদা নিংবদা থোকখি/ অথিং অথৎ লৈতে নিংবদা চংলকই/... মীখা পোনবা খংদে, মশাগী মনিংতম্বা মাংদে/ মশাগী সন্মান লেংদে, মীভোন্দা নপ্পা তৌদে।* (ল ঃ ৩৪)' জেইল্ মনুংদগি য়েংবদ ফ্রেম্চন্ব মিংসেল্গুম্ন উরিব অতিয়াগি সক্তম্, মদুদ মঙম্ সান্দ্রব ৱাখল্ কয়ান অমুক্ পোক্ অমুক্ সি তোযন তৌরিব, কবিন বংগপ্ সাগবদ উখিব অতিযাদূদগি কক্লক্প মচেৎতৌন উবিবদু 'অতিয়া' (ল ঃ ৪১) হায়বসিদ ফোঙ্দোক্লি — *নিতি কায়দনা উরিবা অতিয়া/ ফ্রেমচনবা মিংশেনগুম লৈরিবা/ বঙ্গ সাগর ময়ায়দা উখিবা/ অতিয়া মপাক্নদগি কক্পরা?* (ল ঃ ৪১)। ফাজিন্ পুন্সিন্ব লৈতব অতিয়া অমগ উফম্ চন্ব অতিয়া অমগ চাংদম্নদুন জেইল্গি অফা-অপুন্গি পুন্সীবু সিম্বোলিক্ ওইন উৎলী— *খেন্নবদি অমনা মচেৎ উফম চনবা/ অমনা মপাক উফম য়াওদবা।* (ল ঃ ৪২)। 'খোঙ্বু' (লঃ ৫৩) হাযরিব সৈরেংসিদ উথলিবন মখূৎত, মখাঙ্দ থৌরী পুল্লগ, সিপাহীন সর্নাত্রি তৌদুন পুরিব কবিন জেইল্গি লম্বীদ থেংনখিবসিংদুাগ দৃস্যনী। মাগি মতম্গি মনিপুরি সৈবেংদ জেইল্গি দৃস্য পুসিল্লক্পসী যামন্ নৌন থোৎ্প ৱাফম্ অমনী। অসুম্ন জেইল্গি পুন্সী করিনো হায়বসী অপাবদ ময়েক্ সেংন ফাওহল্লী।

**(২) নূপীলাল্ অমদী নূপীগি মসক্ য়েক্প সৈরেংসিং ঃ**

সমাজদ নূপীন ফংলিব মফম্ অসীগিদমক্ পেন্দব, মখোয়বু অৱাংব থাক্ত পুখৎনীংখিব, মদুগিদমক্ হোৎনাখব মীওই অমনী হিজম্ ইরাবোত্। অদুন নূপীগি মসক্ য়েক্পদ সাফু কন্ব সৈরেংসিং লাইরিক্সিদ থংনৈ। 'শরুন নোকই'

হায়বসী ফজব সৈরেং অমনী। মসক্ মতৌ ফজবী, সাবান্ মুরতি চঙ্খোন্বী, য়েংবদ কল্লক্নিঙাঙ্গী ওইরম্বী নূপী অমগি সরু পোলাংন লমথাইগি মোংফম লম্পাক্ত তাদুন লৈবদ কবিন নোক্পনী হায়রিবসী য়াম্ন আইরনি ওইব মফোঙ্দোক্নী। লূকং ওইন তারিব অদুবুদী কনাস্ থৌসানদ্রে। হিংলিঙৈদদী মিহৌ করাম্বসিংগি লান্ফম্ ওইখি, অৱাব নংখি, মরাইবক্ থীহন্খি। নূপীসিংন দসা অসী যুগ কয়াদগি থেংনদুনত লাক্লি, তুংদস্ থেংনখিনি হায়বগি নুংনাংব, সমাজ্ন নূপীদ য়েংলিব মীৎয়েংবু পেন্দবগি খোন্জেল্নী কবিন হায়রির — *যুগ কয়া কয়াদগি হৌনা/অসুম্না নোক্লকলি শরুনা/নোক্লনি যুগ কয়াগী মতুং ফাওবা/নোক্লি শরু কয়ানা মোংফমদা* (লঃ ২৬)।

'শিলং' হাযরিব সৈরেংসীস্ নূপান নূপীদ য়েংলিব মীৎয়েংবু য়ানীংদন সেংন হায়দোক্প সাফু কন্ব সৈরেং অমনী। কবিগি ফাদোক্কি লম্বীদ থেংনখিব সিলোংবু নূপীগি মনীংতম্ব ফংজব মফম্গি সিম্বল্ ওইন উৎলি। মনীংতম্বদু মাঙ্লম্লদ্র হায়বগি মিপাইজে। অদুন মতোম্ত হংজে — *নূপীবু থল্লিগদ্রা পোনগী উচেক্লুম ইমুংতদা?/চাক লুখাক খরদংতং চারগা/মীনাইগুম্না থবক পুন্নমক তৌরিগদ্রা?/খজিক্তুং শোয়বদ মীচৈ তাদুন খাংলিগদ্রা? শা-শনগুম চৈজা নম্বোনরিদ্রা?* (ল ঃ ৩৩)। মনিপুবদ মীতৈ নূপীন থেংনরিব অৱাবসিংদু সিলোংগি নূপীসিংদস্ থেংনবমগদ্র, মখোয়গি থাযনগি মনীংতম্বদু মাঙ্খ্রবব হায়ন চিংনব ফোঙ্দোক্পনী। নূপান সেন্ থোক্তব নূপীবু থওইবীদব, থাউ পক্লক্ত্রগন লুন তৌসিন্নব, করিস্ নত্তবগিস্ মপাম্দ চৎলূ হায়বীব ময়াম্সিদ কবিন পেন্দে। অদুন সোন্জৈ কবিন— *করম্বা নুংশিৎ-নুংশা ফবা নুমিত্তা/মরাই বক্তগী লৈচিন তাকখিদুনা/নিংথিবা মিনোক্লা লোয়ননা নিংথিবা/ থাইনা থাইনগী লৈপাক উগবা!* (ল ঃ ৩৩)।

নূপীলাল্ অমন লোইদে নূপীলাল্ অমমুক্ লাক্খিনি সেম্ সাউ হায়রি — 'ডিসেম্বর ১২' দ। তেনন সাফু কন্ব মফোঙ্দোক্নী— *ঙসি অহিং লেপ্লে/নুমিৎ অম চৎখ্রে./শম পুনসিল্লু দেবী/ইফা ফারিবদো।/ডিসেম্বর' ১২ অমা হৌখ্রে./ ডিসেম্বর' ১২ অম লাক্লে - কাউরব্রা?/থাজব্র শম পুনগনি হায়ব?* (লঃ৪৯)। পরেং ৯ ন সাব লাইরীক্সিদ খ্বাইদগি তেন্ব সৈরেংনী। অদুবু য়াম্ন সাফু কনব সৈরেংনী। সাংলব ইতিহাস্নী লীরিবন, নূপীলাল্গি, নূপীগি থৌনা লিংজেল্গি।

অদুগ হায়রি অৱাব কোক্ত্রি, কয়া অমসু মায়োক্নখিনি মদু থেংননবগিদমক্ সেম্-সাব তাই মীতে নুপীসিংন। ৱাফম্সী হৌজিক্ন হেন্ন চুম্লক্পগুম্ ঐখোয়ন থেংনরি।

**(৩) অনীসুব পৃথিবীগি লান্জাউগি মরম্দ ইব সৈরেংসিংঃ**

লানগি দৃস্য সৈথাবদ কবিগি অৱাংব থাক্কি খুৎফোঙ্দোক্ ময়েক্ সেংন চোংথোরক্ঈ। 'অদুম অদুম' কৌব সৈরেংসিদ মিলিতরি ড্রীল্, এরোপ্লেন্ পাইব, সাইরেন্ খোংব, বোম্ থাদব, এন্তি এয়ারক্রাফ্ত্ গন্ অসীনচিংব ময়াম অম সা-উচেক্কি মচরিংক চাংদম্নদুন পুসিল্লক্ঈ— *লাংজা এরোপ্লেন্ পাইরে/লমহুই সাইরেন খোংলে/মতৌমনি। ... হুমথবী উমাইবী হুনম্রে/এন্ট্যার-ক্রাপ্গন উরে/মমাংদসুনি।* (ল ঃ ৬)

এলাইদ্ অমদী এক্সিস্ পৱারসিংগি মুক্নব ফেসিজম্, দেমোক্রে সি, সোস্যেলিজম্, মৈতৈ পুরান্গি ৱাফম্ফাওব পুসিল্লকতুন আইদিয়োলোজি মান্নদব ময়াম্গি মুক্নবদু যেক্ঈ —*মাইকৈ শুংদাই অহুম/মিচং অহুম অহুম,/ অচুম্বরা!/ ফেসিজম্, গনতন্ত্র, সমাজতন্ত্র/মৈতৈ পুরানগী/থাজসিরবা।* (ল ঃ ৬)। 'টেলিগ্রাফ' কৌব সৈরেংদন লান্দ সোক্লদুন ঈন ঙাঙন পাইরক্লগ তোংলব উচেক্ অমবু লানগি পাউ পুরক্প অম ওইন; অমরোম্দন লান্ফা ওইরব লানমী অমগি সিম্বল্সু ওইহল্লি— *পুমঙাং ঙাংলে ঈনা/শিকারিগী গুলিনা পাল্লবা?/ লাংদগী নাম্থোরকপরা?*(লঃ২৮)। অদুগ লান্গি সাথীরব সক্ফমবু পরেং ৩ খক্তদ লায়ন ফোঙ্দোক্লি— *ঈনা লৌখোং চেনবা/মীশানা লৈখোম থোকপা/লাঞ্জাও কয়া থেংনরি।*(লঃ২৮)। লান্গি সৈথাবদ থোইদোক্ন ফজব সৈরেং অমদী 'নাৎসীগী ফিরান' হায়বসীনী। ফজব ইমেজরি কয়া সীজিন্নদুন ইবনী। লেফত্ রাইত্ লেফত্ হায়ব ৱাহৈসিংসীন লান্ফম্ তম্ন চঙ্সিল্লিব লান্মীসিংগি সক্তম্ সাগৎলী। অসিব মীগি হকচাং মরক্ত চঙ্সিল্লিব নাৎসিগি লান্মীসিংগি মসক্ অম য়েংসী— *রাইফল, তোপ মখোন মরক্তা /মিকপ মিরাওখোল্লা থল্লবা / অশিবনা হাংদ্রেবা মোংফমদা / তারি নাৎসী জয়ধ্বনি।* (ল ঃ ৩৬)। লান্দ মাঙ্ তাক্হন্খ্রব সহরসিং, ঈন লৌখোং চেন্ব মরক্ত ফেসিজম্গি নাপল্গি কোক্ হাইগৎলক্ঈ। মোংফম্ সেম্বদ হন্ব লৈতব হিত্লরগি কাঙ্বুন য়ুরোপ্ত মী মকোক্কি ৱাংলব আঙ্গস্ চীংজাউ অম্ সাগৎলী—*শাগৎলি চিক্রবা য়ুরোপকি*

*থবাক্তা/ মীকোক্কি ৱাংলবা আপ্লস্ অমা / ঈনা (চোংনা) লুপ্লবা হিটলারনা* (লঃ৩৭)। অসুম্ন সেম্লব চীংদোলদুদ নাথসিগি ফিরাল্ থেংলি। ফিরাল্ মখোঙ্দ মী মকোক্ ময়াম্ অম পৈসিল্লক্পগি ফজব মতেক্ অম য়েংসী— *মীকোক কয়া কয়া পুরকলি / অতৈ কয়া অমসু খোম্জিল্লি / ফিরান মখোংদ হাপংকেথলি* (লঃ৩৭)। অকন্বন অচুম্বনী, পাংগল্ন লান্দ মীবু হাংলগ মাগি লৈবাক্ পাক্থোক্ চাউথোক্হন্গনি হায়ব ফেসিস্তকি ৱাখল্লোন্ নীংথিজন উংপ ফজব ইমেজরিনী। অরোইবদ কবিন হায়রি মীকোক্ ময়াম্দগি চেন্থরক্প ফোঙ্ ফোঙ্ সাব ঈগি ঈচাউদ থুম্দুন নাথসিগি ফিরাল তাউরগনি, ফেসিজম্ লুপখ্রগনি— *ঈহৌরকপা ঈগী ঈচাওদা / থুম্লগনি মীকোক্কি আপ্লস্ / তাউরগনি নাথসীগী ফিরান্ / লুপ্লগনি ফেসিজম ভুমধ্যসাগরদ / জগৎ অপুম্বা নিনগনি মতমদুদা / "শান্তি" "শান্তি" "শান্তি" খোঞ্জেল্লা।* (লঃ ৩৭-৩৮)। লান্ মনুংদ মহাক্ন হায়বদুমক্ চুম্খি, ঈখেংদ ঙাওরব হিত্লর মায়থীখি। জরমন্ মচেৎ তাখি। ফেসিজম্ মুংখি। পৃথিবীদ সান্তি থম্বগি ৱাফম্ মৱু ওইন খন্নরক্খি।

নোংম এরোপ্লেন্ পাইবগি মখোল্ তাবদ জেইল্ মনুংদ সাগংখিব লান্গি সক্তম্নী 'মং অমা' কৌবসিদ য়েক্লিবন। তম্থিব লান্গি সক্তম্ কয়া নীংথিজন য়েক্প সৈরেংনী। জপান্গি লান্মীসিংন বরমা লৌসিল্লগ ইরাবতি অমদী নীংথি তুরেল্দ হাইগংলক্তুন মনিপুর য়ৌরক্পদ থোক্লম্গদবদু কবিন অসুম্ন সাগংলি—*বম তোপকি গুলিনা - / মী মকুপ মকুপ পাই নুংশিত্তা /নুংশিংনা পুখংপা ঈ মরিক্লা /চুরকই নোং ওইন লৈপাক্তা /মী মকুপ মকুপ্লা ঈদা তোত্তুনা /লৈখোম থোকই মীশানা /* (লঃ ৫০)। অপাবদ সাফ্ কন্ন য়ৈহন্ব ঙম্ব ফজব ইমেজবিনী সাগংলিবসী। অঙাংগি, নূপীগি থোংলব হক্চাংদ সংগিন্গি সান্নফম্ ওইখি। লান্ফম্দগি থোরক্প অৱা তেংথাখোল্ন চীং, পাৎ, তুরেল, সমুদ্র কয়া লান্দুন লাক্লগ কবিগি নুংগি নাকোঙ্দ য়ৈরৈ। য়েংহৈদ্র মীওইবগি ফীভম্বু কল্পনান লাক্সিন্দুন উরগ অসুম্ন সৈথারি—*"হোল্লিব স্বরদা মী মকুপ"/ "থক্লিব ঈশিং দা ঈ মরিক।"*(লঃ৫১)। পরেং অনীথক্ত হায়নীংলিব পুম্নমক্ হায়ব ঙম্ব ফজব মফোঙ্দোক্নী। 'চাওখৎপা' হায়ব সৈরেংদন, চাওখংলে হায়ন চাউথোক্চরিব মীওইবগি লীচৎপু সাথিন করেম্নদুন ইরি। মী হাংনব অকন্ অকন্ব খুংলাই সাববু চাওখৎপর হায়ন ৱাহং হংলি। অদূগ সেল্ থুম্গি নীংতম্ব ফংদ্রব লৈবাক্

মচাসিংগ চাওখৎলব লৈবাক্সিংগগি মরক্ত খল্ মান্নদববু অসুম্ন করেম্নরি— *করম্বা বিদ্যাবুনো হায়নরিবা / জগৎকি অনৌবা/মখোং পুনবনা পুন্দববু তাম্নব / করম্নবু ফংগবা*। অচুম্ববু অরান্বন নৈবীব, ওৎপীব, মফম্ লৈহন্দব, অচুম্বন থেংনরম্লগ সাগন্ হীক্থদূন তারক্লবদ কবিদ ফাওরক্পদুনী 'অদুমক্তদা' উৎলিবন—*মিং তাৎশিন্না, না পৎশিন্না /অচুম্বা কয়া নমহক্তা /ওইহল্লি য়োহিলংনো সনা / দাননি জেল খানানা*। (লঃ৬৪)। মসিদ অচুম্ব পাম্জবগি মফম্ করিন ওইরিবগে হায়বদু তাক্লি। নীংথিজরব খুংগঙ্, ফৌন সংলম্ব লৌবুক, এন্সাংন থল্লম্ব ইংখোল্ লোইন মরুভূমি ওন্খ্রে। মোংফম্ ওইখ্রে। অদুবু অরান্বগি মঙক্তি হাইগৎলি অচুম্বনী খন্দূন হরাওরি হায়ব ফোঙ্দোক্পনী। অসুম্ন অনীসুব লান্জাউগি মসক্ য়েক্প সৈরেং লাইরীক্সিদ মরাঙ্ কায়ন থেংনৈ। মসী মনিপুরি সাহিত্যদ তাঙ্ন থোক্প অমনী। মরম্দী ভারত্কি মফম্ অতৈদ থেংনখিদব, মনিপুরদন হক্থেংনন মায়োক্নখিব অনীসুব পৃথিবীগি লান্জাউ ঐখোয়গি সাহিত্যদ মাগিসী নত্তন মমি ইতা তারম্দে।

**(৪) মরৈবাক, মজাতি অমদী লৌমী সিন্মীবু নুংসিজবগি সৈরেংঃ**

জেইল্দ লৈরিব কবিন মমা লৈবাক্পু কাউব ঙম্দে। মাগি মপাউ তানীংবন পোৎথাফম্ খঙ্দে। কন্নাদদী হংলুনি? অদূন খাংঙম্লক্তদূন হায়কৈ— উচেকমক্তা ওইরম্মবসু। সৈরেংসিদ কিনিঙাই ওইরব সম্রাজ্যবাদি, ফেসিস্তকি মখূৎত মমালৈবাক্ মনিপুরস্ তাখ্রবর হায়বগি চিংনব উৎলি— *অসিবগি লৈপাক্লম কিনখ্রবা? নরক কুণ্ডম তুজুংনখ্রবা? সাম্রাজ্যবাদ ফেসিস্টগী খুদুমদা / লৈখ্রবা মাতৃভূমিদো মিনাইগুন্না?* (লঃ ৫৫)

করিগুম্ব বোম্গি মৈখূ মরক্ত মরৈবাক অমদী মরৈবকচাসিংগি রা য়াওরক্লবদী হৈনম্ লৈনম্গুম্ চিংসিন্দূন থিব ঙম্গনি হায়বসীন্ মরৈবাক্, মজাতিবু কয়াম্ নুংংসিব তাকৈ— *ফেসিস্টগী বমগী মনুংদা/য়াওরক্লবসু মাতৃভূমিগ বার্ত্তা।/ হোগাই হোগাইদুন থিগনি। /বমলক্ষা লক্ষাগী মরক্তগী / . . . গ্যাসমবগী মৈখুনা পুরক্লবসু/ ঐগী দেশবাসীগী বার্ত্তা অদু/ চিংশিনগনি চিংনবা লৈতনা, / নুংশিরবা হৈনম লৈনমগুম্না।* (লঃ ৫৫)। মীখা পোন্বদগি অধিকার পুম্ব মাঙ্খিদুবদ থমোয় সোক্ন নুংঙাইতদূন তেংথারক্পনী। উচেক্মক্ত ওইরম্মবসু মরৈবাক্ মজাতিগি ফীভম্ য়েংব ফংজরগম্গনী খন্জদূন।

অসুমন্ লাংতক্নরক্প মীৎকুপ্ত নীংসিংলক্পনী তোয়ন, অদুগ চঙ্জরক্পনী মমাগি মফম্দ —**'ইমাগী পূজা'**। জেইল্ মনুংগি সাথীন পাংগল্ থোক্তব মহিং-দূদ নীংসিংলক্ঈ মমাগি থৌনা পীব নুংসিরব খোন্‌জেল্ *ইমা লৈ-ইচাদি* (লঃ ৩)। অপোক্পী মমাগি সক্‌ফম্দ মমা লৈবাক্কি নুংসিব সক্তম্ সাগৎতুন ইব ফজব সৈরেং অমনী। **'অতুম্বগী লৈবাক্তা'** কৌব সৈরেংদ ফোঙ্‌দোক্লিবন মমালৈবাক্ মনিপুরদ মীখা পোন্‌বদগি কোক্নীংব ৱাখল্ ফাওরক্লমগদ্রব হায়বসীনী। কবিন হায়রি—*অঙাংশিংনবু পূন্না লাওরিগদ্রা-? "নুংসাও থোরক্লো/উরুম লৈমা চংখরো /" নুংসোনা অমুক কিদনব থেৎলিগদ্র? /"কোসিস্ট লাক্তে/কিফম লৈতে/নুংশাও থোরক্লো" অতুম্বগী লৈবাক্তা* (লঃ ৫৮)। পেন্‌থোক্কন্‌ব জাতিনী করিমত ফাওদন তুম্‌দুন লৈ হায়দুন **'অতুম্বগী লৈবাক্তা'** হায়ন মিংগৌরি মমা লৈবাক্পু।

**'মৈতৈ লৈমা'** (লঃ ৬০ ) হায়বসিদ ফোঙ্‌দোক্লিবন মীতৈ মচাসিংন মনিপুরদগি হেন্‌দোক্নীংদব, অতৈদ চৎথোক্নীংদববু থাদোক্হন্‌বীনব মমা লৈবাক্ত হায়জবনী। **'নুংথিল অমা'** কৌব সৈরেংদন কবিন নূপীলালবু সিম্বোলিক্ ওইন ফোঙ্‌দোক্ঈ সরুগি মুরতি ওইন পুথোক্তুন। মৈ চাক্লিব লম্বীদ সরুন সভাযাত্রা চৎহন্‌দুন মমা লৈবাককিদমক্ চোংথোরক্পদু সাফু কন্‌ন সৈথাই। অচেৎপ পুক্নীংগি ফিরেপ্ক লোয়নন লাউন হায়—*মচা নত্তনা মমাগী অৱাবা/কনানা কোকহনগদগে।* (লঃ ৪৬)। সিখ্রব, হিংলিব ময়াম্গি মসক্ লৌরিব সরুগি মুরতি-সিংন মীখা পোন্‌দুন মীনাই ওইববু থৱায় সোক্ন য়ানীংদব ফোঙ্‌দোক্হন্‌দুন মনীংতম্ব মামলৈবাক অমদ মনীং তম্ন হিংনিংবগি অপাম্ব ফোঙ্‌দোক্ঈ। খুমাঙ্ চাওসিন্‌ব খুৎইগি মনুং চন্‌ব ফজব সৈরেং অমনী।

নোং ঙান্‌বদগি নুমীৎ তাব ফাওব নোংজু নুংসা মরক্ত তীম্ফা ফাক্কৈ মরক্ত পোথাব ফংদন সূজরিব নুঙ্ থুগায়রিব মীওইসিং অমদী লৌমীগি অৱাব পুন্‌সীবু **'মখোইসিনি'** কৌব সৈরেংদ য়েক্লি— *অয়ুক্কী নুমিৎ অমা উবদগী/ তারমদাগি অমা উবা ফাওবা/মখোইগি নুংথং মখোল্ লেপ্ত্রি/অতিয়াগি অঙাংবন ৱাওথরকপদা/মখুৎনা লাইবক্তগী হুমাং তৈথোক্লনি।* (লঃ ২২)। অদুগ ৱান সূজরিব লৌমীসিংগি অৱামন্ করিন ওইবগে হায়বদু অসুমন্ ফোঙ্‌দোক্লি— *মপূক শিৎপত্তনা শরুক ওইবা/সেগাইবা ফিত্তনা ফিগুং ওইবা। মখোইসিনি* (লঃ ২৩)।

'কারখানা' কৌব সৈরেংদন মৈখু চুরব মী মানদ্রব সিন্মীসিংগি পুন্সী য়েক্লি — *থোদ মৈখু চাবা মীনা-/ মুসুক মুসুক ভুতপ্রেতকুম্না/ চংথোক চংশিন তৌরি* (লঃ ৫১)। নোংম নেংমগি চাব ৱাৎপ সূবনহেনবগি সোক্চিল্লক্লিব ফীভম্বু পরেং অনীদ ফজন ফোঙদোকঈ—*লৃখম পক্লবা মিংতা/য়াম্লি শোগাইব মৈখু চুবা পা* (লঃ৫১)। উফুল্ন ৱাউরব মখোয়গি পুন্সীসিদগি কোক্হনব্ পাম্মী কবিন। সেন্দোংতবু থন্ব সেন্জাউ পায়বগি কোল্লুদ চপ্খায়বদগি করম্ন নান্থোক্কদগে, খরন মপু ওইব চৎনবী তোক্তুন মীয়াম্ অপুম্বগি ওইব কারখানা লৈব, মান্নব খুন্নাই অম সেম্দুন অনৌব অফব লৈবাক্ অম করম্ন ওইহন্গদগে হায়বগি মঙ্ মঙ্লি। 'মাতৃভূমি' অমদী 'কোকিল' হায়রিব সৈরেং অনীসিদসু অনৌব মমা লৈবক অম লাকহন্নীংবদু ফোঙ্দোকঈ।

(৫) মনিপুরগি নিংথৌ অমদী মীতৈসিংগি মরম্দ ইব সৈরেংসিং ঃ 'ডিখৌগী তোর্ব্বান্দা' মীতৈ নিংথৌন খুৎকন্ পাংগল্লিঙে মতমদু নীংসিংদুন য়েক্পনী— *লিন তোংবা ফিরাম্না / হাইনা হুম্না অতিয়াদা/পাইরম্মী তোর্ব্বান অসিদা/মৈতৈ নিংথৌ য়াইফবা/চিংথংখোমবা অকনবা/ময়েক ল্লানা ইরি থবাক্তা* (লঃ ৭) । 'কহিমা লম্বীদা' হায়বসী ভাগ্যচন্দ্রগি খোঙ্গুল্নী হায়ন থাজনব নুঙ্দুগি মরম্দ ইবনি— *খোঙ্গুন অমা/মুৎপা লৈতবা/ "চীং-নুং ঙম্বা"/লুনা হুক্রবা/থম্মুই কহিমা নুংপাক্তা* (লঃ ১২) । 'কাউমুদো' অৱাবু মায়থীব পীদুন মনিপুরগি ঙম্খৈন কবো তম্পাক্ য়ৌরিঙৈগি মতমবু সৈথাবনী। 'নিত্যাইপাৎ চিথেক্তা' হায়ব সৈরেংদন মতম্দুগি থাংগপাৎ অমদী মল্লব কোনুংগি মসক্ য়েক্পগ লোয়নন মতম্দুগি মনিপুরগি মসক্ অম উৎলী। 'নাম মাত্র' মনুং হোব মীতৈগি লীচৎত করেম্নব সৈরেংনি—*থাং চুংগোই থাবা থাংহাই/খুৎকি জগোইনি/চুং-তাং পায়দবা খৌসারোন/খোংগী চেগপনি* (লঃ১৭)। মগুন্ লৈব মী ওইদনদী করিমত কান্নরোই হায়ব ফোঙ্দোক্পনী— *নোম নোম দোলাইতোং / চানবা লৈতে মিরাং থাং* (লঃ ১৮) । অরোইবদ হায়রি মীখা পোন্বদগি থৌনা লিংজেল্ মগুন লোইন মাঙ্খ্রে— *ঙম্না চংখ্রে-লোইন মাংখ্রে/মিখা পোনবা হিংচাগী খায়ত্রা* (লঃ ১৮)।

(৬) রোমান্তিক্ থিম্দ ইবা সৈরেংসিং ঃ

শরৎ /১৩, মিৎনা কুপ্পদা /৫, অমর রবীন্দ্রনাথ /১৯, শক থংনবা/২৬, থাবল্লৈ/৩১, সমুদ্র/ ৪২, নোংজুথা /৪৩, অসীনচিংব রোমান্তিক থিম্দ ইব

সৈরেংসিং য়াওরী। অদুবু ইমোসন্ কন্ট্রোল্ তৌরগ ফোঙ্দোক্পগি ফজব লৈবন রোমান্তিক পোইট্রি ওইন লেপ্পগি মহত্ত মোদরন্ পোইট্রি ওইন লেপ্চে। তয়াং তয়াংনে থোক্প সৈরেং খরসু য়াওদব নত্তে। অদুগ ফজব মফোঙ্দোক্ খরদ বৌদ্লেয়রগি ভাইল্গ মান্নব উব ফংঙী। খূদম্ ওইন সমুদ্রগি পাক্লব ঈপাকৃত অয়ূক্কি নুমীৎন লীৎখৎলক্পবু সৈথাবদ—*সমুদ্রগী অয়ুক্কি তজাংবা মাইথোংদা/ নৌনা কারকপা নুমিৎনা নুংশিনা চুপ্পা/নুংশি তুজুং মনিকনা নিকপদা/ চেল্লি মসা অপুম্বা সনাগী মহীনা* (লঃ ৪২/৪৩) । অদুগ নূপী অমবু মহৌসাগ চাংদম্নদুন য়েক্লিব মওঙ্ মাগি চোইরব সম্লাংবু অমুব লিল্ ময়াম্গ চাংদম্নব, নোংন চোৎলব হক্চাংগি ফজব সৈথাবগি মওঙ্ বৌদ্লেয়রগিগ ফন য়াম্ন নকসিন্নৈ। বেদলেয়রগি 'সম' হাযব সৈরেংদ, নূপী অমগি মসম্দ য়েংলগ উপাল্ ৱাপাল্তন থল্লব উমং গি ফজব, নীংথিজব লাক্সিন্ব ঙম্হন্ পূক্নীং পেন্ন নুংঙাইজব ঙম্মী। 'হৌদোং' কৌব সৈবেংদন হৌদোংগি মোল্লব মনঙ্গন্দ তপ্ন নান্বীবদ ইলেক্ট্রিক্ করেন্ত চৎপদৌন থক্ থক্ নীক্পদ ফাওবদ্ মাগি চানবীগি মনঙ্গনদ নান্বীবদৌন ফাওই। তবু তরুব মমীত্ত নুংসিন য়েংলুরগন মাগি নুংসিনব নূপীগ মীৎচানবদৌন ফাওৱি। অসুম্ন মহৌসাগি ফজবগ নূপীগ মরী লৈনহন্দুন ইবগি মওঙ্সী ইরাবোত্কি মথক্কি সৈবেং অনীসিদ নীংথিজন উব ফংঙী।

**(৭) নাঙ্গতোম তারক্প অমদী আসাঃ**

**'ইলোকট্রিক থাংমৈ'** (লঃ ৩৫) অমদী **'ঠিকানা '** (লংঃ ৫৬) হায়রিব সৈরেং অনীসিদ যৌনীংলিব পন্থুং তান্ন চৎপদ নাঙ্গতোম্ তারক্পগি ৱাখল্ ফাওরক্পদ্ মমি তাই। **'ঠিকানা'** কৌব সৈরেংসী য়াম্ন ফিলোসোফিকেল্ ওইব ফজব সৈবেং নী। মাগি নুংগি ওইব ৱাফম্ কয়াদু কনাদ কদাইদ ফোঙ্দোক্কদগে ফোঙদোক্ফম্ লৈতে হায়ন মতোম্ত সোন্জবনী। অদুবু আসা মাঙ্লবদী নত্রি, অনৌব তাইবং অমগিদমক্ অমম্ব অহিংদ দিউতি পায়দুন ঙাইবদ্ ফোঙ্দোকলি লাইরীক্সীগি অরোইব সৈরেং **'ঙাইরি'** হায়বসিদ।

**ৱারোইঃ**

কবি হিজম্ ইরাবোত্কি লোন্ চম্মী। ৱাহৈ লৈচ্‌ল্ নীংথিন সেমব্ হৈবগি গুন্ লৈ। জেইল্ অমদী লান্গি ফীভম্ য়েক্পদ সীজিন্নরিব ৱাহৈসিং মরীক্ চুম্মী, তোপ্ তোপ্প মহাউ পী। ফজ ফজব ৱাহৈগি লৈচল্ কয়া মরাঙ্ কায়ন থেংনৈ

মাগি সৈরেংদ। নুংসাগি অয়াক্‌প মৈসাবু 'নুংসিৎ কেম কেম লাউরে' হায়ব মফোঙ্‌দোক্‌ন তাক্‌প, মম্‌সিল্‌লক্‌প সৈথাবদ মহাবলিদগি সেক্‌পী পাইথোরক্‌লগ মসাদগি অমম্‌ব মকুপ্‌ মকূপ্‌ খীক্‌থরক্‌ঈ হায়ব বাহৈগি লৈচল্‌ন মম্‌বগি থাক্‌ অমদী মতম্‌ লায়ন ফোঙ্‌দোক্‌প ঙম্‌মী। থাঙ্‌গ চীংগি মমিন লোক্‌তাক্‌কি ইপোম্‌ মথক্‌ত তাববু উচেক্‌ অচৌবন তোংলগ নোম্‌দুন সান্‌নবগ চাংদম্‌নব, ফজব মফোঙ্‌দোক্‌নী। ইমেজরি সাগৎপদ মাগি তোপ্‌ তোপ্‌প অবাংব মগুন্‌ লৈ। মনিপুরি সাহিত্যগি এজ্‌রা পাউন্দনী হায়ন কবিবু মিংথোন্‌বদ থোইন লাল্‌লোই নীংঙী। মনিপুরি সাহিত্যদ হিজম্‌ ইরোবোত্‌পু লেম্‌জনীঙাই ওইব মফম্‌ পীদুন ঈকাইখুম্‌নবন মাগি মফম্‌দ তৌবীমল্‌ খঙ্‌ব ওইগনী।

---

নহারোল্‌ সাহিত্য প্রেমি সমিতি ন ৩০।৯।৯৩ দ অহানব্‌ ওইন সীন্‌ব ইবাবোত্‌ নীংসিং কুম্‌ঙনদ পাখোকখিব্‌ নৈনচেনী। 'বাখল' দিসেম্‌বর, ১৯৯৬ অমদী 'সাহিত্যগী পাউ' ওক্‌তোবর, ১৯৯৩ দসু ফোঙব্রে।

